# কচ্চবা

কচ্চরী চরণদা ঈবুংঙো  রাসেশ্বরী মবুংঙো
তোল্লবগী মবুংঙো ॥
অশোই রাহৈ ঙাক্কনী  অরান ময়েক ঙাক্কনী
দোষ পূষ্বা ঙাকপিনী ॥
থমোইতনা পামজনা  ইজরীয়ে ননাইনা
করিমত্ত হৈতনা ॥
খংদনসু অথংশা  হৈতনসু অহৈশা
রারোবীরোই খঞ্জবশা ॥
ননী ঙম্না থোচ্চবা  থম্বাল ঙম্না ফজবা
বৈষ্ণবকী মরল ওইজবা ॥
নখোং থম্বাল অনীদা  থমোই শেংনা কচ্চেদা ॥
কল্পনা পাঙ্গল ওইজেদা ॥
লৈরাং লৈথন শুজদে  ফজ রাহৈ হৈজদে
শৈরেং লৈশক ফজদে ।
রসা রসি খংজদে  স্বর ব্যঞ্জণ খংজদে
অক্রম অম্রাং খংজদে ॥
অরানবা ময়েক্লা পদ ওই  শুদবা পদনা ঈশৈ ওই
দোষ পুষ্বা ঙাকনীগদবা ওই ॥

ননাইগী ননাই ওইবীয়ু     তাঙলবা প্রেমদো পিবীয়ু
মুংশি হৈবত্তনা পেনবীয়ু ॥
শকচবত্তা ফংজগে     শোজবতা ভমজগে
লীলা খুদিং য়াউজগে
ভক্তীনা আসন ওইজৈয়ে     প্রেমগা চন্দন ওইজৈয়ে
শোনরত্তনা কৌজৈয়ে ॥
পেনবীয়ুকো ননাইবু     পিবীয়ুকো চরণবু
শোজগেকো নগুণবু
বৃন্দাবন্দা ভাম্থোইরে     লীলা খুদিং শাম্নরে
মণিপুরগী নিংথৌ ওইবীরে ॥
ইবুংঙো নংবু নীংজৈয়ে     শ্রীচরণবু পামজৈয়ে
নগুণত্তবু শোজৈয়ে ॥
ইপাপ পুন্যা কোকপীয়ু     সংসারদগী লানবীয়ু
চরণ থম্বাল পিবীয়ু ॥
ফংজগেকো বৃন্দাবন     উজগেকো গোবর্দ্ধন
লৈজগেকো কুঞ্জবন ॥
ননাইগী ননাই ওইজগে     থৌগলম্তদি য়াউজগে
শ্রীচরণত ফংজগে ॥

( খুরুমজবা )

নৈজৈ নৈমা ইমানী     মণিপুর হায়না কাউবিনী
ভারত মাতাগী শরুপ্পী     নচালা খুরুমজৈ পলেমও

চিংলোন মাপন্না কোয়্রব্রিনী
নতিক নগুণ চাউবিনী
শ্রীগোবিন্দগী ভাগ্নকম্নী
নচানা খুরুমজৈ পলেমও ॥

নচা নাওয়োক ফবিনী মুংশি হৈবী থমোইনী
ঈংবনা নহোশা ওইবিনী নচানা খুরুমজৈ পলেমও ॥

মণিনা ফিভম ওইবিনী
সনানা মযুং কাবিনী
লুপানা মফেল ওইবিনী
নচানা খুরুমজৈ পলেমও ॥

খাগ ব্রাংগ শাংবিনী নোংপোক নোংচুপ তেনব্রিনী
নিংথৌরেনবু পোকপিনী নচানা খুরুমজৈ পলেমও ॥

লৌশিং চাউবী ইমানী
থাউমৈ ওইনা ভানবিনী
ইকাইথিবী ইমানী
নচানা খুমরুজৈ পলেমও ॥

মণিপুর ইমা লৈবাক অসিনা লৈবিরীবা ওঝাশিং পুম্নমক্কী চরণদা তোল্লবা ননাইনা খুরুমজৈ ॥ মরমদি তোল্লবা ননাই ঐনদি হৈবস্ন হৈজদনা খংবস্ন খংজদনা ফাজবা ঈশৈ থরদং ননাইনা ইজবনী ॥ মসিদা পদগী মশিং অরাংপা ইগদবা ময়েক শোয়নবা পদগী ছন্দ শোয়নবা পুম্নমক অসি ওঝাশিং পুম্নমক্কা

দোয পুম্বা ঙাকপীত্নুনা অঁয়ানবা পুম্বা চুমথোকপীয়কপদা ননাইগী লাইবক ফবনী। ইজয়ীবা মওংদি ওঝাশিং লাইগুরুশিংনা থম্বিয়ম্বা ময়েক ছন্দনা মুক্তি ওইজয়গা গুরুগী কৃপাদগী ননাইনা থনবদা থোকচবা ময়েক থয়না থোগনগী মশক ওইনা ইজবনী। তৌইগুম্বম্নং থায়নদগী লৈনয়ীব লাইরিক খুদিংমক্তি পদগী মশিংনা অধ্যায় ওইবনী ননাইগীদি পদগী মশিংদা অধ্যায় ওইজদে রস রসগী মত্তাং মত্তাং অত্নুনা অধ্যায়গী মওং ওইজবনী। ময়ম অত্নুনা ননাইগী অসিদি হৈজ শিংজত্নুনা ইজবা নচ্চদে ফাজবা থয়দং ইজবনী অশোয় অভাব পুয়মক ঙাকপীয়ু হায়না ননাইনা ঙক্তা কি য়েচ্ছত্নুনা চৈশু ত'বগী মতৌগুম্না ( ১০৮ ) লক হন্না হন্না দণ্ডবৎ কচ্চরী।

---

# কীর্ত্তনগী শৈরেং

## গুরু বন্দনা

বন্দে গুরুমীশভক্তা নীশমীশাবতারকান
তৎপ্রকাশাংশ্চ তচ্ছক্তি কৃষ্ণচৈতন্য সংজ্ঞকম ॥

( গুরু খুরুমজবা )

শ্রীগুরুদেবগী মখোং থম্বাল অনীমক্তা তোনবা ননাইনা হয়া হয়া খুরুমজে। সংসারগী অমম্বা সমদ্রুদা তাদুনা জ্ঞান মাঙনা লৈরবা জীবশিংগী থমোইদা জ্ঞানগী থাউমৈ ওইনা ঙানবিরীবা অদুগুম্বা শ্রীগুরুদেবগী মখোং থম্বান্দা ননাইনা হয়া হয়া খুরুমজে ॥

( গৌরবট )

জয়শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরকিশোর শ্রীরাধাভাব কান্তিধর।
হরিসঙ্কীর্ত্তন বিহার। ভগত চতুরগণ প্রেমরস আস্বাদয়ে ভাবস সুখময়পুন। জয়জয় গৌরচন্দ্র করুনা সাগর হা সচী নন্দন। প্রেমসিন্ধু অবতার আনন্দকন্দ।

( মায়ুনা শক্তদবা )

খুরুমজে কৃষ্ণচৈতন্য কৌজরীকো শ্রীরাধিকাগী মবুংঙো। সঙ্কীর্ত্তন্দা ঙানবীয়ুকো। ভক্তীস্থ তম্বীয়ুকো প্রেমরস পিবীয়ুকো (অ) পাপ্তগী লানবীয়ুকো। থমোইদস্থ ঙানবীয়ুকো নংগী নাস্থু শোঙগেকো দোষ গুণ লৌবীনুকো। হে প্রভু ইবুংঙো ননাইবু চানবীয়ুকো।

( গৌরবট )

জয়সচীনন্দন প্রভুহে (এ) জগতজীবন। প্রভুদয়ানিধে রাখ মোরে শ্রীচরণ তলে। অখিল ভুবনজন জীবন। আইসহে (এ) গৌরাচান্দের তোমা আইসহে হৃদিপদ্ম সিংহাসনে রক্ষাসে যতনকরে। সচীহৃদয়ানন্দ প্রকট কৃতি চন্দ্রপ্রভু। নীজ প্রনয় নিভর বিতয় দেব। আমার হৃদয় মন্দির মাঝে উদয় কর়হে। হৃদয় সুরধনী তীরে বেঢ়াই কীর্ত্তন কর একবার উদয় করহে। এছড়ুভাভাই প্রিয় গদাধর সঙ্গে. একা আসিবে নারহে।

( মান্না শককদবা )

সচীগী মচা ওইনা ঙাল্লিবা (আ) জীববু নুংশিহৈব।। পাপ্ন কোকপীডুনা পিনবীয়ু শ্রীচরণগী সেবা। "কোকহনবীয়ু থমোইগী অমন্না। ঙানবীয়ু (নে) হবুংঙোনা সঙ্কীর্ত্তনসিদা প্রেম্না চন্দন ওই-জরগা কচ্চরীয়ে শ্রীচরণদা। ঙসি পিবীয়ু তাঙলবা নংগী প্রেম পামজে থমোইনুংদা। দোষ গুণ পুম্বা লৌবীনু শোঙবসিদা। ঐগী থমোই মন্দিরসিদা নংনা ঙাম্মোক্কবীরগো। হৃদি গঙ্গাগী মনাক্তা বেঢ়াই কীর্ত্তন তৌবীরগে। নচিন ননাউনা গদাধর লোয়নডুনা কীর্ত্তন তৌবীরগো। প্রেমগী চন্দন লৌবীয়ে।।

( গৌরবট )

জয়জয়শ্রীসচীনন্দন গৌরাঙ্গহে। (২)। মোর কবে দয়া হবে। জয়জয়শ্রীসচীনন্দন। মোর কবে দয়া হবে প্রভু গৌরাঙ্গ হে।

( মান্নবা শককদবা )

হন্না হন্না খুরুমজৈ ইবুংঙো লেংশিনবীয়ু। (২) ননাই ঐবু থোজানবীয়ু। হন্না হন্না খুরুমজৈ ইবুংঙো। ননাই ঐবু থোজাল-বীয়ু নংনা ঙাক্লোইবীয়ু।

হন্না হন্না খুরুমজৈ ইবুংঙো নংবু কৌজৈ (২)। ভক্তীতনা আসন ওইজৈ। প্রেমগীচন্দন কৎলগা পেজগে নীংজৈ নংগী নাম্বু শোনবা পামজৈ চরণ থম্বাল নিজৈ

(রাগ মল্লার)

বিহার শীলোৎতি সুকান্তদেহ কান্তা প্রিয় ধার্মিকশীলযুক্তো কামাতুর। পিঙ্গল নেত্রযুগ্ম মল্লার রাগ প্রিয় কুমকুমাদ্যৈ।

আরে নিধিগোরা নিধিগোরা করুনা সিন্ধু অবতার। নীজগুণ গাঠি নাম চিন্তামণি। জগতে পঢ়ায়লি হার।

( মান্নবা শককদবা )

ঐশ্রী গৌরাঙ্গনা জগৎসিদা থাওইনা মানা ঙানবিররে॥ য়ুমথোং খুদিং চংলে নামদো য়েনবিররে॥ জীববু লায়না লানবীররে॥

গৌরচন্দ্র অসিদা মেন মেনরুপ পান্দুনা শরুগা লোইগদবনী॥ ধুমেন অদুদা য়াউরীবা পুং ময়াম অমসুং পালা ময়াম অদু অমত্তা কায়বা য়াদে॥ অদুদগী মেনরুপ লোইরগা শৈশক তান্নবগী-দমক পুং ময়াম অদু লোইনা থোক্লগা শৈশক অদুগী পালা মীরেপ অদুনা লৈহৌদুনা মথা শকদবনী॥ লৈহৌরিবা পালা অদুনা গন্ধচন্দনগী হোনা শরুগনী॥

( গন্ধচন্দণ )

জয়রে জয়রে গৌরা শ্রীসচীনন্দন মঙ্গল নটন সুঠাম॥ কীর্ত্তন আনন্দ শ্রীবাস রামানন্দ মুকুন্দ বাসু গুণ গানরে (এ) আরে॥ দ্রাংদ্রাং দৃমিদৃমি মাদল বাজত মধুর পঞ্চম রসালরে॥ শঙ্খ করতাল ঘন্তারব ভেল মিলন পদতল তালরে (এ) আরে॥ কোই দেই গৌর অঙ্গে সুগন্ধি চন্দন কোইদেই মালতীর মালরে॥ পিরিতির ফুল শরে মরমে ভেদল ভাবের সহচর ভোররে (এ) আরে॥ কেহুবোলে গৌরাআমার জানকী বল্লভ রাধার-প্রিয় পাচঁ বানরে॥ নয়নানন্দ মনে আননাহিক জানি আমার গদাধর প্রাণরে (এ) আরে॥

( মান্নরা শক্তবা )

জয়ওইরে জয়ওইরে গৌরনা ভক্তগা লোয়ননা হরাউনা সুংঙাইনা জগোই শাররে॥ কীর্ত্তনদো হৌররে শ্রীবাস রামানন্দ মুকুন্দ কয়া ঈশৈ শরে (এ) য়েরে॥ ত্রেস্তাং খিৎত্র খিংতাং হায়হনা য়েররে পুংলোনগা ঈশৈগা তাঙাগা চানরে॥ পুংগী করতানগী খোঙেল শঙ্খীবা ঈশৈ খোঙেল মোইবুংগী খোঙ্গেস্তনা নিনগ্রে (এ) য়েরে॥ কনানা গৌরাঙ্গদা চন্দন্দো কচ্চরে কনানা মালতী পরেং হুকচরে। সুংশিরবা চন্দন মনম কংবদা গৌরাঙ্গনা ত্রঙ্গী লীলা রস খল্লুরে (এ) ঙাউরে। মীনা হায়নৈ গৌরাঙ্গসে সৌভাগী চায়বা রাধাগী মবুংঙোনিসু হায়নরী। হায়জরী কোমল স্নিংহ অতৈ অমা খংজদে শকচগে নংগী নগুণ শোঙগে নিজরী॥

গৌর নয়ন কমলে প্রেম জল ধারারে। রাধা-রাধা বোলি- কান্দে বৃন্দাবন বোলিডাকে গৌরগুণমণি। সুরধনীদেখি গৌরা যমুনা মনে মানি॥

( মান্নবা শককদবা )

গৌরহরিসে কপ্পক্লে প্রেম্না হকচাংদা চোৎলক্লে। রাধা-রাধা কৌজরক্লে। ব্রজলীলা নীংশিংলক্লে অঙাউবদো থোইনা মাক্লে। সুরধনী গঙ্গা য়েংলে যমুনা মরুী থল্লে॥

( সোভা মোহন সুত্র )

নন্দ উপনন্দ ব্রজ সোভা সম্পদ মধ্যেবসি দামোদর গুণীগণ কলা যতগান বাদ্য অদভুত দেখি কৃষ্ণ হরস অন্তরে। তুষ্টহয়া গুনী- গণ অনিদিল বহুধন সোভাজন যাই নীজনীজ ঘরে। আসি দামোদর ভোজন করি সেই সুখ কহন না যাই॥

( মান্নবা সোভা মোহন সুত্র )

নন্দ উপনন্দনচিংবা ব্রজগী অহন-লমন পুম্নমক তিল্লরে সোভাদুগী ময়াইদা রামকৃষ্ণ অনী লেংশিল্লে। মতম অসিদা ঈশৈ শকপনা শকপা পুং য়েবনা য়েবা মীয়াম অপুম্বা রাম্না পুক্নীং মুঙাইনরে। মহৈ মহৈ অহাও-অথুম পুথোক পুথোক্লদুনা চারে। মতৌ অসুম তৌনা হরাউ কুম্মৈ তৌরম্বদগী মহৈ-মহৈ ময়ুম মম্মদা হম্নথরে। রামকৃষ্ণ অনীসু লুক হাবা লোইরত্তুনা শয্যাদা চেপল্লে॥

( সুত্র )

এথারাই সুধামুখী নীজ কর্ম্ম সমাপন হেন কালে সখীগণ তাহা আগমন। সখীগণসঙ্গে সুনাগরী বিরলে বসিয়া কৃষ্ণরূপ মনেগুণী সখীরে কহিলা।

( মান্নবা সুত্র )

অশোমদনা কমদৌরি শ্রীমতি রাধিকানা ইমুং মনুংগী হৌনবী থবক পুম্নমক লোইজরে। মতম অসিদা চান্নজবী মতাশিং ময়াম লাক্লে কনাগুম্বী সখীশিংসু ইবেম্মবু থৌগল্লে। অদুগুম্বী চান্নবী পুম্নমক লোয়নদুনা অচিকপা মফমদা লেংশিল্লে মতম অসিদা মবুংঙোগী নুংশিজবা রাধিবু সখীশিংদা হায়জরক্লে॥

( অনুরাগ )

হাই প্রিয়সজণী শ্যামরূপ পাছরিতে নারিগো। হাই প্রিয় সজনী-সজনী। লোকে বোলে কালা কয় সেরূপ কালিয়ানয় নীলমণি কান্তি· যিণি সোভা। লোকে বোলে কালা-কালা রাধা মোরে হৃদির মালা হাইপ্রিয় সজনী (২)॥

( মান্ননা শক্কদবা )

হা ইতা চান্নবী শ্যাম নাগর মাগী মৈচাক থাংঙমদে। হা ইতা চান্নবী, চান্নবী। হায়নবনী কুচু মুই অমুবদি নত্তেকো ইন্দ্রনীলমণিদগী হেল্লি। হায়নৈ মীনা অমুবনী রাধাদদি মণি-নীকো (ও) ইতা চান্নবী॥ (২)

হাই প্রিয় সজনী-সজনী প্রাণনাথ বিনে কেনে জীয়েগো কৃষ্ণ প্রেম (·) জ্বালা। প্রাণবন্ধুর বিরহানলে প্রাণ ধরিতে নারে। অন্তরে-মদনজ্বালে প্রাণ প্রিয় সজনী। হামু অনাথিনী বিধি কইল বামা। প্রেমানলে দ্বীগুণ-দ্বীগুণ জ্বালেগো সজনী॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়বীয়ু ভাকপীয় শেম্বীয়ু লাইবক থিবী ঐগী উপায় তৌবীয়ু মৈচাকসে ঈংহনবীয়ু। প্রেমগী মৈনা চাক্লবী ঐবু কৃষ্ণ ফংহনবীয়ু। থল্লুবগা থাংগমদরে মৈচাকসে কনবীয়ু। থম্মোইগী মৈচাকসে ইতা থাংগমদরে। থরাই অসে থাজবগে পুক্লিংদা লেপচরে॥

( সুত্র )

এথা সুনাগর মদন বিভর নি সব্দ উঠল নন্দ কিশোর জলধর রুচি শ্যামর কান্তি যুবতী মোহিত বেশ ধরু কতভাতি। ঘরসয়ে নিকছল অষ্ট দণ্ড রাত্রি সঘন গগন হেরী নখতের পাতি। কহত শেখররায় গুরুজনভীতি পরনারী পিরিতিক ঐছেন রিতী॥

( মান্নবা সুত্র )

অসোমদা নন্দগ্রামদা শ্যাম নাগর কৃষ্ণনা (পুংজা) দণ্ড নিপানগী মতুংদা শয্যাদগী লেংথকলে মনা মনিল নাইদনা মপানলোমদা লেংথোরক্লে। সনাফিগে গুঞ্জানা চরণ থক্তা ইচাই চাই বাঁশী খুৎত পাই নোম নোম নোম-নোম তৌনা নিভৃত নিকুঞ্জ তয়ক্লে॥

( রাগ কৈল্যানী )

ব্যাধুতা নট নৃত পরিশ্রমেম বালা লীলাভি সন্তি প্রেম্মত্ত চিত্তা।
নটিনা কল্যানী কলয়তি সভ হস্তীপ্রস্থানিয়া সুকাল বপুসা।

( কৃষ্ণ অভিসার )

কাননে কুসুম সবহু পরকাস। (২) শারীশুক পিক সুমধুর ভাস।

গুঞ্জত ভ্রমরা ভ্রমরী উতরল। মধুমদে মাতল পড়য়ে বিভর। তবহি গমনকরু বিদগদ রাজ। ঝনন ঝনন পদ নোপুর বাজ। ঐছেন আইলা পায়ে নিভৃত নিকুঞ্জে। বৃন্দাদেবী হরসয়ে আনি পুষপ পুঞ্জে। ভ্রমি ভ্রমি বৈঠল নিভৃত নিকুঞ্জ সেয বিসায়ল কিশলয় পুঞ্জে। পথ হেরী আকুল বিলক পরাণ। অবহু সুন্দরী নাহি করল পয়ান। অন্তরে মদন করল পরকাস। চৌদিগে হেরত গোবিন্দ দাস।

( মান্নবা শককদবা )

কুঞ্জসে কুস্মুম্মা ফুগাইনা শাংলীদে। (২) চোংঙা তেনবা কোকিল মুংশিনা খোংলীদো। খোইমুম্ম সঙ্গুনী গুণ গুণ হায়না ঙংলীদো। নৈকা নৈকা খুদিংদা নৈহীদো চুপ্পীদো। লেংঙক্রে নিভৃত কুঞ্জ তম্নক্লীয়ে শ্যাম্মা। ঝনন-ঝনন হায়না নিল্লী নোপুরনা। মতৌ অস্তম লেংঙকপনা নিভৃত মৌরেনা। পেঞ্জে বৃন্দাদেবীনা নৈদো থিজ্জৈ কোয়না। নৈখন শুনা হেকচরুরে কর্চ্চরে বৃন্দনা। শেমজরে সজ্জাদো নৈখন নাইনা শ্যাম্মা। য়েংজৈ মাইকৈ খুদিং-মক্তা শ্রীরাধিকাদো। উদরে লেংঙকপা রাধা রাজরে কৃষ্ণদো। থম্মোইদা রাখনগী ঈথক ঈহৌরেদো। হায়জরী কোমলনা থোন-বীরো বাঁশীদো॥

( কৃষ্ণা অভিসার )

হরি আয়ে মোহন আয়ে পদযুগ নোপুর রুনুঝুনু বায়ে। উঠত চরণ নোপুর রতন যৈছে দাম্বিনী চকিত খেলায়ে হরি আয়ে॥

ঝন ঝন পদযুগ নোপুর বায়ে। ঘন ঘন কলরব জাগায়ে। বৃন্দাবনে তরুলতা পুলক অঙ্কুরে কৃষ্ণ আগমন জানি হরস অন্তরে। ফল ফুল নম্র শাখা প্রনতি করিয়ে সৌরভেত পুষ্প কৃষ্ণ প্রাণ সমর্পিয়ে॥

( মায়না শককদবা )

হরি লাক্লে নাগর লাক্লে শ্রীচরণদা নোপুরনা ঝন ঝন হায়না নিল্লে। থাংলিবা খোংথাংনে নোপুর খোঞেম্নে অগোই শাবগী মওংদো মাল্লক্লে হরি লাকলে।

ঝন ঝন খোংথাং খুদিং নিল্লে নোপুরনা। নোপুরগী খোঞেম্না পাংবিরীয়ে কামগী মতেং ওইনা। শ্রীকৃষ্ণনা লেংওকপদা হরাও তুজুংজরে চরণ থম্বাল তমলদুনা লোইনা থুরুমজরে। হৈপাল লৈপাল পুম্নমক্তো লোইনা য়েন্নীং ছলে শ্রীকৃষ্ণগী চরণ খাদা থরাই কৎথোকচরে॥

বোলয়ে শ্যামনাগর। গোপন ভাবে। নীজ নোপুর হস্তে ধারন। পাবনা পাবনা পাবনা বোলি। গুরুজন শুনিলে আজ ঘতিবে বিবাদ প্যারী সনে নিকুঞ্জ বিলাস॥

( মায়না শককদবা )

হায়রকই শ্যাম্মা তপ্না। তুমীম্মা লোম্না। নোপুরদা খুৎনা ফাহুনা। ফংলরোই ফংলরোই ফংলরোই হায়না। গুরুজন্না তারগা রাথোক ওইরগনীনা রাধিকাগা শান্নবা ঐনা॥

নোপুর কহে কেনে বোলপ্রভু। কথন পারিবনা। ধ্বনী মাত্র সেবা করি। যোগি ঋষি মুণিগণ ধ্যান নাপায় রাতুল চরণ

মোর ভাগ্য ফলে নোপুর নাম পায়ে কেম্নী যাবে নিসব্দ।

( মান্নবা শককদবা )

হংগৎচ্ছরী ননাই নোপুরনা। লৈজরোই তুমীন্না। থোগন-বনী থোম্ভোক্তনা। যোগি ঋষি মুনিনা ফংঙমদবা তাঙলবা চরণ ঐনা ফংজররে ইমীং নোপুর হায়না ঙমলোই লৈবা তুমীন্না॥

শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জ য়োবা ঈশৈ অদু মথক্তস্থ য়াউখ্রে অদুবু সুত্র ওইনস্থ খজিক্তং ইজরী॥

( সুত্র )

ঐছেন চলিয়া শ্যাম পাইল নিভৃত কেন কালে শ্রীমতি রাধিকা নাদেখি নয়ন শ্যামের মন বর দুঃখি। তাদেখিয়া বৃন্দাকহে ওহে শ্যাম নাগর তোমার বাঁশী অধরে থইয়া ডাকহ তোমার প্রিয়সী রাধা। এত শুনি শ্যাম নাগর অধরেতে বাঁশী থইয়া ফুকারই বার বার॥

( মান্নবা সুত্র )

মতৌ অসুম লেংঙদপনা য়োরক্লে নিভৃত মতম অসিদা শ্রীমতি রাধিকাগী মাইথোংদি উদ্রবদা ইবুংঙোগী পুক্লাংদা রাজ-রক্লে। অদু উবদা বৃন্দানা ইবুংঙো বাঁশী অদো থোনবীরো শ্রীরাধিকাবু কৌবীরো। রাহৈ অসি তারবদা ইবুংঙোনা চিনবান-থোংদা বাঁশী থোংলগা রাধা রাধা হায়না খোংঙক্লে পুংশিনা॥

( বাঁশী থোংবা )

ভুয়ো ভুয়ো স্মরত শুধয়া মোদয়ি ত্বাস রাধা। চিত্র পাটৈ চতুর তিলক জাত সার ভাব। বৃন্দাতবাং পুমুর শিতয়া

রস্যাম্বান যথেষ্টং। প্রেষাং চক্রে নীজ মুরুলীকা কাকলি মেব কৃষ্ণ ॥

( মান্নবা শককদবা )

লাকও লাও কুঞ্জগী মবেন্মা নিংথৌমচা ইবেন্মা। কৃষ্ণ ঐগী থবাইগা মান্নবী প্রেমগী লংগৈ ওইরিবী। মরোল অসি হায়দুনা কম্না কাম বীজ লোয়ননা। চিনবানথক্তা হাপলে মুরুলী খোংভক্লেদো কৃষ্ণনা ॥

( সূত্র )

বাঁশীর সব্দ শুনী রাই বিনোদিনী সখীগণ থামে কহিল সু মধুর বানী ॥

( মান্নবা সূত্র )

বাঁশীগী খোঞ্জেল তাবদা শ্রীমতি রাধিকানা চান্নরবী সখী শিংগী মকমদা হায়জরকই ॥

( বাঁশী অনুরাগ )

ওই ওই ওই শ্যামের বাঁশী অত্রা কুলের ধরম বিনাসী। শুনিতে চাইগো শুনিলে প্রাণ ফেটে যাইগো। খোলের বদন থাকে রাধা রাধা বোলি ডাকে লাজে মরি মরিগো হাই। শ্যামের বাঁশীতি দুপুরে দাকাত্তি এদ্বীগ ওদ্বীগ দুইদ্বীগ কলঙ্ক দিয়েছে ॥

( মান্নবা শককদবা )

ও ও ও শ্যামগী বাঁশী খোংলে মাঙহনবীরে ধর্ম্মসি। মুংসিজৈদো বাঁশী তাবদা কায়রে থম্মোই অসি। খোংঙকলে মাহাকী

বাঁশী রাধা রাধা কৌরকপসি ইকাইবনা শিরে ঙসি। মহাক্কী বাঁশীসে চাকহল্লী থরায়সে মাগীদমক ঐসে রাথোক্তা ওইনৈসে॥

আলসোই শুনিয়া যায় শ্যামের বাঁশীর কথা কইরে। কুলের ধরম গৃহেরী করম বঁশীয়া সকল বিনাসয়রে। বাঁশীর সব্দ শুনিতে পরমাদ সর বস ধন লিয়া গেলরে। চন্দিদাস কয় তেইসে কারন বাঁশীর অমুল্য ধন বাঁশীতে। শ্যানের বাঁশীতি বিষম দাকাতি এদ্বীগ ওদ্বীগ দুই দ্বীগ কলঙ্ক দিয়েছে॥

( মান্নবা শককদবা )

ইভাসা খোংঙকে মুংশিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল তারে। ধর্ম্মসু কর্ম্মসু রাথনসু শাজৎসু বাঁশীনা পুম্নমক মাঙকনবীথরে। বাঁশীনা ঙম্নদি ইতা চাকম থকফম সুকম চৎফম খংহন্দনা পুমঙাউ ঙাউহনবীরে। কোমলনা হায়জৈ থম্মোইনুংদা ঙকচৈ বাঁশীগী মগুণদি হায়বা ঙমদরে। বাঁশীগী খেঙ্গেন্না থর্ম্মোইনুংদা দাকু ওইরে ঐগী থরাই অসে বাঁশীনা হুথরে।

( বাঁশীগান )

হেন কানে বাঁশী ধ্বনী দ্বীগুণ বাঢ়িল। রাই শ্রুতি মুলে পৈছে করে তলমল। মধুরিপু রসবাপি মৎতহংস-প্রজলপং। প্রনয় কুসুম বাড়ি ভৃঙ্গ সঙ্গীত ঘোষৈ। সুরত সমর ভেরী ভাঙ্কৃতী পুতনারে। জয়তি হৃদয় দংশি রূপি বাঁশী নিনাদং॥

( মান্নবা শককদবা )

মতমদুদা শ্যামগী বাঁশী খোংলে কয়া কয়া। ঈহোরে থম্মোইগী মৈচাক থাংজৈ নিরা নিরা। মুংশিরবা স্বরমক্কী

থরাই মঙা হুবনী প্রেমতবু মহাক্না হৌহল্লী ব্রজ রাথোক ওইহল্লী। কাম বীজ হাপ্পনী নীংবা পুম্বা থুংলিবনী শ্যামগী পাঙ্গল ওইবনী ঙকপা খিবিক তিনবনী।

( মেন )

প্রিয় সজনী (৩) কেমনে সহিব প্রেম জ্বালা। শ্রীনন্দের নন্দন বিনে কেমনে সহিব প্রাণে হৃদি মাঝে জাগিয়াছে কালা। তনুনব জলধর বয়স কৈশোর বর বিম্বাধর মন্দ মৃদু হাসি। অধরেতে বাঁশী থইয়া ডাকে রাধা (২) বোলি চুরিনিল মোর প্রাণ বাঁশী। তাহে গুরু দুরুজন তর্জ্জে গর্জ্জে অনুক্ষনে চলিতে নাপারে তার পাছে। সহষেই পরাধিনী আর তাহে কলঙ্কিনী ধিক (২) গোপী রমন দাস॥

( মায়না শককদবা )

প্রেয়া চাক্লক্লে (৩) মতৌ করম ঐনা থাংলসিবা। শ্রীনন্দগী মচা ওইবা যশোদাগী থরাই ওইবা থম্মোইমুংদা কাউঙমজ-দেগবা। ফুইনা হৌবা নোংবু ঙম্বা শংবায়না কক্তরবা যোযোন (২) নোক্লা থম্মোই হুবা। চিনবান থোংদ বাঁশী থোনবা রাধা (২) হায়না থোংবা ঐগী থরাই বাঁশীনা হুরীবা। কক্তরবা গুরুজন্না চক্রি তৌবী তোয়না (২) চচ্চবা ঙমজদে মাগী নাক্তা। মহৌশানা মীথা পোনবী মতম খুদিং রাথোক চাউবী তোল্লি (২) মুপী ওইবা ইভা॥

সখি বোলনা (২) কি হেতু জীবন রাখি। সখি আরে অলি আরে প্রাণ ধারিতে নারে। অলি আমা দুর্ভা গেরে।

অলি আমা দুর্ভাগেরে এখন আমায় প্রাণ সখি কি সহে অবলা রাধ। জর (২) হিয়ে বন্ধুর লাগীয়া আনলে পুরিয়া গেলরে সখিরে। হামুনারী কুল বালা নাজানী কি কইলাম কালা। নারী না হইতাম যদি সঙ্গে যাব নিরবধি। এতই জাতনা বিধি কেনে করিব অবলা রাধা॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়যু চায়বী (২) কান্নদে ইতা হিংবগী। চাকলে ঐদি ইতা মাগী প্রেম্না মীকুপ খুদিংগী। চাকলে (২) রাধা ঐদি চাকলে (২) রাধা ঐদি কল্লি (২) প্রেমগী মগুণ হায়যু করি উপায় নৈরী। তোল্লি (২) ইতা নুপীগী মপোকসে বিথিনা ঐহাকপু তমথিবী চায়বী। মাংলে (২) রাধা ঐদি ওইহন-বিরী ওক্লবী। ব্রজসিদা হায়নবিরী রাধা ঐবু রাথোক চাউবী। মৈচাক থাংলবী পাঙ্গন শোনবী তোল্লবীনিদো ঐদি॥

( অওনবা )

উপায় খোল প্রিয় সখি রাধা অভাগিনী দ্বীগুণজ্বালা। দাবানল মধ্যে কুরঙ্গিনী বালা যেন কমলিনী হিমের জ্বালা। প্রাণ সহেনা (৩) হামু রাধা দুর্ভাগিনী রামা। যায় লাগী কলঙ্কিনী হউক আমারে॥

( মায়না শককদবা )

উপায় হায়যু চায়থোইবী লাইবক থিবী ঐদি থোইনা চায়ে। লম্মৈনা কোইরবী শজী পাঙ্গন শোনবী মাগী মতোৌগুম্না মৈচাক থাংলে। প্রেম্না চায়েদা (৩) রাধা ঐগী মপোৌকসে তোল্লিদা।

মাপী দমক রাখোক চাউবী হায়নবিরী ব্রজসিদা॥

( অওনবা )

হায়্ মুগুধিনী বালা কেমনে সহিব প্রেমের জ্বালা। হাই আমি কি করিব॥ প্রিয় সজনী। হা বিধি বিধাতা কি লেখিলে মোর কপালে। কৃষ্ণ বিরহিনী রাধা এই ব্রজের মঝে কলঙ্কিঁনী হাই প্রিয় সজনী। কলঙ্কঁ বাদিনী রাধ কলঙ্কিঁনী দুঃখ মানিনী। অকলঙ্কঁ ব্রজ ধাম কলঙ্কিঁনী রাধা নাম॥

( মান্নবা শককদবা )

তোল্লি (২) মুপী ওইবা করম্না খাংশিবা প্রেমগী মৈচাক। হায়নরী রাখোক চাউবী; ওইরী ওক্তবী। হায়বিরী ওক্তবী লাইবক থিবী রাধা পাপচেনবী। কাইনা মৈশা লাংবী রাধা ঐনা পামজরুবা মাপী সেবা হায়বীয়ু ফংনবা। মহাকীদবরী ইভা কপ্পতনা পাঙল ওইজবা। ব্রজসিপী মসুংদা লৈজররোই ইভাসা॥

( অওনবা )

এত্তই জ্বাতনা বিধি কেনে। হা হা বিধি বিধাতা কিলেখিলে মোর কপালে। হায়্ দুর্ভাগিনী সমান কে আছে ব্রজের মাঝে। তোর আগে এখন মৈলে যদি ভাল হবে। প্রাণ বন্ধু বিনে কিকরিব হাই হাই প্রিয় সজনী॥

( মানন্না শককদবা )

মৈচাক খাংজবী পাঙন শোনবী। হায়বিরী ওক্তবী লাইবক থিবী রাধা পাপ চেনবী। হায়য়ু উপায় করি লৈবা ফংনবা

মাগী সেবা। শিরগদি ফগদরা ঐগী মীংচৎ কোকদরা। প্রেম্না চাক্লিবনী চান্নরবী হাই কাই করম থাংসিবা॥

প্রিয় সজনী জনম দুঃখিনী উপায় বোল প্রিয় সখি। হামু দুর্ভাগিনী রাধা কলঙ্কিনী। হামুত অবলা প্রেমেরী জ্বালা হামু দুর্ভাগিনী প্রাণ তেজিব। এই ব্রজের মাঝে সদাই কলঙ্কিঁনী॥

( মান্নবা শককদবা )

প্রেম্না চাক্লে রাধাগী থম্মোয়সে করি উপায় লৈরী চান্নবী। তোক্লবী পাপচেনবী রাথোকস্থ চাউরবী। মুপীস্থ ওইবিনী রাখনস্থ খেনবিনী পাঙ্গনস্থ শোনবিনী প্রেম্না চাকপিনী। ইতা ব্রজসিদা করম্না হিংগনী॥

পাপিনী হামু কিসহিব প্রাণ এত দুঃখ দিলে দারুন বিধি। রাধা হামু একাকিনী। ব্রজের মাঝে সদাই কলঙ্কিঁনী॥

( মান্নবা শককদবা )

পাপ চেনবী ঐদি করি ওইগনী অহোইনবা চাক্লে খল্লুবা খুদিং। রাধা হায়বী ইথস্তনী। ব্রজগী মমুংদা রাথোক চাউবীদি॥

ধিক (২) জীবন জীয়ে কিকারন মুগুধী বেয়াধী বাঢ়ল অন্তর। মনে অন্ধার (২) হইলরে। উপায় বোল আরে অলি আরে॥

( মান্নবা শককদবা )

পাপ্ন ভাত্নবা পোকপা মপোক ওইরে অরাবা রাখম্না ঐতগী ওইরে। প্রেমগী মৈচাক খাংবা ওয়দরে। উপায় অমা হায়য় ঐদি রারে॥

নাজান পিরিতি সহে জ্বালা (৩)। না জান পিরিতি সহে জ্বালা (২) এ জ্বালা (৩) জ্বালা সোই এ জ্বালা। কান্থুর পিরিতি যেন কাল ভুজঙ্গম দংসিল অবলা প্রাণ। এ দুঃখ কহিমু কারে হাই সখি হাইরে হাই। হামু রাধা অভাগিনী প্রাণ কি সহিব॥

( মান্নবা শককদবা )

হকমল্লী কনমল্লী প্রেমগী চৈনা (৩)। হকমল্লী কনমল্লী প্রেমগী চৈনা (২) খাংঙমদে (৩) গবকো ঐহাক্না। পিরিতি লায়নাদি লম্মৈনা চাকুম্মী ইতা চাক্লিয়ে থম্মোইদা অহোইনা। কনাদা লৌরগা ঔতা মৈচাকসে ঈংগবা। হায়যু ইতা অঙকপনী প্রেম ঙমদে খাংবা॥

দাবানল মধ্যে কুরঙ্গিনী বালা। যেন কমলিনী হিমের জ্বালা। প্রিয় সজনী (২)। কেমনে সহিব। জ্বালাই সোইতে নারে॥

( মান্নবা শককদবা )

লম্মৈনা চাক্লবী শজীগুম্মী ইতা। শজীনা থাংবগুম থাংলী ইতা। হায়যু চান্নবী (২)। কমদৌনা খাংগনী। থম্মোয়গী মৈচাকসে॥

হামু দুৰ্ভাগিনী রামা বিধি মোরে হইল বামা॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়যু উপায় করি লৈবা মৈচাক অসে কোক্লবা॥

( তাঞ্চপ )

সখি কি বাচিবে পরাণ আমার শ্রীনন্দের নন্দন বিনে প্রাণ শখিকি। ভাবিয়া (২) প্রাণ সখি কি। ঘনবিত্ত বয়ন ললিত

ত্রিভঙ্গ হেরি যুবতী মোহিত আনঙ্গ। মধুরং (২) বপুরস্য বিভো মধুরং (২) বদন মধুরং মধুগণ্ডমৃদু স্মৃত মে দদহো মধুরং (৪) ॥

( মান্নবা শককদবা )

চক্কি যী যটিলা চিনফেন্দ ফবী কুটিলা মমা মচানা ঐবু য়েংশিল্লী। খোংথাং খোংথাংগিনী। খল্লু (২) খুদিংদা খাইনা মৈশা খাংঙমদা খারু। খজিত্ত খগুজহৌদবননী। কপ্পুনা (২) কমজরগে পুন্সি কপ্পুনা (২) কংদরে ইমাইৎসি করম কাউরসিবা কালা কাউঙমদেনা কপ্পুনা (২) কৃষ্ণবু শোনগনী ( ঐনা চক্কিবী )

( তাঞ্চপ )

অব হামু কিকরিবরে তোয়ে বোলিয়ে প্রাণ সখি না রহিব ইহা। মরম কথা। সখি আরে হা হা প্রাণ সখিরে। তোমা বিনে দুঃখের কথা কারে কহিবরে। ঘরে বসি রাখ তুয়া কুলের ধরম অভাগিনী করিব উচিত করমরে। গোকুল নগরে কিবা কিনা করি নবীন পিরিতি সাধা সে সব যুবতী কুলবতী স্বতী শ্যাম কলঙ্কিনী রাধা। শাছুরী ননদি দুষ্ট গৃহপতি তর্জ্জন গর্জ্জন করে কে পারে। এব নীজ (২) ঘরে চল সখী সোভে কলঙ্কিনী সঙ্গ যদি কলঙ্ক হইবরে।

( মান্নবা শককদবা )

উপায় হায়য়ু কৃষ্ণ ফংহনবীয়ু লৌশিং তাকপীয়ু প্রেমগী মৈচাক কোকহনবীয়ু ঐবু। মুংশিবীয়ু। ইতা ঐবু ওক্কবীসু হায়সনু। কনাদমু খংহনবীনু রাধাবু খাস্বীনু। য়ুমদা লৈরে মীবা তাইরো

মীখা পোনবিনীনা লাইবক থিবী য়াধা ঐবু কৃষ্ণবু কংহল্লু॥ লৈয়রোই য়ুমদম্সু ইভা চচ্চরয়োই বন্দম্সু শিরগে য়াধা মীংচৎসু থিসমু ব্রজ য়াথোকসনু শ্যাম্না পেনবিসম্সু ঐবু। যটিলা কুটিলা মমা মচাসিগী চক্কি অসে খাংঙমদয়ে ঐহাকপু। হৌজিক নংগী (১) য়ুমদা হল্লো, পল্লগনু অরা নুংঙাইমিন্নরবী ইভা নথোয় য়ায়োমু॥

( তাঞ্চপ )

সখি হাই প্রিয় সজনী জীবনের নহি দায়। শ্যাম দরশন-বিনে প্রাণ ছারিতে চায়। মরণ সময়ে সখি করহ সহায় কৃষ্ণনাম মন্ত্ররাজ শ্রবনে শুনাউ॥

( মান্নরা শককদবা )

সখি হায়বীয় লাংবীয় ঐগী উপায় তৌবীয়ু। শ্যামগী চরণ ফংহনবীয়ু থরাই কনবীয়ু। মাগীদমক থরাই অসে থারগে লেপ্লে প্রেমগী মৈচাক খাংঙমদরে হিংবা কায়দরে।

( তাঞ্চপ )

দহিলে অঙ্গ শ্যাম বিরহানলে। দাবানলে পুরেবন তেমতে পড়িয়াছে মন কতনা সহিব সহন না যায় হেদে আইল প্রাণ সখীরে (২)। শীতল চন্দন শীতল মলয়া নিল বাঝ্য দহতি মম দেহা। অন্তরে দহতি বিরহানলে মম পঞ্চপ্রাণ হাই। গম্ভীর যমুনা জলেস্মিন দগ্ধা প্রাণ যাহামি। প্রাণনাথ গোবিন্দ বিজহে। তৃষ্টন্তি প্রাণ মম কণ্ঠ দেশে বারং (২) কথংনিবার আমি। অহমপি কুলহিনং দুর্ব্বলা স্ত্রী যাতী॥

( মান্নরা শককদবা )

অহোইনা চাক্লে চিন্তানা ওইরী চিভা। লম্মৈলক্তা লৈপ্রবী শজীগা মান্নে ইভা। কল্লিদা পিরিতি খাংঙমদে ইভা হায়য়ুগবা উপায় অদো অমত্তা চায়বী ললিতা। ঈংলবা চন্দমা ঈংলবা মলয়ানা মৈরী ওইদুনা চাক্লে ইভা। থম্মোইদা চাকপদি প্রেমতগী মৈনী মত্তৌ করম ঐনা থাংনী। শুক্লবা যমুনা ঈরেন্দা শিথিবনা করনী। প্রেমগী মৈ শোইরোই কোক্লপনী। ঈংবগু য়ারোই করি উপায় লৈরোই রাধা ঐদি হিংঙবগী কায়ররোই। কুল ধর্ম্ম থল্লরোই ব্রজদা লৈজররোই।

( তাঞ্চপ )

দহিলে অঙ্গ আনঙ্গ হুতাস ওগো সোই না জানিয়ে বসন্ত এ কবার আইলাম সে কেমন। দারুন হরের বারী আমায় মদনিয়ে সে ভাল মরিলে না মরে প্রাণ ছয় ঋপু ছয়জন॥

( মান্নরা শককদবা )

অহোইনা চাক্লে মদনগী চৈনানা বসন্তগা ওইবনে ঐগী থাংকম লৈভেসে। তমথিবা নোংদম্বা নংসে ঐবু রানা থাংহনবনীসে শিশি শিঙমদেদোসে থাংঙমদেদো মৈচাকসে॥

( বাঁশী অনুরাগ তাঞ্চপ )

লাজে মরিলাম আজ রজনী সজনী শাছুরী ননদি আগে। গুরুজন মাঝে থাকে বাঁশী বাঝে বাঁশী রাধা (২) বোলি ডাকে। শাছুরী ননদি দুষ্ট গৃহপতি তর্জ্জন গর্জ্জণ করে কে পারে। যদি শ্যাম পায় তুমিসে কহিয় রাধা কলঙ্কিনী রইতে নারে। সাগরে

পসিয়া পরাণ তেজিয়া কলঙ্ক মীত বেগো সজনী। চণ্ডিদাস কয় ধর্য্য বাঁশী লয় বিশ্বামীত্র ময় বাঁশী ধ্বনী॥

( মান্নবা শককদবা )

ইকাই হনবীরে ঐবু রাহল্লে বাঁশীসে ইনেমগী ইচনগী মাংদা খোংগুল্লে। গুরুজন তিল্লিডৈ রারী শানরীডৈ বাঁশীনা রাধা (২) হায়না কৌরল্লে। চক্রিবী যটিলা চিনগনবী কুটিলা তাখিনী হায়না ঐনা মীপাইরে। ইতা নখোয় চৎলো শ্যামদা তম্বিরুয়ো রাখোক অনৌবদো ওইবা তারে! ঈশিংদা চোংথগে থরাইসে থারগে রাখোকসে কোকহল্লগে নীংজরে। কোমলনা হায়জৈ লৈবীয়ু তপথনা মীনা থংথিগনী চিংনজরে॥

( তাঞ্চপ )

শুনগো ললিতা কি হইল রাধা পাপ কপালে বিধি শিরিজি লেগো। হা হা প্রাণ ললিতা। তিন দ্বীগে দাবানলে আগে ব্যাধ ধনুর শরে যেন মৃগী চক্ষু মীলে চায় বোল সখি ললিতে। উপায় বোল প্রিয় সখি। হামু দুর্ভাগিনী রামা বিধিমোরে হইল বামা। হা ধিক (২) যছিত জনম সখি॥

( মান্নবা শককদবা )

চায়বী ললিতা তোল্লীদা রাধা পাপ চেনবী ঐনা পাঙ্গল ওইরী কল্পনা। কনবীয়ু নখোয়না। লম্মৈনস্থ কোইশিল্লবী মাংদ

ব্যাধনস্থু থংগী অহুগুপ্পী শক্তীতুনা রাধা ঐগা মাইমেনা। উপায় হায়যু ইতা নংনা। পাঙ্গন শোনবী মুপী ওইনা পোকহনবিরী নোংদম্বনা। তোল্লি (২) চাকশিল্লক্রে প্রেমগী মৈনা॥

( তাঞ্চপ )

হা আ হা বিধি (২) কি লেখিলে হামু রাধা পাপ কপালে। কেন বা নারীর জনম দিলে। নারী না হইতাম যদি সঙ্গে যাব নিরবধি। পিঞ্জুরার পক্ষীযেন পার হইতে নরিগো॥

( মান্নবা শককদবা )

হা আ হা বিধি (২) নংনা শেম্বনী রাধা ঐগী ফত্তবা লাইবক। পোকহনবিরী মুপী ওইবা মপোক। মুপী ওইরমদরবদি শ্যামগী তুংইঞ্জগনীকো। পোন্দা লৈবা উচেক্কুম য়েংশিনবনা য়াম্মীকো॥

( মেনকুপ )

হাই (২) প্রাণ সখি অভাথিনী প্রাণ সোইতে নারে অবলা প্রাণ সোইতে নারে কৃষ্ণ প্রেম জ্বালা গো। কেমনে সহিব প্রেম জ্বালা গো। শ্যামের পিরিতি কাল ভুজঙ্গিনী দংশিলুরে। দুর্ভাগিনী হামু নিদারুন বিধি এত দুঃখ শিরিজিলে কপালে হামু॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়যু চান্নবী লাইবকথিবী রাধা ঐগী উপায় থম্মোয়সে প্রেম্না অহোইনরে করম্না ঈংগনী ইতা ঐদি। করম্না থাংগনী

পাঙ্গল শোনবী ঐদি। খংলিরোইকো ইতা নিপা ওইকা থম্মোয়দি। থল্লু (উ) থল্লুরগা লাইবক থিবী ঐগী থম্মোয় অসে কায়খিদোরে শ্যামগী প্রেম্না ঐদি ॥

## ( মেনকুপ )

বিশাখীকে বোলে তোমায় বা চাউগো প্রাণ সখি। হে প্রিয়ে সজনী (২) জনম দুঃখিনী বন্ধু প্রেমানলে হৃদয়ে দহতি প্রাণ সোইতে নারে। ললিত ত্রিভঙ্গ মোহন মুরুতি রসরাজ মুর্ত্তি যে রূপ দংশিলে হৃদয়ে গুণীয়ে দ্বীগুণ জ্বালা প্রাণ বিশাখীকে। কিবা কর্ম্ম ফল জনম কালে সুখেরী কলম ছারিয়া বিধি দুঃখেরী কলম হ'তে ধরি। মম লাগী নিকরুন কপট বিধাতা কেমনে লেখি এত দুঃখদিলে শৃষ্টি কার্তা করে বিধি শৃষ্টি নয় বিধাতা সংহার কারক দুষ্ট বিধি। যাব আমি দুর দেশ হয়া যোগিনীর বেশে। বন্ধুর কারন আমি যোগিন হব কৃষ্ণ নাম লয়ে ॥

## ( মান্নৱা শককদবা )

বিশাখীকে হায়রু কৃষ্ণ ফংনবা উপায় অদো। হে ইতা মপোকপু কত্তবী বাথোকপু চাউরবী শ্যামগী প্রেমগী মৈনা থম্মোয়দা চাক্লে খাংবা ঙমজদেদো। মথেক অহুম থেকপা মুরুলী থোনবদো থল্লু থল্লুরগা অহোইনা চাক্লেদো কাউজবা ঙমজদে নিংথিবা মুর্ত্তিদো (হে বিশাখীকে)। মপোক কয়ারক্তা তৌরকপা পাপ্পা বিধিনা ঐহাকপু য়েক্লবী ইতা নোংদম্বা মহাকসে মুংশি দৈত্তেদো ( হে

বিশাখীকে)। ওস্নোকপনী বিধি নংসে করিগী ঐহাকপু পোক-হল্লী নংনা নুপী ওইরদুনা শৃষ্টি শেম্মী হায়বৈ নংসে শৃষ্টিদি নত্তনা নোংদম্বা নহাক্তি সংহার ওইরেদো (হে বিশাখীকে)। ঐদি যোগী ওইজরগে লাইনীংবীদো ওইজরগে। মহাক্কীদমক্কী উখোং খুদিং পেম্না শোজরুগে॥ (২)

## (মেনকুপ)

কহয়ে সখি ইহ জনমীয়ে পাপিনী কপালে হাই। বন্ধু লাগী প্রাণ প্রিয়ে যাব দেশান্তরে দিবা নিশি কৃষ্ণনাম (নাম) জপী (২)। আজ নিশ্চয় মরীব (৩) সখি তেজিব (১) পাপিনী পরাণ কি ফল জীবন রাখা। আমার মরণ কালে কৃষ্ণনাম মহা মন্ত্ররাজ বোলগো সোভে। ভুলনাই (২) মমপ্রাণেশ্বব তোরা সব মেলী জপ কৃষ্ণনাম। মৃত্যু কালে কৃষ্ণ নাম শুনি যদি মৈলেম রাধা পুন জন্মে যার চরণ দাসিনী হবা॥

## (মান্নরনা শককদবা)

হায়য়ুনে ইতা মপোক অসিমগী হিংগনী করম্না (অা)। মাগীদমক চায়রবী দেশ (২) কোয়না অহিং মুংথিল নাইদনা শোল্লুরগে কৃষ্ণ। ঐনা নীংজে হিংবগী কান্নদে ফরনী শিবনা লৈয়রোই (২) বৃন্দাবনসিদা শিজরগে ইতা। ঐনা শিরবা কান্দা কৃষ্ণনাম মহামন্ত্র অসি শোল্লুকো ইতা। কাউগনু (২) ইবুংঙো মাবু নখোয় মমাম পুম্না শোল্লু কৃষ্ণ নাম। মাগী নাযদো শোল্লিজৈ তানা (২) শিজরগা মপোক অমা ওন্নরগা ওইজগে মনাই॥

( সুত্র )

এইমতে সুধামুখী সয়ন মন্দিরে অভিসার লাগী উৎ কণ্ঠা বাঢ়িল। ক্ষনে কৃষ্ণ অদর্শনে ধরিতে নাপারে প্রাণ ললিতার স্কেন্ধে ধরি কহে মৃদু বানী। আজ কুঞ্জে কৈছে করবী অভিসার কহ সখি কি করি উপায়। হেন কালে ললিতা কহে কর আবধন গুরুজন পরিজন সব নিন্দ ভেল। তুরিতে সাজহ ধনী হইল সুমঙ্গল। এত শুনি কমলিনী কৃষ্ণ সঙ্গ যুক্ত বেশ করিল সাজল॥

( মান্নবা সুত্র )

মতৌ অসুম তৌনা রাধিকানা সঙ্গায় মনুংদা মবুংঙোগী রাখন্না থোইনা (২) চাকশিল্লক্লে। মবুংঙোগী শ্রীমুর্ত্তিবু মীকুপ অমত্তং উদবদা থরাই পুবা ঙমজদহুনা চান্নরবী ললিতাদা কোক্ত-রহুনা হায়জরকই। ইতা মতৌ করমভৌনা চৎকদগে বন্দা হায়মুনে নহাক্লা রাধা ঐগী ফননবা উপায়। রাধিকাগী রাহৈ তাররদা ললিতানা হায়রকই ইতা। ইবেম্মা গুরুজন্নাচিংবা মীয়াম পুম্বা তুম্নখরে শেম শারসি ওইরগনী মঙ্গল। রাহৈ অসি তাররদা রাধিকানা মবুংঙোগী সেবাগীদমক মতিক চারবা ফজ ফজরবা লৈতেং শেম শাবা হৌরক্লে॥

( সাজল )

শিথায়ে সিন্দুর নয়ানে কাজর তাহে চন্দনের রেখা। নব জলধর অরুনের করে নবীন চান্দের রেখা॥

( মান্নবা শককদবা )

শেমজরে শেচ্চারে শংলবা শারিদো শিজিন্লে সনাগী লিল্লাং। শক্লে শোন্লে শারে সখীশিংনা শেম্লে সনাগী শমজেৎনা শম্লাং॥

( সাজল )

সা ( আ ) জিনধনী চান্দবদনী ধনী রাধা। (২)। কৃষ্ণ সঙ্গ যুক্ত বেশ। ধনীরাজ নন্দিনী। কনক কটোর চর কুচ করক জর উজ্জর মৌটিক ডাম ভুজ যুগ স্থির বিজুরী পরি মণিময় কঙ্কন বাসকৃত চমকিত কাম। যাপর কবরী ভাল অলকাবলী বাঁ উধরু মাযহু মন মথ সেবী। ধনী রাজ নন্দিনী (৩) চরণ যুগল যাবক রঞ্জন অতি সুবিরাজে॥

( মান্নবা শককদবা )

শা ( আ ) নীংবা শাসি শক্লীংবা শক্লা শক্লা শেমসি। শানীংবা শাসি শক্লীংবা শকসি শক্লীংবা শক্লা শক্লা শেমসি। (২)। শ্যাম্বু শুম্বাহল্লুনবা। নিংথিজবী রাধানা। করি (২) শেংসিগে করি করি শিসিগে করি (২) য়ানসিগে করি (২) রাংপগে। খন্নশি ফজনবা খর (২) নিংথিজবা খন্দুনা খাংদা শারি খোংজি খুজী খুদোপ লৈতেংলে। রুয খানুনা পোকচবী (২) (ই) ভানুনা পোকচবী নিংথিবা চরণদা যাবক্তনা লৈতেং ওইনা পুমজাল জালে॥

( সাজলগী মেন )

আজবনিরে মণি রত্ন অলঙ্কৃত শ্যাম বিলাসিনী ধনী রাধা। কৃষ্ণ সঙ্গ সদাই বিভাবিতা। ভালে মৃগ মদ বিন্দু তার মধ্যে অর্ধ ইন্দু। প্রাণ বন্ধু সঙ্গ লাগী ঐন্য কর্ম্ম পরি ত্যাগী॥

( মান্নবা শককদবা )

শাজনীংবদো শানা (২) শেমলসিদো শ্যামবু শুমাংনবা শেৎলসিদো। শ্যামগী সেবা ফংননবনীদো। চন্দমস্থ নিংথিজৈদো উরে থানা ইকাইজৈদো। ফংনী থজে মবুংওোদো রাখল অতৈ থাদোকচৈদো॥

( সাজলগী অওনবা )

বেনী আগে সোণার ঝাপা মধ্যে (২) কনক চাপা। গোবিন্দ হৃদয়ে মোহিনী। (২)। লম্বীত বেনী যেন ফনীমণি বেড়ল মালতী মাল্লিকে॥

( মান্নবা শককদবা )

শ্যামগী চরণ ফংনবা ইরাং শেমজরে চৎনবা থৌরাং। কৃষ্ণবু শুম্নবা শেম্নী লাং। (২) শাংলবা শন্না শমজী শম্বুল শেমলে মালিকা মালতী থেৎলক্লে॥

( অওনবা )

সাজধনীরাই বেশের মন্দিরে। কৃষ্ণ সঙ্গ ভাব (২) মনে সুখী কুঙ্কুঁম মাখিয়া লেখ কৃষ্ণ নাম॥

( মানন্না শককদবা )

শেমজরে শন্নাং শিজরীয়ে লিক্লাং। ফংজগনী শ্যাম নীংবা সখী মমাম কষ্টুরী কুঙ্কুঁমা য়েক্লে কৃষ্ণ নাম॥

( তাঞ্চপ )

সাজলী বিনোদিনী রাধা (২)। বিনোদিনী রাধা। (৩)। সাজলী বিনোদিনী (২) রাধা। সাজলী শ্যাম বিনোদিনী রাধা।

ধনী বিনোদিনী বিনোদ কেশ আহা বিনোদবেনী বিনোদ বান্ধেগো। আহা মরি কিবা সোভা বেনীত ত্রিবেনী ডংগে॥

( মান্নবা শককদবা )

শেমজরী নিংথিজবী রাধা (২)। নিংথিজবী রাধা। (৩)। শেমজরী নিংথিজবী (২) রাধা। শেমজরী শকী নিংথিজবী রাধা। ঙসি নিংথিজবী তনৌজবী রাধা নৌবগী থক্তা নৌবা হেনহল্লী। ঙকপা ফংনা লৈতেংজরী নংইন্নস্থ ইনং লংলী॥

( তাঞ্চপ )

সাজে বিনোদিনী সখীগণ সঙ্গে কেশ আচরই সুবর্ন চিরুনী ধরু। বিশাখা সুন্দরী কবরী বান্ধায়ে তাই দিল মালিকা ঝাপা। আজু সাজিত কমলিনী রাই ব্রজ নব যুবরাজ সঙ্গতি কাম। পিন কুচ্চপর তরলিত মণিময় হারা। নীজ প্রাণ নাথ ভেবে (২) সাজ প্রেমেরী তরঙ্গে॥

( মান্নবা শককদবা )

শ্যামবু শুজাংলুসি শমজী শম্বুল্লসী শেহ্বা শাবা লোইসী শোয়বা থয়া নায়নমুসী। শমজীদা সনাগী শমজীরৈদো থেংসী শরীংবা শানীংবা শাসী। ঙসি শেম্বদা কজবা তান্নসী ব্রজগী মবুংঙো শ্যাম শুজাংনবা শেৎসী। সনাগী লিকথাংনা মখল মখেল নাইহন্না শেমসী। ইভা চান্নবী কৃষ্ণ (২) শোনসী শ্যাম্ব কাউগন্নুসী॥

( তাঞ্চপ )

সখীগণ বচনে বানাওল বেশ। রিরচির কবরী আচর নীল কেশ। ভালহি দেয়ল সিন্দুর বিন্দু চন্দন লেখ সে'ভায়ে আধ ইন্দু। কত (২) আভরন সাজায়লী অঙ্গ হেরইতে মুরুছিয়া কতহু আনঙ্গ। মদন মোহন মন মোহিনী নারী জ্ঞান দাস কহে যাউ বলিহারী ॥

( মান্নবা শককদবা )

সখীশিংনা কোইশিল্লে কিজেৎ নৈতেংভক্লে। শমদা শমজেৎ হাৎলক্লে বেনীদো লোঞ্জরক্লে। থা মচেৎ শাহ্নবা চন্দনদো থোল্লে চন্দনগী থক্তা সিন্দুর পুমভাল ভাল্লে। ফজ (২) ঘল্লহ্নবা খুদোপ খুজী থোল্লে কোটি কাল্লা থৌগল্লবা শ্যাম্মা ভক্লা শেমলে। মদন মোহন শ্যামবু শুক্কাৎকে খল্লে কোমলগী পুক্লিং পেঞ্জনা শক্লে ॥

( তাঞ্চপ )

ভালহি চন্দন তিলক বিরাজে শীথহি সিন্দুর মোহন সাজে। (২) লঘু (২) তরলিত হার বিরাজে নীল বসন তনু ঝাপী বিরাজে। পদ তল যাবক রাতুল রাজে। রাই মুখ নিরখি চান্দহি লাজে ॥

( মান্নবা শককদবা )

নৈতেংলী চন্দন্না থাগী মচেৎ শানা কোকথক্তা সিন্দুর নমলিয়ে ভাংনা। (২)। ইলং ইশং নোংখাগুম্না লংলী লিক্লাংনা শংলবা শারিহ্নবা থোল্লি নিংথিনা। চরণ থম্বাল অনীদা যাবক্লা ভাল্লে। মাইথোংবু উবদ থাজনা লোৎলে।

( মেনকুপ )

মরকট মকুরে পশ্যতি বেশং মনশিজ মমুতে মাধব যুঙ্জে। শীরে চিকুর কবরী ভাল হিয়ে লম্বীত মাণিক্য হারা। চরণ উপরে সোণায় নোপুর যাবক চরণ তলে। দর্পন লইয়া পূনী রূপ হেরি সুনয়নী ধনী রাই নিরন্তরে কৃষ্ণ সঙ্গ মদাই বিভাবীতা॥

( মানন্না শককদবা )

শরং থানা তমজবী শজীনা ইকাইবী শামু শাজং ওমজবী শ্যাম্বু শুম্মাংলিবী। শমদা সনাগী শমজেংনা হাং শমজী শম্বুন্দা শমজী বৈদো থেং। চরণদা সনাগী নোপুর থোল্লক্লে যাবকনা ভাংঙ্রান থোল্লে। মাংদগী মীংশেন্দা হন্না য়েংজরক্লে থম্মোইমুংদা পেল্লক্লে মতম খুদিং শ্যামগী সেবাতবু নীংনা লৈজরক্লে।

( মেনকুপ )

রাই সাজলী কৃষ্ণ সঙ্গ লাগী ললিতা বিশাখা সনে রাই সুবদনী। চিত্রায়ে সখি তুরী ধরি হরে কৃষ্ণ (২) নাম লেখই কষ্টুরী কুঙ্কুম আগরু চন্দন শীথেতে সিন্দূর নয়ানে কাজর (এ) অতি সুবিরাজ॥

( মান্নবা শককদবা )

শেম শাজরী শ্যাম্বু শোল্লহনা ললিতা বিশাখা মাউনা শ্রীরাধিকানা। চিত্রানা তুরী পায়না য়েক্লী হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না কজনা চন্দমা থাগী মচেৎতো শানা কোক্তনা সিন্দূর মীৎতনা কাজর (এ) শ্যাম্বু শুম্মাংনা॥

( স্নেমকুপ )

ললাতে সোভা চন্দন আভা দেখিলাজে উর্দ্ধ চান্দ। তাম্র অর্ঘ পত্র যেন দমন করিতে সিদ্ধি পথে গজেন্দ্র সিন্দু বিধির ঘতনা সঙ্গ ইন্দু দেখি লাজে উর্দ্ধচান্দ। হেম কুম্ভ কুচ্চগিরি তাতে কৃষ্ণ চিত্ত হস্ত জম্ফ রম্ভ শৃঙ্খ রেখা রাখিয়াছে কৃষ্ণ চিহ্ন ॥

( মান্নবা শককদবা )

মাইথোংগী থাদা চন্দন্না ঙাল্লে উরে লোৎলে নোংদোন থা। তাঙনা কংবী লেম্না ঙানবী ভান্নুনা পোকচবী বন্দা নৈবী শামুনা ইকাইবী বিধিনা চেকশিন্না শেম্নরুবা রাধিকাগী মাইথোং থা। ম্নেংঙু থুদিং শুম্নাৎলিবী শ্যামগী প্রেম্না মুর্ত্তি ওইবী মহা ভাবনা নৈতেংলিবী লেমজৈ ঙমজৈ শরৎ থা ॥

( যাত্রা )

মাধবে মাধব ত্যক্তা বাম স্বরং পষন্তপি। বাম পাদং বিনিক্রোম্যং যাত্রাং চকার ভানুজা ॥

( মান্নবা শককদবা )

মাধব (২) শোল্লে ওইগী স্বর ম্নেংজরক্লে। ওইগী খোংনা হান্না থাংলে যাত্রা তৌহনা লেংঙক্লে ॥

( যাত্রা )

নাগর বোলিয়া নোপুর পৈঢ়িয়া যাত্রা কৈল উঠি মাধব বোলি ॥

( মান্নবা যাত্রা )

নাগর শোল্লে নোপুর পুল্লক্লে যাত্রা তৌজরকলে মাধব শোল্লে ॥

## ( আভিসার তাঞ্চপ )

সঙ্গিনী রঙ্গিনী চলরী বর রঙ্গিনী ওই বর রঙ্গিনী রাই প্রাণ বন্ধু সঙ্গ লাগী। সঙ্গিনী রঙ্গিনী। সঙ্গিনী রঙ্গিনী চলরী। রঙ্গিনী স্ব ভাগ্যবতে নব যুবতী সম বয়সী কন্ত। গজবর গতী যিনি হে। রাই গমন দেখি গজ রাজ বনে গেলেগো। বনে গেলে গমন দেখি লাজে লুকাওল। গজরাজ দর্প গেলেগো॥

## ( মান্নবা শককদবা )

ভানুনা পোকচবী রাধানী যাবট্র ওংবী কুঞ্জনগী লম্বীনী চান্নরবী শিংগা লেংওক্লে। ভানুনা পোকচবী। ভানুনা পোকচবী রাধানী। থাজনা ইকাইনা লোৎলী শঙ্গী মীৎতানী শ্যামসু শুস্মাৎলীবিনী। শাওং শাদা মান্নজরবী। কাংও খোংথাং ওস্বী শামুগী শাজৎ ওমজবী। বনগী উচেক রায়াশিংনা হয়াউ-ভুজুংলিবী। শৈরঙ্গা নাপল মাওহনবী॥

## ( অভিসার তাঞ্চপ )

চলরী (এ) বর রঙ্গিনী (অ)। (৩)। চলরী বর রঙ্গিনী রাই ধনী ধনী (১) চলরী বর রঙ্গিনী বর রঙ্গিনী। মন্দ (১) গমনী। ব্রজের পথেতে উদয়। খঞ্জন পাখি যেমন রাই। দেখ সোণার মৃগী মন্দ (২) গামিনী। ব্রজের বালিন পথে দেখ সোণার মৃগী মন্দ মন্দ গামিনী॥

শ্রবন কুণ্ডল সুললিত কপোল কেউর কঙ্কন তাল বাজত কঙ্কন কিঙ্কনী কিনী (২) বোলে; হংসী গমনী ধনী চরণ যুগল যাবক রঞ্জন

কিয়ে নব রক্ত পত্র প্রফুলিত বলি বলি হারী। চলত বিপিনে কুণ্ডল মকরা কৃতি ঝলমলায়া বাজত চরণ যুগল মণি নোপুর রুমু (২) ঝুমু (২) বোলে কৃষ্ণ প্রেম বিভুল হয়ে যাইতে নারে ধনী। শুনগো ললিতা প্রাণ বিশাখে কতদুর আছে গুনমণি। প্রাণ বন্ধু লাগী হয়া বন বাঁসী যোগিনী হইয়া রইব শ্যাম কুণ্ড তীরে॥

( মান্নরা শককদবা )

লেংঙক্লে (এ) পুক্নীং হরাউনা (আ)। (৩)। লেংঙক্লে পুক্নীং হরাউনা শ্রীমতি রাধিকানা লেংঙক্লে পুক্নীং হরাউনা পুক্নীং হরাউনা। লেংঙক্লে পুক্নীং হরাউনা। তপ্না (২) লেংঙক্লে। ব্রজগী লম্বীদা ঙাল্লে। থম্বাং-চাকপু ঙমজনা। য়েংঙু সনাগী শজীনা কাইদ (২) চৎকুম্মী। ব্রজগী লম্বীদা য়েংঙু সনাগী শজীনা তপ্না (২) চৎকুম্মী॥

নাপদা নাইম্না ইলং লংনা হাইরিয়ে খুজীনে খুদোপনে তামে চেংলবা থাংদস্থ কিঙ্কিঁনীনা কিনী (২) হায়না নিল্লিয়ে। কাঙনা চৎপগুম্না চরণ অনীমক্তা যাবক্না লৈতেংলী নৌবদগী থোইনা নৌনা কুঞ্জ তম্নদুনা লেংঙক্লীয়ে। খোং থাংবা খুদিংগী কুণ্ডমা নোংথাংগুম্না ইলং লংলীয়ে শ্রীচরণ অনীমক্তা নোপুরনা থৌগল্লীয়ে রুমু (২) ঝুমু (২) হায়না মবুংঙোগী প্রেম্না থল্লে কম্না চৎঙমদরে। চায়বী ললিতে হে বিশাখে ফংলরোইরা ঐগী গুণমণি ইবুংঙোগীদমক ওইরগা যোগিনী বন্দা লৈজখিবনত্নম থোইনা ফরগনী॥

## ( অভিসার )

সমাণ বয়সী সমান রূপসী সমান (১) বেনী। সমান কঙ্কঁন সমান নোপুর সমান (২) পুষ্পের মালা। গরুয়া নিতম্বিনী কুঞ্জর বর গমনী ভ্রমময়ি বালা প্রেম বিভুলে। কৃষ্ণ প্রেম ভরে ধনী (এ) বাউলিনী মত॥

## ( মান্নবা শককদবা )

শক্তমস্থ মাম্নৈদো শাওংস্থ মাম্নৈদো শমজী শম্বুল মাম্নৈদো। থোংজি খুজী নাইন নাচোম মীয়েং নায়েং মাম্নৈদো। মণ্ডম শানবা ঙমদবিনী ইকাই থিবিনী। পাঙ্গন্দস্থ শোনবী প্রেমস্থ ঙাউবী। কৃষ্ণ প্রেমগী লৈঙ্গ ওইরিবী শ্যামবু শুজ্ঞংলিবী॥

## ( অভিসার মেন )

নব রঙ্গিনী ধনী আওয়েবনী। ব্রজরমনীগণ মুকুটার মণি। কুঞ্চিত কেশিনী নিরুপম বেশিনী। রস আবেশিনী ভঙ্গিনী। অঙ্গ তরঙ্গিনী অধর সুরঙ্গিনী। সঙ্গিনী। নব রঙ্গিনী (২) কুঞ্জরগামিনী মোতিম দামিনী। চঞ্চল নয়ানে নেহারিনী। আভরন ভারিনী নব অভিসারিনী অখিল সুহাগিনী। পঞ্চম রাগিনী মদন মোহিনী। রাস বিহারিনী হাস বিকাসিনী। গোবিন্দ দাস চিত্তে সোহিনী॥

## ( মান্নবা শককদবা )

নৌনা ফজবীশিংনা থৌগল্লী কোয়না। তমজৈ শরৎকী থানা ঙমজৈ মাইথোং থানা। শমলাংদা ঝাপানা ঙক্না নিক্না

ফজৈনা। খোংজি খুজী তায়া লৈতেংলিয়ে ইলং লংনা। চোলোম্নী শাথেক্না চালিনী খোংথাংনা। তমজৈয়ে কাওঙনা ইকাইয়ে শজীনা। তাংজৈয়ে লৈতেংনা হেজৈয়ে নৌবনা। কৃষ্ণবু শোঙবনা পোৎথাবদো ওইজৈনা। লুমজৈয়ে লৈতেংনা তপচৈয়ে খোংথাংনা। চাকচৈয়ে রাখন্না ফুজৈয়ে প্রেমতনা। কৃষ্ণগী নামতনা শকচৈয়ে ঈশৈ ওইনা॥

( অওনবা )

চলিল রাধিকা নৃপতি বালিকা ভুবন পালিকা বকুল মালিকা। চপল কুণ্ডল ললিত চঞ্চল নয়ন চঞ্চল কুণ্ডল (২)। মন হরিল। রাই রূপে দেখে্ল। ভুবন সুন্দরী মদন মঞ্জরী অতি কৃষ্ণ ডরী ঘন পায়োধরী। ধৈরজ গ মিনী হরি বিলাসিনী বন বিহারিনী জগতে মোহিনী। ব্রজ নারী সব হরি কথারবে প্রবেসিয়া তবে দেখিল মাধবে। চরণ বান্ধিয়ে কৃতাঞ্জুলী হয়ে শ্রীমুখ দেখিয়ে রহিল চাহিয়ে॥

( মান্ননা শককদবা )

লেংঙক্লে রাধিকা শারিয়ে ঝারিকা লোয়নৈয়ে সখীগা থৎলিয়ে মালিকা। শজীনা ইকাইবী রাথন্না তয়াংবী শাকংকী লমজবী রাধানী লংলী নাসিকা। পুক্নীং হুরবিনী থানা লোৎলী-বনী কৃষ্ণবু নীংবিনী নিংথৌনা পোকপিনী যাবটু লৌবিনী চগৎকী মবেম্মনী। লৈতেংনা তাংবিনী শামুগী শাকৎনী কাওঙগী

থোংথাংনী রাসগী মপুনী। কৃষ্ণগী থম্বাইনী বন্দা লৈজরিনী মাইথোং থাজনী শজীগী মীৎতানী। কোমল ননাইনী পামজনা শোনবনী লেংবীরো স্নৌবনী কুঞ্জদো ফংলনী॥

( অওনবা )

চলসীহ মৃগী নয়নী রাই কুঞ্জে কুঞ্জরাজ ভেতিতে। (২)। রাই পাদাম্বুজে আছে দিনমণি রাশি (২) গো ভুমীতে। দক্ষিনে ললিতা আগে কুণ্ডলতা বামে বিশাখীকা মধ্যে শ্রীরাধিকা। পাছে সহচরী সব ছারী (২)।

( মান্নবা শককদবা )

লেংঙরেদো শজী ওমজবীনা কৃষ্ণ ফংগনী খন্দুনা। (২)। পাইরিয়ে খোইমু চরণ ভম্বা লৈহী চুপচগে কায়দুনা। স্নেৎতনা ললিতা মাংদ কুণ্ডলতা ওইদা বিশাখীকা মমাইদা রাধিকা। খোগল তৌরী কোয়না সখী পুন্নমক্লা॥

( অওনবা )

ধনী চলিলা গজ গামিনী ধনী চলিলা গজ গামিনী হংস গমনী ওইযে চান্দবদনী হাস্য বয়ানী। দক্ষিনে ললিতা আগে কুণ্ডলতা বামে বিশাখীকা মধ্যে শ্রীরাধিকা। পাছে সহচরী যেন তরঙ্গনী যেন যোভে পুর্ন্ন চান্দের চান্দনী। ভাবিতে (২) ভাঙ্গিল বান্ধা বেনী বোলে কতদুর আছে গুণমণি বোলে চণ্ডিদাস পুরন হবে আশা যাউ (২) কুঞ্জে কুঞ্জর গমনী॥

( মান্নবা শককঙবা )

থমী চৎলিয়ে পুক্লীং হরাউনা থনী চৎলিয়ে কাইদ কাইদনা কাওঙ খোংথাংনা শ্যামগী বারী শাহুনা লোমলোম রাধিকা। য়েৎতনা ললিতা মাংদ কুণ্ডলতা ওইদা বিশাখীকা ময়াইদা রাধিকা। শরৎ পুর্ণিমাবু থরামীচাকশিংনা কোয়বা মাল্লিগবা ফজেদা রাধিকা। মুংঙাইজৈ রাধমা শোজৈ শ্যামবু পেন্না কয়াম রাৎলী হায়না হংজৈ তোয়না (২) হায়জৈ কোমলনা থোইনা লাপ্তরেনা লেংঙো কুঞ্জ য়োরনী রাধিকা॥

( সূত্র )

ঐছেন চলিয়া রাই পাইল নিভৃত। রাই আগমন জানি নাগর উঠিয়া বোলে আইস (২) প্রেময়ি রাধে। এইমতে দুহে দুহা দরশন ভেল সব দুঃখ গেল সখীগণ ঘেরত চৌদিগে হেরত করল পয়ান বন মাহ॥•

( মান্নবা সূত্র )

মতৌ অসুম তৌনা লেংঙকপনা 'য়োরক্লে নিভৃত। ইবেম্মা লেংঙকপা উবদা ইবুংঙোনা লেংশিল্লকউ (২) ইবেম্মা। অসি হায়দুনা তরাম তরাম্না কৌশিজৈ ইবুংঙোনা। মতৌ অসুম্ন ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক উনরে পুক্লীংগী অরাবা পুম্নমক কোক্লে। সখীশিংগা লোয়ননা কুঞ্জগী মনুংদা রাধা শ্যাম অনীনা পুক্লীং মুংঙাইবগী মপাল নাইখিদরে॥

( দর্শণ )

অপরূপ রাধা মাধব মীল। দুহে দুহা দরশন উললসিত

ভেল। দুহু দিঠি দুহু মুখ অবধি নাহিক সুখ পুলকে পুরল দুহু তনু। চৌদিগে সখী ঠাত যৈছেন চান্দের হাত তার মাঝে সোভে রাধা কহ্নু॥

( মান্নবা শককদবা )

উনরে রাধা কৃষ্ণ অনীদো। থম্মোইনুংগী অরাবদো লোইনা মাঙখরেদো। অনীমক্কী মাইথোং থাদো অমনসু হেন্দেদো অমনসু রাংতেদো মান্নজেদে। সখীশিংনা কোয়শিল্লীদো খরামীচাক ঙমজরীদো অনীমক্না নুমীৎ থাদো ঙমজরীদো॥

( সুত্র )

বনের সুন্দর দেখি মৃদু (২) হাসি যন্ত্র সালাতে গেলা বিবিধ যন্ত্র অনিয়া মণ্ডলী সাজিয়া তবে দুহু নর্ত্তন করে এ উদ্ধব দাস গুণ গায়॥

( মান্নবা সুত্র )

বনগী ফজবা উবদা মোমোন (২) নোক্না (২) যন্ত্র থম্বা মফমদগী মথল মথা অরাম্বা যন্ত্র লোথোরক্লে। মতম অসিদা সখী পুম্নমক্না থাগী মকোই শানা কোয়রে রাধা শ্যাম্না মণ্ডলী মন্নাইদা জগোই শাবা হৌরক্লে॥

( রাস লীলা )

সুখ বৃন্দাবন যমুনা পুলিনে প্রফুল্লিত বনে তাহে খেলতি বনমালী। ব্রজ যুবতী মেলী ঘন করতালী। মালিকা মালতী

সেফালিকা যূতী তাহে গুঞ্জত ভ্রমরা ভ্রমরী সৌরভে লভিত মন। বামে বৃষভানু সুতা যৈছে নব হেম লতা নৃটস তাম্বুল লেই প্রিয়ার বদন দেই॥

( মানল্লা শককদবা )

কজৈ বৃন্দাবন কোয়শিল্লী যমুনান শাৎলী লৈথর শুনা কোইশিল্লীবনী উরিতনা। ব্রজ গোপীকা শিংনা পুক্লীং হরাউজৈনা। মালিকা মালতী যূতী সেফালিকা শাৎলী লৈহী পাম্বনা খোইমুম্ব ঙংলরী পেজনা লৈনা (২) পাইরী। ওইদা ভানবা রাধিকানী তনৌ (২) নিংথিবনী জগোইদা পামজবা শ্যাম্লি চোংনা লৈনা নৌনা খোল্লী॥

( রাস লীলা )

নব নায়রী নব নায়র নব নৌতুন নব নেহা। আঁখি (২) নিমীখে (২) বিছুরল নীজ দেহা। নব নৌতুনগণ নৌতুন নব নৌতুন সখী গানে। তাদিগ (২) থো (২) দিগতা ফুকরই সখী বামে। নব নৌতুন রস কেলী রভস নৌতুন গতি তালে। চঞ্চল মণি কুণ্ডল চল চঞ্চল পতবাস। দুহে দুহা ধরিয়া নাচয়ে হেরত আনন্ত দাস॥

( মাল্লনা শককদবা )

নৌনা ফজবী নৌনা ফজবা অনী লোয়ননা জগোই শারী। মীৎকা (২) চায়না (২) লৈনা থেক্ল জগোই শারী। নৌনা লেমজবী নৌনা মথোৎ কারবী গোপীনা মকোয় শারী। শারিবা

জগোই খোংথাং খোংলোন চানা বিশাখানা পুংলোন য়েরী। রসস্থু নৌই জগোইস্থু নৌই পূর্ণীং প্রেমস্থু নৌহৌনরী। পুং-খোনস্থু নৌই ঈশৈশু নৌই মুংশিনা যন্ত্রস্থু খোংলী। অনীমরুা নৌনা জগোইদো খোল্লী কোমলগী থম্মোই পেল্লী ॥

## ( রাস লীলা )

শ্রীরাধা গোবিন্দ মোহন নাচেরে। শ্রীরাস মণ্ডলী মাঝেরে। শ্রীনন্দের নন্দন ব্রজের জীবন চূড়া বামে হেলে। ত্রিভঙ্গ হইয়া মুরুলী থইয়া নাচে হেলে দুলে। তাথৈয়া (২) তিনিখিতিঝা (২) ঝাঝিন্না তেরে খেতে ধা তৎক্রোংন ধা মাঝেরে। বিশাখা সুন্দরী মৃদঙ্গ ধরি কোই সুচাতুরী নানা যন্ত্র ধরি। হারমণি বিনা ইস্রাজ ঝমরি শঙ্খ করতাল বঝাই মণ্ডরারি ॥

## ( মান্নরা শককদবা )

শ্রীরাধা কৃষ্ণনা জগোইদো শারক্লে। শ্রীরাস মণ্ডন্দা মুমীং থাগুম ওাল্লে। নন্দগী মচা ব্রজগী থবাই চূড়া পৈরপ থোল্লে। মথেক অহুম থেক্লে মুরুলী থোল্লে লৈনা চোংনা থোল্লে হুমাং পুমচোৎ চোৎলে। তা থেন্তা তা থেন্তা তত খিৎত ধা তেন্তখিৎত ধা তৎপ্রাংন ধা য়ৈরক্লে। হৈশিংবী বিশাখা য়েরীয়ে পুংলোন অতৌ গোপীশিংনা যন্ত্র খোংলে শক্লে। হারমণি বিনা ইসরাজ ঝমরী শঙ্খ করতালগী খোল্লেমা পুমনিল নিল্লে ॥

মতাং অসিদা তামুমনচিংব: শকপা মাই হায়না ওথাশিংনা

তাকপীরম্মী। অহুবু হায়রিবা ঊশৈ অহুন্দি বসন্তগী মতাং অমস্তং তান ইজবগী মরক্তা য়াউগ্রে হায়দুনা মফম অসিদা ইজত্রে॥

( তাঞ্চপ )

তা তা থৈয়া থৈয়া তিনি থিতি তিনি থিতি ঝা। চন্দ্রবদনী নাচত দেখে। রাই নাচেরে শ্রীরাস মণ্ডলী মাঝে। বন্ধু পানে চেয়ে চেয়ে। থোর লাগী ঝিনী ঝিনা বাঝে লাগী ঝিনী ঝিনা তত থোই থোই থোই নাচেরে শ্রীরাস মণ্ডলী ওই তাতা। বৃষভানু নন্দিনী কৃষ্ণ সুখ স্বরূপিনী। মহাভাব স্বরূপিণী কৃষ্ণমন মোহিনী।

( মান্নবা শককদবা )

তা তা থেন্তা থেন্তা তেন্তাং খিংতা হায়না য়ৈরীদা। রাধা শ্যাম্না শাবা জগোইদা। রাধিকানা শ্রীরাস মণ্ডলগী মরাইদা। শ্যামু চিংনা য়েংনা য়েংনা। থেন্তা খিন্ধেং ঘিন্তেং ঘিন্তাং তেন্তা খিন্ধেং ঘিন্তেং ঘিন্তাং তা তা থেন থেন থেন জগোইগী তাঙাগা চানা তা তা তা হায়না। ভানুনন্দি পোকচবী শ্যামগী থম্মোই পেলহল্লিবী। মহা ভাবনা লৈতেংলিবী শ্যামগী পুক্নীং শুম্বাৎলিবী॥

( তাঞ্চপ )

তাধিং তাধিং হরধিং হরধিং নাচে রাধা মাধব। (২) বিশাখা প্যারী মৃদঙ্গ বাঝে নাচে লাল ললরী। তাধিং তাধিং ধিগিতিনি নাদ কুর্ব্বন রাসে পরমুর যোয়ং রাসৈ রাসা মতি ছয় ছুট্টং নিন্দি তুলাং সুরবনী তাকিং তা তা ধিং তা তাধিং তা॥

( মান্নবা শককদবা )

তাধিন তাধিন ধিনগিন্নধিন ধিনগিন্নধিন ধিন ধেং তা তা শৈররক্লে। (২) বিশাখা কৌবী পুংশৈবা হৈবী পুংলোন কম্না শৈররক্লে। তাধিন তাধিন ধিনগিন্নধিনতেং তা তক জগোইগা চানা কম্না কম্না শৈরে রাধা শ্যাম্না থেক্লা নৌনা শারে ব্রজগোপী পুন্নমকপু শারে তা তা ধিন তা তা ধিন তা ॥

( রাস বিশ্রাম )

নৃত্যশ্রমে কৃষ্ণ অঙ্গে নীজভূজদিয়া। বিশ্রাম করিলধনী অতি হরসিয়া। চর্ব্বিত তাম্বুল শ্যাম মুখপদ্ম হইতে রাস নৃত্য সুখে দিল রাধিকার মুখতে। প্রিয়ার পরস পায়া শ্রীকৃষ্ণ শরিরে পুলক হইল পুর্ন অত্যান্ত নিবিঢ়। তবে প্রবেসিয়া দুহুঁ কুসুম সয়নে। নীজ নীজ কুঞ্জ মাঝে রহি গেল সখীগণে॥

( মান্নবা শককদবা )

রাধা শ্যামগী জগোই লোইরে হুমাং শিপ্পনরে। অনীমক্লা পোৎথানরে থম্মোই পেন্নজরে। রাধিকাবু থাগৎপীরে শ্যাম্না চুম্বন পিনখীরে জগোই কজে হায়রতুনা পান্না চতুম ইনশিনবীরে। সখী শিংসু হরাউরে অনীমকপু পেন্নজরে যোমোন নোক্লজরে কুঞ্জবনগী লৈতেং ওইরে। রাধিকানা থোগল ওইরে সুমীৎ থাগুম তাপ্নোইবীরে। সখীশিংনা থোগজরে প্রেমগী পাম্বী ওইনা হৌরে॥

মতাং অসিদা যুগল রূপ কয়ামকম্ন শকদবনী অহুবু ঈশৈ অহুনি মতাং অমদা মপুং ফানা য়াওাখবনা মফম অসিদা ইজদ্রে॥

করেধরি গিরিধর অনিল কুঞ্জে। রতীরসে পুরল দুহুঁ মনরঙ্গে॥

( মান্নরা শককদবা )

রাধা শ্যাম্না নিভৃতদা লেংশিল্লে হরাউনা। কাম রতী লীলা রস শান্নৈ মপুং ফানা॥

( সম্ভোগ )

কুঞ্জ মুখ সদনে পুষ্পরতী সয়নে পিয়া পরিরম্ভন কেলী। চুম্বতী বদন রঙ্গ অতি রমনে ভুজে ভুজে বান্ধল মেলী। তরুন তমালে তরিত লতা কুলে বেঢ়ল সোভিত বপু। সুন্দর বদন ঘাম বিন্দু সোহন পুলকা বলিত দুহু তনু। কিঙ্কিঁনীর নাদ কঙ্কঁনের সব্দ ঝন ঝন মঞ্জির বাজে। পুরল বদন বৈঠল দুহুঁজন বিআ তিত বেশ সব সাজে। রাইক বদনে কেরী অবলোকনে ছল ছল লোচন পানী। রাধা মোহন কহুঁ কৈছেন হৃদয়ে সহ নিমীখ বিয়োগ অনুমানী॥

( মান্নরা শককদবা )

কুঞ্জবনগী মমুংদা নিংথিজবা সজ্জাদা রাধা শ্যাম্না পুম্না শাম্নরে। থম্মোইগা থম্মোইগা প্রেম্ন প্রেম্না পুল্লিয়ে অনীমক্কা অমত্তুদো ওইরে। অনৌবা তোমান্দা উরীনা য়েৎপগুম্লে রাহোংগা লিনশিংগা শাম্নরে। নোংশানে শঙ্কীনে কয়া লুনা চাম্নরে রতী প্রেমগী লীলা মপুং ফারে। শরিক খোংজি থুক্কীনম্থ লীলা মতেং পাংনরে মহৈ মহৈ খোম্ছোক্কা খৌগম্নরে। রতী কাম

লীলা ওইরে। রাধা শ্যাম্না শাম্নরে প্রেমদা প্রেম্না তিয়েন্ন পুন্নখরে। শরৎ থাগী অমৃত নোংইন মানা ফংজরে জীবশিংগী লম্বী ওই-হনবীরে। তোল্লবা কোমলগী থম্মোইতনা পামজরে রসশিবু ঙৈশৈ ওইনা শকচরে॥

মতাং অসিদা প্রেম কেলী কয়াম্নরুম শকুন্দবনী শক্ত বস্থ য়াই অদুবু ময়েক্তি মুংথিলগী মতাংদা ইজরবনি॥

## ( স্বাধিন )

রতীরন অবসানে বেঠল দুহুজনে বেশ ভুষন করিসাজে। সেবা পরা সখীগণ দুহুঁজন সেবন বুঝিয়া সময়ে সব কাজে। কোই সখি হরসিত দেই জল সুবাশীত কোই সখি চামরে ধুলায়ে। গাঠিয়া মালতীর মালা পড়াইল দুহুঁগলা কোই সখি তাম্বুল জুগায়ে। রাধা কৃষ্ণ শ্রীচরণে মৃত্থ মৃত্থ সম্বাহনে কোই সখি মনোরথ পুরে। কহ কবি শেখর রাই কাহ্নু সুন্দর কবে হব নয়ন গোচরে॥

## ( মান্নরা শককদবা )

মপুং ফারে রতী লীলা লৈতেং পুম্বা শেয়ে হম্না লেংশিল্লে আসোন্দা রাধা শ্যাম্না। অনীমক্কী প্রেমগী সেবা মতম খংবী সখীশিংনা তৌজরক্কে থোগল মপুং ফানা। কনাগুম্বী সখীশিংনা থম্মোইমুংদা হরাউজৈনা চামর থোগল্লক্কে তপ্না তপ্না। নিংথিবা মাল্লতী মালা হুকচরে থম্মোইদা পেম্না নীংবা থুংজৈ সখী

পুম্নমক্পা। নীংজৈ ননাই কোমসনা রসসিবু পামজবনা শকচ নীংঙি তোম্বনা পেম্না পেম্না॥

## ( জলকেলী )

অঙ্গ বেশ সম্বরিয়া বিশ্রাম বাহিরে তাতে সুখ কহন নাযায়। হেম পদ্ম নিরজীয়া অদ্ভুত নিসাজ যায়া পদ্মি নীরে রস কেলী চায়। মেলীয়া পঙ্কজ গণ কৈলজল গাহন জল ক্রিরা কররে অদ্ভুত। তীরে উঠি ভুষা করি ভুজন করিল হরি ততপর রাধা সখীযত। কুসুম সাজ্জাতে দুহুঁ সয়ন করিল রহুঁ তাম্বুলাদি সেবে সখীগণ। কেহু পাদ সম্বাহন কেহুঁ করে ব্যজন সেই সুখ কহন নাযায়॥

## ( মান্নরা শককদবা )

সখীশিংগা লোয়নদুনা হরাউ হরাউ রাধা শ্যাম্না শান্নরীরে জলকেলী। থম্বাল অলী শাংলি পুম্না বিথিনা শেমলী অঙকপা ফংনা থম্নান থম্বানবু য়োমশিনবা মাল্লি। কোইশিল্লি সখীশিংনা চাইশিল্লি ঈশিংনা থাংজরুইরে রানা শ্যাম্না সখীগী মাংদা চেল্লগে নীংলী। কংফান্দা লেংখৎলে অনীনা লৈতেংনরে অমুক হন্না বনগী উহৈ-রাহৈ হাননবা কৎলী। উহৈদো হারে মুংঙাইনা পোৎথানরে সজ্জাদা লেংশিল্লে সখীনা থোগল্লে। কনানা চামর কনানা হুমাই কনানা চরণ থোগল্লক্লে॥

## ( প্রার্থনা )

জয় জয় রাধা রাধা মাধব জর। অরিত নবঘন কিয়ে মণি

কাঞ্চন কুবলয় চম্পক রিভর চম্পাক বিভর। কিয়ে সোভা শ্রীবৃন্দা বিপিন মাঝে মণিময় লতা কুঞ্জে (২) মদন সেবিত দুহাকার। ললিতা বিশাখা ছনে কোই সখি আত্মার্পনে দুহুঁ আগে সেবা পরচার সেবা পরচার। কিয়ে সোভা নরসিংহ অনুচরী চান্দ মুখ হেরী হেরী (২) কোই সখি তাম্বুল জুগায়। কোই অঙ্গে চন্দন লাগাই কোই চামরে ধুলাই কোই সেবন দুহুঁক সেবন দুহুঁক পায়॥

( মায়না শককদবা )

রাধা গোবিন্দগী চরণ থম্বান্দা চংজৈ। (২)। থনবীয় তোয়বিনী হৌনবী থংদবিনী (ই) শ্রীচরণগী সেবাদ পামজৈ সেবাদদি পামজৈ। কয়া কজৈ নিংখিজবা বৃন্দাবনগী উরীতনা শেম্ব কুঞ্জ (২) মণিনা শেম্ববুদি হেয়া ফজৈ। ললিতা বিশাখা-নচিংবী ব্রজগোপীশিংনা (আ) রাধা শ্যামগী চরণদা (আ) হয়া হয়া হায়জৈ। কনাগুম্বী সখীশিংনা শ্রীঅঙ্গদো ঈংনবা (আ) সুংশিনবা চন্দনদো (২) হয়াউনা থোগজৈ। চংজবীয়ে চরণ থম্বাস অনীমকী ননাইগী ননাইদো ওইনা (২) তোয়বা কোমলনা লৈবা পামজৈ॥

( লালাসা )

রাধা কৃষ্ণ সেবন মুঞিও জীবনে মরণহে (২)। জীবনে মরণহে। মদাশা চাতকীপ্রায় ঘূর্ন্তেব তরির্ধন জীবনে মরণে বাপি রাধা কৃষ্ণ গতির্মম। কৃষ্ণ প্রেমময়ি রাধা প্রেম ময়োহরি

জীবনে নিধনে নিত্যং রাধা কৃষ্ণ গতির্ম্মম। তার স্থানে তার লীলা স্মর রাত্রি দিনে। যে খানেযে লীলাকরে যুগলকিশোর। সখীর সঙ্গিনী হয়া তাতে হউ ভর। শ্রীরূপ মঞ্জরী পাদ সেবে নিরবধি। তার পাদপদ্ম মোর মন্ত্র মহৌসধি। শ্রীরূপ মঞ্জরী দেবী মোর কর দয়া। অণে (২) দেহ মোরে পাদ পদ্ম ছায়া। শ্রীরূপ মঞ্জরী দেবী কর অবধান। অনুক্ষনে কর তুয়া পাদ পদ্ম ধ্যান। বৃন্দাবনে নিতি (২) যুগল বিলাস। প্রার্থনা করয়ে সদা নরোত্তম দাস॥

## ( মায়না শককনবা )

রাধা কৃষ্ণ অনীগী চরণ সেবাদো পাম্বজৈ ঐনা রাধা কৃষ্ণ অনীগী চরণ পাম্বজেয়ে ঐনা। সেবাদো পাম্বজৈনা। (২) নোংগোবীগুম থৌরাংজনা পাজরুইয়ে থম্মোইত্‌না পোকপদা শিবদা মানা পাঙ্গল ওইনী থঙ্গহনা। শ্যামগী প্রেমী রাধিকানা রাধাগী প্রেমী শ্রীহরিনা হিংগুস্থ শিরম্থ ঐগী পাজল ওইবী অনীমক্তা। মকমতুদা শামবা লীলা য়াওজনীংঙি ঐনা। রাধা শ্যাম্না শামরীবা অহিং-নুংখিল চুপ্না। সখীশিংগী লোয়নবী ওইনা উজনীংঙি ঐনা। মাগী চরণ থম্বাল অনীনা মন্ত্র ওইজৈ ঐনা শ্রীরূপ মঞ্জরী দেবী থৌজানবীযু লেপ্না। মপোক (২) খুদিংগী চরণ ফংজনীংঙি ঐনা। শ্রীরূপ মঞ্জরী দেবী নুংশিবীয়ু নংনা। মতম খুদিং চরণ থম্বাল নিজৈ ননাই ঐনা। বৃন্দাবনদা নিতি খুদিং শারৈ অনীমক্তা। হায়জরীয়ে তোমবা কোমল সিংহনা॥

( মনশিক্ষা )

ভজমন শরমন (২) নিভৃত নিকুঞ্জ শয়মন নিভৃত নিকুঞ্জে। কনক দ্রবের কান্তি স্নিগ্ধ মেঘযিনি দ্যুতি দুহুঁ কান্তি দুহুঁ অঙ্গ সাজে। নব কিশলয় সেজ নানা চিত্র কেলী রাজে আনন্দ মগন দুহুঁ অঙ্গে। বলয়া নোপুর ধ্বনী কিঙ্কিনী সব্দ শুনী দুহু করে কত রসরঙ্গে। ক্ষনে যাহা অনুমতী ক্ষনে তাহা বিপরিতি ক্ষনে করে প্রিয় বাক্য ভাস। পুনরপি লালস গোপট হৃদয়ে ভাব কহে রাধা বল্লভ দাস॥

( মানন্না শককদবা )

নীংজহৌসি য়োজহৌসি য়েংজহৌসি নিভৃত নিকুঞ্জ য়েংজহৌসি নিভৃত নিকুঞ্জ। মণি মন্দির মনুংদা মণিগী সিংহাসনদুদা রাধা শ্যাম্না ভান্থোইবিন্নী হায়নৈ। লৈগী সজ্জা ফজৈ হায়নৈ প্রেমবু প্রেম্না পুল্লি হায়নৈ নীংগদবা মক্লী হায়নৈ। খোংজি খুজী কিঙ্কিনীগী মখোল তাবা ফংঙি হায়নৈ লীলা অদো উবা ফংঙি হায়নৈ। মীকুপ খুদিং নৌই হায়নৈ প্রেমগী পাম্বীনিস্থ হায়নৈ মুমীৎ থাবু হেম্না ওাল্লি হায়নৈ। রতী কামগী থৌগল ওইজৈ সখীশিংগী নীংবা থুংজৈ ভোল্লবা কোমলনা শোজৈ॥

( সুতন )

সুতলী দুহুজন নিভৃত (২) নিকুঞ্জে। নিচল সমিরন নিচল নব পল্লব আপে পরল ফুল পুঞ্জে। সখীগণ নীজ (২) বসতি চলি যায়ত সুতী রহল মন রঙ্গে। শারী শুক পিক কপুট নাহি বোলত ভ্রমরা ভ্রমরী নাহি গঞ্জে। সবহু চরাচর নিন্দ ভয় যায়ত নিসব্দ

ভেল বনযাহ। শ্যাম চিক্কণ কান্তি দিবস পতি নন্দিনী মন্দ (২) কর পর বাহ। কেলী মণি মন্দির নিকটে তহি সুতলী সেবা পুরা সহচরী বৃন্দ। কোই কিশোরী সখি ভরি ধরি করযুগে ব্যজন ধুলাওত মন্দ। শ্যাম করেধরি সুতলী শরদ শশী মরকত কাচ্চা সোণা হয়ে। নিভৃত নিকুঞ্জ মাঝে সুতীয়াছে দুহুজনে দীন হীন নরোত্তম গায়ে॥

## ( মান্নানা শককদবা )

চেপথরে রাধা শ্যাম্না নিভৃত কুঞ্জদা মুংঙাইনা। হুমদরে মলয়াসু লেংদরে উনা রানাসু কুঞ্জসে পুমচিক চিকথরেনা। সখী-শিংসু মাগী মাগী চৎনথরে কুঞ্জতম্না লোইনমক তূমলে মুংঙইজনা। চোংঙা তেনবা কোকিল উচেক পুম্বা খোংদরেনা খোইমুশিংনা ঙংবা লেপথরেনা। অচৎ চত্ত জীব লোইনা তুমীন (২) তুম্নরেনা রাধা শ্যামসু চেপ্লে নয়ন মাউনা। থৌগন্দা ঙাইজবম্বী মমুংচনবী সখিনা হুমাই থৌগজেয়ে তপ্না তপ্না। কনাগুম্বী সখিনা মন্দিরগী নাক ওইনা লৈনথরে তূমদুনা মুংঙাইনা। কনানা কাংহাই চামর থৌগজেয়ে তপ্না তপ্না কনানা হুমাই থৌগজেয়ে। শরৎকী পূর্ণিমানা মরকত মণিদুনা পুন্না ঙানবগুম্না ঙানবনীনা। তোমান্দা লৈহাউ শাৎকুম্না তুম্নীদোসে অনীমক্না শকচরীয়ে পেম্না কোমলনা॥

শ্রীরাধা গোবিন্দ ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা ( সুতন ) চেপ-খিবা মতাং অসিদা ওঝাশিং লাইগুরুশিংনা শৈশক অনীগী লোইরে অমুম্না তাকপিরম্মী। ওঝাশিংগী মাথং মতুংইন্না মতাং

অসিদা অনীশুবা শৈশক লোইতরে। মথাদা অহুম শুবা শৈশকী মতাং নিশান্তগী ঈশৈ থরা অমুক ইজররী॥

( অহুম শুবা শৈশক )

( নিশান্ত গৌরচন্দ্র রাগ মাউরী )

উঠ (২) গৌরাচান্দ নিশি পুহাইল। নদীয়ার লোকসব জাগিয়া বৈঠল। ময়ুরা ময়ুরী নাদ কোকিলের ধ্বনী। কতসুখে নিদ্রা যায় গৌর গুণ মণি। অরুন উদয় ভেল কমল প্রকাস। তেজল মধুকর কুমুদিনীর পাছ। কর জুর করি কহে বাসুদেব ঘস। কত সুখে নিদ্রা যায় ঘুমল আলস॥

( মান্নবা শককদবা )

লেংখৎপীরো গৌরচান্দ চিংথৈ কিহুপ হুরে। নদীয়াগী মীয়াম পুম্বা লোইনা হৌনরক্লে। যনগী উচেক য়ায়াশিংসু খোংনংলিরক্লে। গৌরাঙ্গবু খোগল ওইনা লেংখৎলো হংগৎলে। উষা কৌরী আইরেম্বীনা মোমোন (২) নোক্লে। খোইমুশিংসু থম্বাল ভম্না ভংনা পাইনরক্লে। ইথুংতবা লোয়ডুনা হায়জৈ ভাস্থোরক্লে। কোমললা ঈশৈ ওইনা গৌরবু খোগল্লে॥

( সুত্র )

রজনী চরম যামে স্তোক তারা ভিরামে। কিমপি কিমপি বৃন্দাদেষ যাতা ভিনন্দা। বিততির কৃত রাধা কৃষ্ণয়ো স্বাপ বাধা। মতি মৃদু বচনানাং শারীকানাং শুকানাং॥

( মান্নবা সুত্র )

অহিংগী মচুদো ওল্লে চিংখৈ কিচুপ হুন্নক্লে। বৃন্দাগী মীপাইবা হেন্নে মাংলে রাথোক কাউথোক্লে। শুকশারী কৌতুনা য়াথং পিরী। মরোল খংনা শুক শারী হৌরো হৌরো লাউজরী ॥

( রাগ মাউরী )

এ রাই জাগ রাই জাগ শুক শারী বোলে। কতনিদ্রা যাও কালা মণিকের কোলে। রজনী প্রভাত হইল বোলিয়ে তোমারে। অরুন কিরন হবে প্রাণ কাপে ডরে। শারীবোলে শুন শুক গগনে উরিয়া ডাক। নবজলধর আনি অরুনের ডাক। শুকবোলে শুন শারী অত্রা পছু পক্ষি। জাগাইলে না জাগে রাই ধর্ম্ম কর্ম্ম সাক্ষি। বিদ্যাপতি কহে চান্দ গেল নীজ থাই। অরুন কিরন হবে উঠি ঘরে যাই ॥

( মান্নবা শককদবা )

এ লেংখৎলো লেংখৎলো শুক শারীনা লাউরে। নীং-ভাইদনা তূমবুনা হৌজিক টেলথোকলিরে। অহিং লোইরে লোং-ভাহক্লে চিংখৈ কিচুপ হল্লে। চিংখৈ কৌবী লাইরেম্বীনা জভোবা কিগে হোংলে। শারীকানা হায়রে শুক খোইগাই পাইনা হৌদোকউ। শুকনসু হায়রে শারী উচেক ওইরা ঐখোয়না। হৌদোকপদো লেংখৎপীদে সক্ষিনী ধর্ম্মনা। কোমলনা হংগচ্চেয়ে লেংভো সঙ্গাই তম্না। মুমীংকী মভান্দো লাক্লে লেংভো সঙ্গাই তম্না ॥

( ছুই তান্দ )

উঠ ওহে কালাচান্দ নিশি হইল অবসান। অয়ে অব দারুন অরুন কিরন। গৃহে গুরুজন হয়ে ছুরুজন রাত্রি অবসান ভৈগেল বিহান। উঠ (২) কাল মণি ওহে কমলিনী। দেখ কুঞ্জরাজ রানী পুহাইল রজনী। ঘুমল আলস তেজ কমলিনী তুরিতে জগাহুঁ ওহে নীলমণি॥

( মান্নরা শককদবা )

অহিং মমৈ ওইরবনী লেংখৎপনা করগনী। চিংথৈ ফিছুপ ছুরবনী সুমীৎ মঙাল উরবনী। নোংঙানবনা হানখিগনী খংদ কয়া খংখিগনী সঙ্গাই য়োবা ফরনী। লেংখৎলোনে কালমণি ব্রজ বাথোক্লনী। হৌরো কুঞ্জ রাজ রানী অহিং অসে লোই-রবনী। নীংঙাইদনা তুম্লীবনী থাদোকপীবা ফনী নৌনা ঝাথোক ওইনী লেংবিখিবা ফনী॥

( অনিকপা )

জাগ জাগহুঁ কান নিশি অবসান। অয়ে অব দারুন অরুন কিরন। গৃহে গুরু কুল জাগল সকল শারী বোলে পুন (২) শুক বোলে পুন (২)। কত সুখেযে সুতে কুসুম সজ্জাতে। দেখহ রজনী অন্তে হইল প্রভাতে। কেনেবা নাশুনিলে উঠহ তুরিতে সুখের সজ্জা ছারহ ঘরে যাউ তুরিতে।

( মান্নরা শককদবা )

লেংখৎপীরোনে থিন্নে য়েংঙু নেসে নোংঙাল্লে। নোংপোক

চিংথৈ ঙাল্লক্লে নুমীৎ মঙাল উবক্লে। অহল লমন হৌরক্লে উচেক রায়া নিল্লক্লে কন্না (১) হৌদোক্লে তাদত্তুনা লৈথোক্লে। নীংঙাইদেদো খজিক্কা তুমগী সজ্জা মথক্কা। তাউরী প্রেমগী ইপাক্কা রাথোর্ক রাভা মরক্কা। হৌদোকচবা তাবীদে রাথোকনী নীংশিংদে॥

( মেন ভাগ্যবতী গঙ্গা তীরে হায়বা ঈশৈ অতুগা )

( মান্নরা শককদবা )

জাগহুঁরে কমলিনী পূলক নয়নী। ওহে কালমণি ভাষে দিনমণি। কোমল ফুতিয়াছে দেখহ গুঞ্জত ভ্রমরা ভ্রমরী হংসরা হংসরী খেলনী॥

( মান্নরা শককদবা )

শ্রীরাধিকে রাথোকপা তারে লেংথৎপীবা য়ারে। অহিংসে লোইরে নুমীৎ মঙাল উরে। থোইমুস্থ উচেকস্থ রাহোংস্থ কোকিনস্থ ঙানুস্থ কাঙঙস্থ হরাউনা নুংঙাইনা শায়রে॥

( মেন )

জাগহুঁরে পরাণ পিয়যে। শ্যামের কিকরিগো রাই কিয়ে ভরলী পুন (২) বোলত শারী। শুক বোলে পুন (২) শারী বোলে পুন (২) কত সুখে নিদ্রা যায়রে॥

( মান্নরা শককদবা )

লেংথৎপীরো নোংঙানথিগদোরে। রত্তী প্রেমদা নুপ্লত্তুনা

তুমহুনা শৈরে হৌয়ো (২) রাধোকপা তারে। শুকনস্থ লাউ-জরীয়ে শারীনস্থ লাউজরীয়ে ভাবীদেয়ে মুংঙাইনা চেপ্লীয়ে ॥

( অওনবা )

জাগ নাগর কালা রজনী হয়ল অবসানে ॥ ভানুর তাপে গুরুজন জাগে সুখের সজ্জা ছাররে কালা। কেনে ঘুঙডায়াছ যুগল কিশোর রাধে বিদগদ নাগর কালা। উঠরে যাদব উঠরে কেশব সুখের সজ্জা ছাররে কালা। চদ মুলে কোমল ফুতিয়াছে রাজ হংস নদীতে ভাষে। উঠকালাচান্দ নিশি অবসান ভানুর উদয় হইল বিহান। ফুলে (২) ভ্রমরা গজে বন পশুপক্ষি সকলী জাগে। নিশি অবসান হইল উঠ (২) নীলমণি। কত সুখে নিদ্রাযায় উঠ কমলিনী ॥

( মান্নবা শককদবা )

হৌয়ো নাগর কালা য়েংঙ্নে অহিংসে নোংঙাল্লক্লে। নিংথিবা সজ্জা থাদোকপীরোনে মুমীৎকী মঙাল য়েংঙ্ উরক্লে। ঙসি শোইরয়োইকো রাথোকপা তারে য়েংঙ্ নীংঙাইদনা তুমহুনা শৈরে। লেংখৎলো যাদব লেংখৎলো কেশব নিংথিবা সজ্জা থাদোকপা করে। মুংথিলগী থম্বাল ফুগাইনা শাচ্চরে কাঙুনস্থ শামবা উরে। লেংখৎপীরোনে য়েংঙ্ নোংঙালে মুমীৎকী মঙাল উবা কংলে। শৈকা খুদিং খোইমুনা ঙংলে বনগী উচেক রায়া লোইনা নিল্লক্লে ॥

অহিং অসে ভাল্লবনী লেংখৎপীরো নীলমণি। শোইর-রোইকো রাথোক্লনী হোৌরো কমলিনী॥

(যার নয়ান কুলবতী হায়বা ঈশৈ অদুগা)

( মান্নবা শককদবা )

জাগহুরে কালমণি হইল বিহান। কেনে ঘুঙডায়াছ যুগল-কিশোর বিদগদ কান। উঠরে যাদব উঠরে কেশব রাধে যুগল-কিশোর বিদগদ কান॥

( মান্নবা শককদবা )

লেংখৎপীরো কালমণি য়েংঙু নোংঙাল্লে। করি রাথন্দগী তুমহুনা লৈথোক্লে নুমীৎতি থোক্লে। হৌরোনে যাদব হৌয়োনে কেশব রাধে থাদোক্লো সজ্জাদো পুমঙাল ভাল্লক্লে॥

( তাঞ্চপ )

জাগহুঁরে কালমণি উদয় হইল দিনমণি গুরুকুল জাগল ভৈগেল বিহান। জাগহুঁ (২) রাধে বিদগদ কান ঘুমল আলস ভোজ নিশি অবসান॥

( মান্নবা শককদবা )

লেংখৎলোনে কালমণি নোংঙানবনা হাল্লগনী অহল লমন হৌরবনী রাধে কমলিনী। লেংখৎলো (২) রাধে ওহে যাদুমণি তুমহুনা লৈরিঙৈ ঙসি শোইরোই রাথোক্লগনী॥

( সুখের কুঞ্জে এক্লে কেন্নৌ হায়বা ঈশৈ অদুগা )

( মান্নবা শককদবা )

সুখের সজ্জা ছার কালমণি বৃষভানু রাজ নন্দীনী ভৈগেল বিহান। অরুন উদয় ভেল নিশি অবসান। জাগ (২) ওহে যুগলকিশোর। ঘুমল আলস তোজহ বিলাস কেনেবা আনন্দ বিভর। শুক শারী বোলে পুন। গুরুকুল সকল জাগিল অরুন কিরন হবে দেখ দুহুঁ জন। জাগ (২) কমলিনী রাজার নন্দিনী উদয় হইল দিনমণি জলদ বরনী। হেরাধে কেনেবা না শুনী উঠ ব্রজমণি॥

( মান্নবা শককদবা )

থাদোকপীরো সজ্জা কালমণি নিংথোরেন্না পোকপী রাধিকে য়েংঙু নোংঙাল্লে। নোংপোক চিংথৈ ঙাল্লে সুমীৎ মঙাল উবা ফংলে। লেংথৎপীরো চিংথৈ ফিদুপ হুল্লক্লে। তৃম্বগী অতনবা লীলাগী মুংঙাইবা থাদোক্লো লেংথৎলো নোংঙাল্লে। শুক শারীনা লাউঊজে তোয়না। অহল লমন লোইনা হৌনরক্লে লেংথৎপীরো নোংপোক চিংথৈ ঙাল্লে॥

লেংথৎপীরো কমলিনী ওহে কালমণি নোংঙানবনা হান-খিগনী শোইরোই বাথোক ওইনী। হে রাধে গুরুজন খংথিনী লেংথৎলোনে থনী॥

( তাঙ্কপ )

জাগহুঁ (২) বৃষভানু সুকুমারী। অয়ে অব দারুন অরুন

দেখহ কাঞ্চন গৌরী। গোকুল বন্ধু জয়রসসিন্ধু যাগৃহি তল্পং কৃত শশী কল্পং। পৃতস্মু কুলং শৃত ভুজ মুলং বোধয় কান্তং রতীভর তান্তং। যাতা রজনী প্রাত্তর্যাতং শৌরো :মণ্ডলং মুদয়ন প্রাপ্তং। সম্প্রতি শীতল পল্লব সয়নে রুচিমুপ নয়সখি পঙ্কজ নয়নে॥

( মান্নবা শককদবা )

লেংখংলো (২) ওহে ব্রজমণি। চিংথৈ ফিদুপ হল্লবনী অঙানবা উরবনী হোবিয়োনে কমলিনী। গোকুলগী থাজ শ্যাম ব্রজমণি ভানুনা পোকপী রাধিকাগা চেপ্নী। প্রেমতনা পুন্নী প্রেমগী পাম্বী ওইরী রসন থল্লী নাংঙাইদনা তুম্নী॥

অহিং লোইখয়ে চিংথৈ হুল্লে য়েংঙু নোংঙাল্লে লেংখংলো থিল্লে। মলয়া হুয়ক্লে লিক্লাসু তারক্লে উচেক বায়া নিনথা তারে খোইমুসু পাইরক্লে॥

জাগ জাগহুঁ কালা রজনী হইল শেষে। গৃহে গুরুকুল জাগল সকল। এমত শারীর বাক্য নাশুনিল রাই মাথে হাতদিয়া শারী কান্দয়ে বিলাই। হা হা ধিক বিধি মোরে জণ্ম পশুকুলে নির্বুধিনী পক্ষি বোলি না লইব মনে। শ্রীরূপ মজরী মোরে কৈল অনাথিনী কিবোলি জাগামু হামু তোমার দাসিনী। যদি মুঞি কুঞ্জ দাসী হইয়া জণ্মিত রাধাকৃষ্ণ শ্রীচরণে ধরিয়া জাগাম॥

( মান্নবা শককদবা )

হৌরো হৌরোনে কালা অহিং অসে লোইখয়েনা। অহল লমন লোইনা হৌনরবনীন।॥

অম্মুম্না শুক শারীনা হৌদোকচরী রানা ভূম্বা মপুং কাখিবনা তাদে রাধা শ্যাম্না। তোল্লি (২) উচেক ওইনা পোকপ-দগী ঐনা হৌদোকচবা লাউজরুবা তাখিদে অনীনা। বৃন্দানদি য়াথং পিবী হৌদোকউচো হায়না মতৌ করম করি হায়না হৌদোকনী ঐনা। কুঞ্জদাসী ওইজহুনা পোক্লবদি ঐনা হৌদোক-চবা ওমজগনী শ্রীচরণদা নোম্না॥

( মেনকুপ )

উঠ হে গোকুল চান্দ নিশি গেল (২) উঠ (২) হয়াছে বিহান। (২)। জলদ বরনী পুলক নয়নী উঠ (২) ধনী রাধে কমলিনী জাগহু সুন্দরী রাই। নিশি অবসান হইল কত সুখে নিদ্রাযায় গৃহে গুরুজন না ভয় উঠ (২) কমলিনী। সজ্জা ছায় কালমণি। গৃহে গুরুজন নাভয় সিত্র যাউ বিনোদিনী॥

( মান্নবা শককদবা )

লেংখৎলোনে ব্রজমণি অহিং মমৈ ওইরবনী চিংথৈ ফিদুপ হুন্নক্লবনী। (২)। শরৎকী থাজনী নোংইম্না কংবনী লেংখৎলো (২) রাধে কমলিনী গুরুজন্না খংথিগনী। লিক্লানসু তাশিল্লক্লে বনগী উচেক নিময়ক্লে খোইমুশিংসু পাইনয়ক্লে রাথোকনী কাউ-থোকপীরে। নীংডাইদনা লৈথোকপীরে। সুমীৎ মঙাল মীৎনা উরে। অহল লমন কিদবরা রাথোক অমুক ওইহনগেরা॥

( সুত্র )

কৃষ্ণস্য জানুপরি যন্ত্রিনা স্ব নিতম্বা বক্ষস্থলে ধৃত কুচ্চ বদনে হর্ষিতস্যা। কণ্ঠে নিসেবিতা দ্বভুজ পোধানা কান্তা নহিজতি মনাগপি লব্ধ বোধা॥

( মান্নবা সুত্র )

শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীগী লীলা অঙকপনা তিল্লী সজ্জা থক্তা পুন্না চেপ্লী মধুর প্রেমগী রসনা থল্লী থম্নানা থম্বানবু য়োমশিল্লীবনী প্রেম্না প্রেম্বু পুন্নরিবনী বৈষ্ণবশিংগী শরনী মক্লী অনীমক্লা শান্নরিবনী॥

( রাগ বিভাষ )

সখিহে দেখ রাধা মাধব (২) পিরিতি। সব রাত্রি বিহরী ল তথাপি তৃষিত ভেল প্রতি ক্ষনে নবীন আরতি॥

( মান্ননা শককদবা )

ইত্তাসা য়েংঙু রাধা কৃষ্ণগী (২) পিরিতি! অহিং চুপ্না শান্ন-বনী প্রেমদো থোইনা নৌবা হেল্লী মতম থুদিং কচ্চরী আরাতি॥

মাধব শুনত শারীকা বানী। তবে কৃষ্ণ উঠি বৈসে মৃদু মন্দ (২) হাসি করি নীজ বাহু প্রসারনী। ধ্রু। রাইরে লইয়া উরে হর্ষজল সুখভরে মাধুরী দেখয়ে দুই নয়ানে। ছলে রাই নিদ্রা যাই নেত্রে নহি প্রকাসই জাগিয়া আশয়ে অনুমানী।

কৃষ্ণ নিরক্ষন সোভা সঘন নয়ন লোভা ধনী নেত্র প্রকাসত খানী। প্রভাতে কোমল পারা মুখ পদ্ম মনোহর তাতে নেত্র খঞ্জন যুগল। তাহাতে ধুর্ম্মায় মান রসের আলস কাম অলিকে অলকা ভৃঙ্গ চল। তাহাতে ইষদ হাসি দেখি রাই মুখ শশী গোবিন্দ অতি তৃষ্ণা হৈল। পুন বিলাসের লাগী মনে মনমথ জাগী তাতে তাহা আরম্ভ করিল। নীজ বাম হস্ত তোল্লে ধরি রাই বেনী মূলে চিবুকে ধরিল অন্যকরে। রাই হাস্য গণ্ড সোভা দেখি কৃষ্ণ মন লোভা হাসি (২) চুম্বয়ে কপালে। কৃষ্ণা ধর রস স্পর্স কেবল অমিয়া রস পাইয়া আনন্দ সিন্ধু মাঝে। মগন হইয়া ধনী ঢুলায়ে সঘন পানী অলক কুঞ্চিত কঞ্চুলাজ। নহি (২) কহে ধনী আনন্দ গদগদ বানী মুচুকী (২) হাসি তায়। দেখিয়া সখির আঁখি হইয়া পরম সুখী এ যদু নন্দন দাস গায়॥

( মান্নরা শককদবা )

মাধবপূ তানবা শান্নীনা হায়জৈ। শ্যাম্না লেংখৎতূনা কমজৈ মোমোন (২) ওইনা য়েংজৈ অনীমক্কী থম্মোইমুংদা পেজ্রৈ। রাধিকানা কয়া ফজৈ শ্যাম্না পুক্রীং পেম্না য়েংজৈ য়েংন উন খোরাংবদো হেজ্রৈ। তূমশন্ননা মরৈ তৌজৈ উরুরগা শ্যাম্না পেজৈ চোগৎপগী মতম ওইরে খজ্রৈ। মীৎয়েংচুনা কয়া ফজৈ শক্লীগী মীৎতাবু ওমজৈ থম্মোইমুংগী মৈচাক কোকপা ওমজৈ। থম্বাল্গী মকানা ওমজৈ শরৎকী পুর্ণিমা ওমজৈ নিভৃতগী লৈতেং ওইনা ভাজৈ। তুম্মুবগী উইরুম য়েংজৈ রসগী অনৌবা ওইজৈ মীৎয়েংনা

রাখনগী পম্বেং ওইজৈ। খাবু নোংইন মানা কংজৈ মীৎনা পেন্না (২) য়েংজৈ থম্মোইগী খৌরাংবা পুন্না কোকচৈ। মীকুপ খুদিং নৌবা হেজৈ নীংগুমদবা প্রেম্না ওইজৈ লীলা মপুং অমা ওইগে নীংজৈ। খোইমুগী ময়াইদো কাজৈ থম্বাল লৈহী থম্না চুপচৈ রতী প্রেমগী লীলা মপুং কাজৈ। নোংশা শজী চাক্তা মীম্নে রাহোং লিনম্ন শাম্নমীম্নে রতী কামগী রস মপুং কাজৈ। তোমান্দা লৈহাউনা শাৎচৈ থম্নানা থম্বানবু য়োমজৈ প্রেমগী সমদ্রুদা পুম্না তাউজৈ। রাধিকানা খোইনা চাকচৈ প্রেম্না প্রেমগী থৌগল ওইজৈ থরাই হকচাং লোইনা শ্যামদা কচ্চৈ। চরণ থম্বাল চেৎনা কোজৈ রাখোকপগীদমক কিজৈ মপোক খুদিং চরণ কংগে নীজৈ। সখীশিংগী পুক্নীং পেজৈ মীৎকী পেম্না (২) য়েংজৈ কোমলনা রসসীবু শকচৈ॥

## ( স্বাধিন )

সময় জানিয়া দুহুঁ উঠিয়া বসিল। রাইমুখ হেরী শ্যাম আনন্দ বিভর। মেটল চন্দন পুন সাজি করি। ভুটল আভরন সুসম্বই হরি। করে ধরি রাই মুখ পুন (২) চুম্বে। রসের সায়রে ডুবিল হইল বিলম্বে। গোবিন্দ দাস তহি পরমাদ জান। রজনী পুহাইল জাগি গুরুজন॥

## ( মাম্নমা শককদবা )

রাধা শ্যাম্না কতম চানা কমলে লেংখৎতুনা। রাধিকাগী

মাইথোং থাবু য়েংলে শ্যাম্না পেম্না। কজল্লা চন্দনমচিংনা লৈতেং বিরী হম্না। রাধিকাবু থম্মোই পেম্না চুম্বোল পিবী শ্যাম্না। কাউড়মদনবা রসতম্না লৈবীদু তপথনা। তোম্লবা কোমলনা শরুকৈ পেম্না (২)। হানথিগনী নোংঙ্গাকবলা তাবী গুরুজন্না॥

## ( আরতি )

কুঞ্জ পট রাজ রানী অতি সুবিরাজে। ঝলন ব্রজ ললন সব মঙ্গল করু সাজে। ঘৃত ঘন চারুবর্ত্তি কাঞ্চন দীপদান। লেইকর ললিত প্যারী নিরখি যুগল কিশোর। সখীবৃন্দ বিবিধ যন্ত্র লেই ঝমরু গায়ে। সেবাপরা সখীবৃন্দ সব অষ্ট মঞ্জরী। চামরে ব্যজন মণি খচিত কাঞ্চন সম্পুতি। দীনহীন গজেন্দ্র দাস নিরখি যুগল কিশোর॥

## ( মান্নবা আরতি )

কুঞ্জবন্দা রাধা শ্যাম্না মুমীৎ থাগুম ঙালে। গোপীকা শিংনা কোইশিল্লহনা আরতি কচম্বরক্লে। থিগী বর্ত্তি চমথংলে আরতি কচম্বরে নীংজবা থুংলে। লৈশিংলবী ললিতাদুনা লীনা সিদা পুমলাং লাংলে। সখীশিংনা পাম্বরীয়ে যন্ত্র শক্লীয়ে ঙৈরীয়ে নিরে। সেবা পাম্বী সখীশিংনা কোম্লনা সেবা তৌরক্লে। কনাগুম্বী সখীশিংনা কাংহাই চামর থৌগম্লে। তোম্দগী তোনবা কোমল ঐনা পামজদুনা পেম্না শোলে॥

## ( লালজা মঞ্জিরি প্রার্থনা )

জয় রাধে কৃষ্ণ প্রাণ মোর যুগল কিশোর। জীবনে মরণে

গতি আর নাহি মোর। কালিন্দীর তীরে তরু কদম্বের বনে। রতন বেদিরোপরে বৈসাব দুইজনে। শ্যাম গৌরী অঙ্গে দিব চুয়া চন্দনের গন্ধ। চামরে ঢুলাব কবে হেরী মুখ চান্দ। গাঁথিয়া মালতীর মালা দিব দুহার গলে। অধরে তুলিয়া দিব কর্পূর তাম্বুল। ললিতা বিশাখা আদি যত সখী বৃন্দে। আজ্ঞায়ে করিব সেবা চরণারবিন্দে। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু দাস অনুদাস। নরোত্তম দাস কহে সেবা অভিলাষ॥

( মায়েলা শককদবা )

খুরুমজরী হে রাধে শ্রীগোবিন্দ তোয়বা ননাইনা। হিংগুস্থ শিরস্থ পাজল ওইরী অনীমক্না। যমুনান কোইশিল্লীবা কদমগী দিকদা মণিগী সিংহাসন থক্তা তাপ্পী অনীমক্না। রাধা শ্যামগী ইংনবা সুংশিবা চন্দন। খোগনবা চামোর সেবা কয়গনা কান্দা কংগবা। মালিকা মালতী পরেং ঐনা হুকচনীংবা কর্পূর তাম্বুল পাম্না ইনবা কংজগবা। ললিতা বিশাখানচিংবী সখীগী য়াথং ইনবা। চরণগী সেবাদো ঐনা করম কংজসিবা। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু ননাই ওইহনবীয়ু তোয়বা কোমল ঐবু নংঙ্গা খৌজানবীয়ু॥

( সুত্র )

নীজ (২) মন্দির যাইতে পুন হুহে তুহা বদন নেহারী অন্তর উয়ল প্রেম পয়োনিধি নয়নগলয়ে ঝনঝারী॥

## ( মান্নবা সুত্র )

শ্রীরাধা গোবিন্দ অনীমক্না মহৈ (২) সঙ্গাই তম্না চৎনরম-দাইদা মাইথোংগা (২) য়েংন (২) তুনা থম্মোই মুংগী প্রেম্না থোং থাংহুনা চৎপা ওম্নদহুনা মীৎলু অনীমক্কী শিন্থরকপা প্রেম্না তত্তনা শিন্থরপা শ্রীরাধিকানা হায়জরকই ॥

## ( বিষেদ )

যাও (২) প্রাণনাথ হে বন্ধু দাসী হামু বিদায় দেয়রে বন্ধু। প্রাণে সমর্পিলু এই নিবেদিলু ছারিও না মানে রাখ বন্ধু। কি বিদায় দিবা নাহি জানি কিবা প্রাণ সঙ্গে রহ বন্ধু। সদাই কলঙ্কিনী জান পরাধিনী গুরুজন ভয়ে যাব বন্ধু। হামু অভাগিনী রাধা কলঙ্কিনী করমের ফল ভেল বন্ধু। ভনে নরহরি তুহুপ্রেম ভরী বিযোগয়ে যাব নারে বন্ধু ॥

## ( মান্নবা শককদবা )

লেংঙো শ্যাম নাগর হে কৃষ্ণ তোল্লবীবু বিদায় পিবীরো বন্ধু। থরাই হকচাং পুম্না শ্রীচরণদা কৎলে তোল্লবিনী কাউবিগনু বন্ধু। করি কৎকদবা খংজদরে ঐনা থরাইদদি লোয়নবিথো বন্ধু। রাধা রাথোক চাউবী ওইরী মীখা পোনবী অহল লমন কিজৈ লেংঙো বন্ধু। থুবাং তরা লোম্না প্রেম্না হিক্না (২) নিজরীয়ে ঐবু কাউবিগনু। হায়জৈ কোমলনা রাথোক কাউবিগনু অনীমক্না তপথবীরগনু ॥

( সূত্র )

রাইর সুমধুর বানী শুনী শ্যাম নাগর মৃদু (২) হাসিয়া কহে সুমধুর বানী ॥

( মান্নবা সূত্র )

রাধিকাগী মুংশিরবা রাহৈ তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক থোই-দোক্না মুংশিবা রাহৈনা ইবেম্মগী মফমদা হায়রকই ॥

প্রেম ভরা মৃদু বানী কহয়ে মুড়ারি। আজ কিবা প্রাণ প্যারী যাইতে না পারি। কেনে অশ্রু ঝুরী বোলে বিদরে পরাণ। ইবোলি মুছই অশ্রু চুম্বই বয়াণ। অঙ্গুলি চিবুক ধরি তাম্বুল জুগাই। ধৈরজ নাধরে প্রাণ প্রেমেযে বাঢ়াই। ললিতা কহয়ে শুন যুগল কিশোর। কালময় গুরু পাছরিয়া কেনে ভর। শুনী গুণী ধনী বন্ধু সুস্থির কহত। প্যারী ভাবা অয়ে কৃষ্ণ বিদায় করত। দুই চারি পদ চলে দুহু ফিরি চাই। নরহরি কহে রাই বিলম্বের নাই ॥

( মান্ননা শককদবা )

হায়জরকই তপ্না (২) হিক্না (২) শ্রীকৃষ্ণনা। থাদোক্ননা চৎঙমদরে রাধে নংবু ঐনা। করিগীনো কপ্নীবদো করিগীনো চিংনবদো। নাম্থোকপীদো মীৎকী পীদো পিনবিরী প্রেমদো। মাইথোং থম্বাল য়েংনরী পায়া চহুম ইনবিরী। থাংঙমদনা রানরী থাংঙমদনা থাংনরী। হায়জরকই ললিতানা কায়দরে

তপথবনা। গুরুজন্দো কাউগম্নুনা কালগী মশকনীনা। চাক্লা (২) কপ্পা (২) বিদায় নিনজয়ী। চৎলি থোংথাং অনী মরি হয়া (২) য়েংনয়ী। লেংবীবনা করগনী কোমলনা হজচ্চরী॥

( গৃহাগমল )

নীজ (২) গৃহে দুহু করল গমন। সুজানয়ে পসিকৃষ্ণ ক্ষনেক সয়ন। মণি ভুষা ঝাপি রাই প্রবেসি সদনে। শেযোপরে রহে ধনী গেলা সখীগণে। তহি প্রেম সেবা সখি সেবই চরণে। প্রেম ভরে ঘুমেনরে নরহরি ভনে॥

( মান্নবা শককদবা )

মহৈ (২) সঙ্গাই তম্না হনথরে অনীনা। শয্যাথক্তা ইবুংঙোস্থ চেপথরে নুংঙাইনা। লৈতেংলস্থা পুন্নমক্তো লৌথোক্লে সখীনা। শয্যাথক্তা রাধিকানা চেপথরে নিংথিনা। হন্নথরে সখী পুম্বা থোগল্লে থরনা। অনীমক্তী প্রেমগী লীলা শকচৈ কোমলনা॥

শ্যামলা বিমলা মঙ্গলা অবলা আইল রাইর কাছে। দেখি সতন্তর তথাপি রাধারে কহয়ে ধনীর কাছে। রজনী বিলাস শুনিতে উল্লাস কহ (২) সুবদনী॥

( মান্নবা শককদবা )

শ্যামলা বিমলা মঙ্গলা অবলা চংঙক্লে রাধাগী নাক্তা।

য়াউজবা কংজদে উজবা কংজদে হংজৈয়ে রাধিকামক্তা। অহিংগী শাম্নবা থম্মোইনা থৌরাংবা তম্বীয়ু হায়বীয়ু খিৎতা॥

কহ (২) সুন্দরী আজ রজনী কুঞ্জে বিলাস। কৈছেন নাহব পূরল তুয়া আশ। পিয়া পিরিতি হামু কহই নাপারী লাখবয়ান বিহি নাদিল হামারী॥

( মান্নরা শককদবা )

হায়বীয়ুনে রাধিকে ঙসি কুঞ্জদা শাম্নে কনম্না। তাজগে ননাইনা তম্বীয়ু চিৎথদনা। রানা থাংজৈদা রাধা কৃষ্ণগী প্রেমতনা হায়বা ঙমদে কন্না হায়রকই তপথনা॥

( রসোগার )

সে বন্ধু কেম্নি পাছরীবা। যাকর দরশন সবদুঃখ বিমোচন সোই হামারী করুসেবা। আদরে আগুছারী ললিত হৃদয়ে ধরি জানুপরি পুন রাখী। তাহার করহি কোনে বদন পুন চুম্বই সুগুঙরী (২) মন দুঃখী। হিম অতি শীতল করে কমল ভিগেল পুন (২) মাজই মুখ। শীতল পঙ্কজদল মন্দ (২) ধুলাওত পুছই বন্ধুকি দুঃখ। অঙ্গুলী চিবুক ধরি বয়ানে তাম্বুল ভরি ভাষই গদ গদ বানী। শেখর দাস কহে নীজ (২) জগমাহে ঐছেন প্রেমকি চিহ্ন॥

( মান্নরা শককদবা )

শ্যাম নগর করম থাদোকসিবা। মহাকপু উজবদা কোকচরেদো

য়াবা পুন্থা কংজৈ মহাক্কী চরণ সেবা। তাওলবা মাগী প্রেম্নী ফংহল্লি তোল্লবী ঐবু কাউওজদে চান্নরবী। মহাক্কী কল্লবা প্রেম্নী মীকুপ খুদিং ঈহৌবনী পামজবা প্রেমালিঙ্গন পিবী। খোৎনা নৌনা ফজরবা মখুৎতুনা ঐগী চিনবান্দা ইনবীদো মুংশিনা পাম্না। ননীবু উমজবা চরণ সেবা তৌজৈ কাইদ কাইদ কুচ্চ যুগনা তপ্না তপ্না। কুচ্চনা কনখদো হেল্লী চরণনা ননীগুম্না খোৎলী পুক্রীংদা খজৈ চরণদা য়ানী। কোমল ননাই ঐগী হন্না (২) হায়জখনী হৌনবী প্রেমগী খুদম্নী॥

হাই প্রিয় সজনী এতদিনে ভঙ্গল ধন্দ। কান্থ অনুরাগ ভুজঙ্গ গরসাল কুল ডাহুরী মতি মন্দ। ধ্রু। হৃদয় মন্দিরে মোর কান্থ ঘামওল প্রেমপহুঁ জাগী। গুরুজন গৌরব চৌরস দৃশ ভয়ে দুরহুঁ দুরে রহু ভাগী। আপহি চরিত আপনহি সমুঝিয়ে আন কহিতে কহি আন। ভাবে ভরল তনু পরিজন বাচিতে গৃহপতি সপতির থান। নিন্দহুঁ নিন্দ আন হেরীয়ে না জানিয়ে কি ভেল আক্ষি। যতপুরমাদ কহয়ে নাহি পারিয়ে গোবিন্দ দাস তাহে সাক্ষি॥

( মান্নুনা শককদবা )

হায়বীয়ু চান্নবী অহিং চুপ্না শান্নবা লীলা। শ্যামগী অনুরাগ তহীয়ু চিৎখদনা তানীংঙি পাপচেল্লবী ঐনা। রাধিকানা হায়-তরকই শ্যামগী শ্রীচরণগী সেবা ফংজনীংঙি ঐনা। গুরুজনবু কিদনা য়োজরে বন্দা য়ানা ফংজরে শ্যামগী চরণ ঐনা। শান্নরে

রাসদো পোৎথানরে সখী মন্নামগা মাগী মাগী কুঞ্জদা লোইনা। শ্যাম্মা সজ্জাথক্তা চেপলে পোৎথাদুনা চরণগী সেবা কংজে ঐনা। তোল্লবী ঐগী থবাই মঙা কচ্চরেদো মমল য়াউওইজে জদনা। বাথোক্তনী কাউথরে পুনথরে মাগী প্রেম্না সাখিদো ওইরি কোমললনা॥

তবে রাধা সুধা মুখী করিয়াছে সয়ন। রসালস নিদ্রাযাই কুঞ্জ পথ শ্রম। অবশর জানী রতী মঞ্জুরী তখন। বৃন্দাবনেশ্বরী পদে করি সম্বাহনে। মদেশ্বরী কবে হব এভাগ্য আমারে। শ্রীরূপ মঞ্জুরী সখি হইয়া সদয়। হাতে ধরি বসাইয়া আপনা সম্পাছে। অজ্ঞায়ে করিব সেবা বসি এক পাছে। এই রস আস্বাদয়ে গোবিন্দ দাস॥

## ( মাম্নমা শককদবা )

মতমসিদা শ্রীরাধিকা শয্যাদা চেপ্লে। ইবুংঙোগী রাথল পুম্বা লোইনা থাদোক্লক্লে। বারি পুম্বা পোৎথাথরে নিদ্রানা থোগল্লে। ইবেম্মগী চরণ থম্বাল থোগল তৌজরক্লে। কনাগুম্বী অমনা অঙ্গ থোগল্লক্লে রসসিবু কোমলনা পুক্লিং পেন্না শোঙ্জে। শ্রীগুরুগী কৃপাতনা চরণ কংগে তাঞ্জে॥

## ( নিশান্ত সমাপ্ত )

মতাং অসিদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনীমক্কী অহিংগী নিতি লীলাদি মতাং অসিদা লোইজরে। মথা অসিদগী গুরুজনগী

শৈশক লাক্লগনি গুরুদেবগী কৃপাদগী ননাইনা কাজবা পদ অমা অনীদংবু মথাদা ইজরক্লী ॥

( গুরুজন-গৌরচন্দ্র )

( রাগ তুরী )

প্রভাতে জাগিল ওই গৌরাচান্দ। হেরই সকল (২) আন ছান্দ। ঘুমে ঢুলু (২) নয়ানে রাতা। আল সেই সত মুডিত পাতা। অঙ্গুলী মুড়িয়া মরয়ে তনু। যৈছেন অতনু কনক ধনু। দেখিতে আওল ভগত গণে। মীলন বিহানে হরিষ মনে। মুখ পাখালিয়া শ্রীগৌরহরি। বৈছে নীজগণ চৌদিগে বেঢ়ি। নদীয়া নগরে হেন বিলাস। যতুনাথ দেখে গদাই পাছ।

( মায়না শককদবা )

মঙ্গদো ঙাল্লক্লে গৌর লেংথংলক্লে। মী শিংগু হৌরক্লে নদীয়া নিময়ক্লে। হৌনবী লোইনরক্লে গঙ্গা তময়ক্লে। মুপীসু শিঙ্খানরে অঙাং শাময়ে। ভক্তসু লাক্লরে ভক্তীদা ভানরে। গৌরবু কোময়রে পুক্লীং হয়াউরে। হরিনাম শোময়ে থম্মোই পেয়রে। বিষ্ণু সেবা লোইরে পরিক্রমা লোইরে। আসন্দা লেংশিনথরে বেদ পাঠ হৌরে। ব্রজরস চুপচরে প্রেম শিঙ্গজরে। অমুময়া শাময়ে নিতিগী ওইরে। কোমলনা শকচরে থম্মোই পেঙরে।

গুরুজন জাগব্ধু ভৈগেল বিহান। গৃহে নীজ কার্য্য সমা পন সখি জান। ধ্রু। কোই সখি দধি (২) মন্থন করু তাই।

ঘন (২) গরজন উপমা নাই। কোই সখি গুরুজন সেবন করু তাই। কনক কুম্ভ লেই কোই চলি গেল। কুসুম তোরী কোই (২) গাঠই হার। নিতি (২) ঐছেন করতহি রিত। কোই ঘর বাহিরে (২) করত পুহার। গোবিন্দ দাস পহুঁ অনুপ চরিত॥

( মান্নবা শককদবা )

অহল লমন হৌগৎলে ব্রজ থুঙ্গং নিল্লে। মুমগী শিন্থা হৌরক্লে দধি মাখন শেমলে। কনানা বেড়া শারক্লে (২) কনানা মীঠাই শারক্লে। কনানা যঙ্গোম শুম্নক্লে মতৌ অসুম লাংলে। কনানা গুরুসেবা তৌরক্লে (২) মচা চরা ৱালহল্লে। কনানা তুরেল তম্নক্লে কনানা কাখৎলক্লে। কনানা লৈসু হেক্লে (২) কনানা পরেং লেংলে। কনানা সুমীৎ খুরুমলে কনানা বর নিরক্লে। নিতি খুদিং শান্নরীয়ে (২) গোকুল পুমনিল নিল্লীয়ে। কোমলনা শকচরীয়ে রস সিবু চুপচরীয়ে॥

প্রাত কালে নিত্য কর্ম্ম করি প্রৌর্ণিমাসী। কৃষ্ণের যননী স্থানে মিলীলেন অসী। তারে প্রনামীয়া রানী আশিষ লইয়া। কৃষ্ণের সয়ন ঘরে গমন করিয়া। উঠ (২) বাচা ধন অধিক বেলা হইল। সখাগণ মিলী কিহবে জান। বাসল্য ব্যাকুল রানী কহেন বচন॥

( মান্নবা শককদবা )

নোংঙাবরগী নিতি কর্ম্ম লোইরে প্রৌর্ণিমাসী। যশোদা

উনগে হায়না লাক্লে প্রৌণমাসী। খুরুমজৈলো যশোদানা মঙ্গল নিজরীনা। কৃষ্ণগী তুম্ফমদো তম্না চংগুক্লে মমানা। হৌয়ো (২) হায়রন্থনা হৌদোক্লে মমানা। সখা মমাম তিন্নরেনা লৈখোক্লে তুমন্থনা। মচা মুংশিবগী প্রেম্না হৌদোকচয়ে তঙ্গা॥

প্রাত কালে উঠি নন্দরাণী পুত্রবতী। পুত্রের কল্যাণ লাগি পুজে ভগবতী। ভগবতী সঙ্গে করি যশোদা সুন্দরী। কৃষ্ণ শয্যা লয়া গেল মরণঅকরি। হেন কালে শ্রীদাম আদি যত সখাগণ। উঠ (২) কৃষ্ণ ধ্বনী করয়ে অঙ্গনে। বাসল্য ব্যাকুল রানী কহে মৃদু বানী। উঠ বাপূনীলমণি দেখোক যননী॥

( মাপ্পনা শককন্দবা )

নোংঙানবগী কর্ম্ম লোইরন্থনা যশোদানা। ভগবতী খুরুম-ন্থনা মঙ্গলবু নিজৈনা। ভগবতী লোয়নন্থনা যশোদা রানীনা। কৃষ্ণগী তুম্ফমদো তম্না চংগুক্লে হরাউনা। মতমসিদা শ্রীদাম্ন-চিংবা লাক্লে সখাশিংনা। হৌরো (২) হায়রন্থনা মাঙ্গোন্দা নিল্লেনা। মচাগী মুংশিবা প্রেম্না যশোদা মমানা হৌরো হায়না হন্না (২) হৌদোক্লে মমানা॥

উঠ বাচা নীলমণি কত নিদ্রা যাওহে। মায়ের পরাণ বাচা নীলমণিহে। কান্দি না খায়াছ ননী রহিয়াছে ঘুমে॥

উঠ বাচা যদুমণি উদয় হইল দিনমণি হাই। তুমি যদি ঘুমে রইলে কার বদনে দিব ভুলী হাই। উঠ ওহে প্রাণ কাহ্নাই নয়ন ভরে বদন চাই অভাগী যশোদা মায়ের স্তন দুগ্ধ ভাষি যাই হাই। শুনিয়া মায়ের বানী উঠিলেন যদুমণি ধলিয়া বালক ভাবে হাই। মুখ প্রখালন করে সুদন্ত ধাপন করে সখাগণ সঙ্গে হাই। গাভীদহইতে তবে চলিলা গোষ্টেতে সখাগণ সঙ্গে হাই॥

( মান্নবা শককদবা )

হৌরোগবা নীলমণি মতমসে থেংথিনী ইমাগী মণি হৌরো থেংথিগনী। ওরাং চাথিদেদো ননী হৌজিক পুঙাইনা তুম্নী। হৌরোগবা যদুমণি থোক্লক্লেনে দিনমণি (আ)। নীংঙাইদনা নংনা তূম্নী ঐনা পিজনীংঙি ননী (আ)। হৌরোগবা নীলমণি ইমাগী থরাই ওইরিবনী ইমানা নদোম কংজবনী চারয়োনে ক্ষিরননী (আ)। তারদুনা য়াথং অদো তকিং (২) হৌগৎলেদো অঙাং ওইনা কয়রেদো (আ)। অঙাং ওইনা উহয়েদো মমীৎ মমাই তাথোক্লেদো ভিল্লৈ সখাশিংদো। যঙোম শুম্নবনীদো যঙোন্দা চংলীদো সখাগা লোইনৈদো (আ)॥

প্রাভহি গোষ্টহি করল পয়ান। গো ধেনু দহন করতহি কাম। ঘন (২) হম্বা রব বৎছক রাব। হুঁ (২) গরজি ধেনু গণ ধাব। সুন্দর অপরূপ শ্যামর চান্দ। গো ধেনু দহন

করত ছন্দবন্দ। দহণ গর্জ্জন বরই গম্ভীর। ঘন (২) দহন করত যন্থধীর। গৌর সধার চায়ত সব অঙ্গে। সুমেরু শিখরে যৈছে মৌতিকরঙ্গে। মুতুকী (২) ভরী রাখত ধারি। গোবিন্দদাস পহু যাও বলিহারি॥

( মান্নবা শককদবা )

কৃষ্ণনা লাকইদা অয়ুক্তা যঙ্গোন্দা। যণবীনা পেজৈদা যম্নাউ হরাউজৈদ। কম্না (২) হস্বা হায়না খোংঙি যণবীশিংনা। ফি-ফি কাম্নতুনা চেনশিল্লী যম্নাউনা। যণবীদা লোঞ্জৌ হাপ্লী শ্যাম্না যঙ্গোম শুম্লী। যঙ্গোমগী মরিক চোংলি ফজবা খিবিক ত্তিল্লী। যঙ্গোমদো শুম্বদা পেজৈদো থম্মোইদা। যণবীশিংসু হরাউজৈদা হায়দোকপা ঙমজদেদা। যঙ্গোমগী মরীদো বরিশা নোংশুম্মীদা। জৌ (৩) লাউইদা পেল্লিদো ভাবদা। চকুদো (২) থল্লী মকম মকমদা খিল্লী। সুংশিবা রসনা থল্লী কোমল রস চুপ্লী॥

( সুত্র )

গোদহন হইতে শুবলের সঙ্গে রাই আগমন পথে দৃষ্টি করি রহে নন্দালয় হইতে ভগবতী যাবট উপস্থিতা যটিলাকে দেখা হইল সময়ক জানিয়া রাইক মন্দির করল পয়ান॥

( মান্নবা সুত্র )

যঙ্গোম শুম্না লোইরতুনা শ্যাম নাগর সুবলগা লোয়নতুনা শ্রীরাধিকানা লেংঙকপদা উগদবা মকমদা লৈখরে॥ নন্দালয়

দগী ভগবতী যাবটা থুংলরে ষটিলা উনরে রাধিকানা চেপ্লীবা মন্দির তাম্বা চংশিল্লক্লে ভগবতী দেবী ॥

ভগবতী দেবী সময়ক জানি রাইক মন্দির করল পয়ান। সুতলী দেখলী অতি বিপরিত গুরুজন বচন নামানলভিতী। তপসিনী করলহি করি অনুমানী করি কর পরসি রাই জাগন। চমকি উঠিয়া ধনী থর থরী কাপে পীত বসন তহি সব তনু ঝাপী। রতী বিপরিত চিহ্ন করতহি গোই রাগ বেগত তনু অবেগত হই। ঝুরী (২) কান্দে রাইর অবস্থা দেখি। লাজভয় সকল ত্যেজে। নীজ কান্ত রতীরসে ঘুমে রসবতী ॥

( মান্নবা শককদবা )

ভগবতী দেবী মতমদুগী চানা রাধাগী ইমুংদা চংগুকই হরাউনা। রাধানা তুম্বদো উবদা দেবীনা হরাউবগা লোয়ননা হায়জরকই তপ্পা। হোগৎলোনে হে রাধিকে মতম থেংজিল্লক্লে অসুম ভোনা দেবীনা হোদোকচরক্লে। থংপ্রেক থংলদুনা রাধা ফিংনা হোগৎলে সনাগী ফিগেহুনা হকচাং পুম্বা কুপ্লে। রতী প্রেমগী লীলা নুংদা ওয়রকপা ফিনী রাগনা থৌগনবদো থৌগন্দবা মাল্লী। তুমীন কপচরীদা রাধিকাগী মতৌদুদা। ইকাই ইকি বাংমনীদা। মবুংঙোগী রাথম্নীদা হম্না তুমথখিদা ॥

জাগ (২) রাধিকে অতি বেলা হইল। এতবোলি ভগবতী জাগাইল। রাই জাগাইয়া তবে ভগবতী গেল। হেন কালে বিশাখীকা তুরিতে আইল ॥

( মান্নরা শককদবা )

হৌরো (২) রাধিকে মতম থেংথিদোরে। অসি হায়না ভগবতী রাধাবু হৌদোক্লরে। রাধিকাবু হৌদোক্লয়ে ভগবতী হুনখরে। মতমসিদা হৈশিংলবী বিশাখাদো থুংলরে॥

প্রভাতে উঠিয়া যটিলা আসিয়া রাধার সয়ন ঘরে (২)। জানি সখীগণ যটি আগমন সব থর থরী করে (২)। রাধার সয়ন মোহলে তখন প্রবেস করিতে চায় ঘূমত তুলিয়া প্রবেস করিয়া আখিপা করিয়া চায় (২)। রাধার অঙ্গেতে দেখি পীতবাস চমকিত হয়া চায় ঘূমতা তুলিয়া প্রবেস করিয়া রাই অঙ্গে পানে চায় (২)। রাধে একি দেখি তোর অঙ্গে শ্যামের পীতবাস। কুল বধু হয়া তুমি কইলে সর্ব্ব নাস। ছিছি ছি বধু লাজে মরি যাই। নন্দের নন্দন শ্যামের বসন কেমনে আইল তোমার গাই। কালি সন্ধ্যা কালে যাইতে নন্দের নন্দন তার অঙ্গে দেখিলাম এইযে পীত বসন। লুকায়া (২) চুরাই আশা জাবা করে কালি বুঝি আইসে তোমার সয়ন মন্দিরে॥

( মান্নরা শককদবা )

নোংঙানবা উরক্লে যটিলা হৌগৎলে রাধাবু য়েংলুগে লাক্লে (২)। হনুবী লাকপসী সখিনা থংলক্লে মহৈ (২) ইকিং কিংলে (২)। হায়ৱিদৈ য়োরক্লে ইমুংদা চংঙক্লে রাধাগী মনাক্তা চংলে মাইদো থাংগৎলে মখুৎনা থক্লক্লে লুরাক লুরাক্লনা য়েংলে (২)। খোইশাউনা

য়েংঙক্লে শিগ্রদো উরক্লে অশাউবগী মৈয়মী হেক্লে মমীৎস্থ ভাংঙক্লে রাহৈস্থ থিরক্লে কম্না (২) শাউনা ভাংলে (২)। রাধে সনাকিংগে নত্তবরা শেৎলীবা শারীদো। করি শাজৎ কৌই রাধে লোইনা মাংহল্লেদো। ইকাইজৈদা নৈকাই মমাংদা নন্দগী মচানা শেৎপনী কিগেদি কমদৌনা লৈরম্মী সিদা। ওরাং সন্ধ্যামক্তা উটৈ নন্দগী মচা কৃষ্ণ মানা শেৎপা উরম্মী তশেংনা ইখীৎসিনা। চৎনখীগী রাংমা লাম্না চৎলে থংলে ঐনা লাক্লমগনী শোইয়োই শ্যামগী ওইরিনী তশেংনা॥

( সুত্র )

তাহা দেখি যটিলা দেবী ক্রোদিত হইয়্য বুড়াই বুড়ীকে ডাকি অনি দেখাইব বোলি তুরিতে চলিলা। সেই অবসরে সুচাতুরী সখীগণ রাইর অঙ্গেতে পীতবাস পরিবর্ত্ত কৈল। এথা বুড়াই বুড়ী প্রভাতে উঠিয়া হাতে লরি ধরি চলে নাটিনী দেখি বার যটিলার সনে পথে দেখা হইল বিজ্ঞাসে নাটিনী দেখিবেযদি আইল। তাহা শুনি যটিলা কহে তোমার নাটিনীর কথা কি বোলিমু আর কালি রাত্রি কালার সঙ্গে কেবা ব্যবহার। তাহা শুনি বুড়াই বুড়ী দুঃখিত হইয়া যটিলার সনে আইয়া। রাধার সয়ন ঘরে প্রবেস করিয়া কহে চান্দ মুখ চায়া॥

( মান্নবা সুত্র )

রাহৈ অসি হায়রয়গা যটিলা রাম্না শাউনা নবেল কৌরুরগা য়েংহনগে হায়দুনা কিংনা থোরক্লে। অসুম তৌনা চৎরিভৈগী

চৈরক্তা হৈ-শিংলবী সখীশিংনা রাধিকাগী হকচাংদা খোল্লিবা সনাফিগে অহৃ ওস্থোক্লে। অশোমদনা কমদৌরি থরা চৎলগা মবেল অহৃ লমথাংদা উনরে। যটিলাবু হেক উবদা হায়রকই হে যটিলে ঐগী ইশু মুপী কমদৌরিবগে। অসি তাবদা যটি-লানা শাউনা (২) হমুবী নশুগা রারী হায়বীগে তাজৌ। ওরাং অহিং অসি কালাগা লোয়নন। শান্নরে মসিবু করি ব্যবহার কৌবগে। মসি তাবদা মুখড়া কৌবী মবেঙ্কোনা খা চিক্কনা চৈশু অসিনা হেক্ত মৈরগা লোইরে হায়দুনা যটিলাগী মাং থাদুনা লাকই। রাধিকাগী মনাক্তা লেপ্লরগা য়ান্না শাউনা রাধিকাবু য়েংলদুনা কন্না লাউরকই॥

ওহে নাটিনী কি কহিলে কি না জানি পরমাদ হইলবোলি লোক মুখে শুনি। স্বতী শিরমণি বোলি আহারে বাখানী আমার নন্দিনী হয়ে কৃত্তিকারানী কৃত্তিকা নন্দিনী তুমি রাধা রানী। শ্যামের পীত বসন কেমনে আইল তোমার যে নীল শারী নিল কুনজনে। তাহা শুনি সখীগণ বিনয় করিয়া কহিতে লাগিলা তবে ক্রোধিত হইয়া। বৃদ্ধ হহয়া গেল যদি চক্ষু জ্যতি হীন দুরে থাকি নীল পীত কেমনেতে চিন নিকটে অসিয়া দেখ ভাল মতে পীতবস্ত্র নহে নীল শারীবটে নিকটে অসিয়া দেখ ভাল মতে। তাহা দেখি মুখড়া দেবী লজ্জিত হইয়া আনন্দ নাটি নীরে প্রসংসা করিয়া কেবা বোলে ব্রজ মাঝে রাধা কলঙ্কিনী স্বতী শিরমণি এই আমার নাটিনী অনিমা লঘিমা কিবা সুলোচনা।

আমার নাটিনী কাছে নাহয় তুলনা। যটিলার সনে তবে মুখড়া দেবী নীজ (২) গৃহে দুহু চলিযায় ফিরী। হেনমতে শ্রীরাধার প্রাত জাগরন ইহ রস গান করে এ যদু নন্দন ॥

( মান্নবা শককদবা )

হাই হাই ইশুসা চুম্বরনে তারীবসে করিগীনো নহাকথক্তা রাথোক ওইরিবসে। থাগৎনরী জগৎসিদা নংবু স্বতীনিসে ঐনা পোকপা নমানস্থ মহারানীনিসে কৃতিকানা নহাকসিবু পোকলিবনী দোসে। শ্যামগী সনাফিগে লৈরী করম তৌনা নহাকী অশংবা শারী লৌখি করম তৌনা ॥ রাহৈ অদু তারবদা খল্লি সখীশিংনা শাউনীংবব ফাজিন্দুনা হায়জে ব্যবহার তৌনা অহল ওইবা হায়বসিদি মীৎকী হিদাক কোক্লে অশংবব সনাফিগে ওইনা উবিরক্লে। চংবীয়ু য়েংবীয়ু হায়না লাউজরক্লে। সনা ফিগে নস্তে য়েংঙু অশংবনে। রাহৈ অদু তারবদা যটিলাদো চোপ্লে মুখড়ানা মুংঙাইজরে মশুবু থাগৎলে। কনাননো রাথোক চাউবী হায়না পাউথোকপদো। ইশুতনা স্বতীশিংগী শির মণিনিদো অনিমা লমিমা থৌগল্লিবনীদো। ঐহাকী ইশুগী চাংদম জগৎতা লৈতেদো। যটিলাগা লোয়নদুনা মুখড়া দেবীদো। মহৈ মহৈ ময়ুম তম্না হনখরে অনীদো। মতৌ অস্থুম শ্রীরাধিকা হৌগৎলক্লে তপ্না রসসিবু শকচ্চরিয়ে কোমলনা পেম্না

শয্যাতে সুখমন রাধিকা শয়ন মুখড়া বচন বিশাখা তখন। রাই জাগিলেন মধুর বচন উঠি বসিলেন বিবাদ বচন। রাখাল

গোপাল করায় ভুঞ্জন বাসিনী সেবন সুদন্ত ধাপন। রস প্রকটন করায় শ্রবন স্নানবিভুষন মাণিক্য আসন। সখীসঙ্গে রসোদগার স্নান বেশ মনোহর তবেয়াই উঠিল সত্ত্বর।

( মান্নবা শককদবা )

মুখড়া হনখরে বিশাখা চংজরে লেংখৎপা য়ারে হংগচ্চরুরে। মীকপ থোকচরে য়াহৈদো তারে য়াহৌরে কমজরে য়াথোকসু তারে। রাখ্খাল্ হৌথরে চরা বানখরে সেবা লোইখরে চিনয়া শেংখরে। বর্ত্তি কচ্চরে ধুপ্তো থাজরে মঙ্গল নিজরে য়ারি শায়রে। শেয়া শাবা লোইজরে তফিং তফিং হৌজরে কোমলনা সুংগাইজরে।

( জল কেলী )

প্রাত কালে বিনোদিনী নদী পাওলী। সুবাসিত তৈল লয়া সখীগণ মেলী রাইর বদনচন্দ্র হেরী শ্যাম ভুলী। রতী রসে পুরল দুহুঁ জন মেলী। হেমলতা বেড়ি বেড়িযেন তরুন তমালে। নবজলধর কিয়ে বিজুরী সঞ্চার। দুহুঁ জন মন মনমথ মদন তরঙ্গে। জল মহা বৈঠি করত জলকেলী। তীরে উঠী দুহুঁ নবনব বেশ বানা-ওল রঙ্গে। হেন কালে নর্ম সখি রজনীক বাস। গোপতে দেয়ল (২) তবে সুবলের পাছ। রাইনীল বস্ত্রতবে নীজ সখিলেই। এইরূপে দুহুঁ নীজ (২) গৃহে করল পয়ান। দুহুঁ রূপ হেরী তবে মন্দিরে পয়ান যদুনাথ দাস (২) বোলে দুহুঁ গুণ গান॥

( মান্নবা শককদবা )

রাধিকানা তুরেল তন্নী সখিনা থোগল্লী। সুংশিরবা চন্দন

থাউনী সখীশিংনা থোল্লী। রাধিকাগী মাইথোং (২) পুর্ণিমানী শ্যামগী থম্মোই ঙল্লী। লীলা রস পুংহল্লী পুক্নীং অনী পেল্লী। শ্যাম্না তোমাল ওইরী রাধিকানা সনাগী উরী ওইনা য়েংল্লী। নোংঙ্গু নোংথোং ফুইনা মংল্লী নোংথাংনসু ঙাল্লী। পুক্নীং তিম্নজরী অনীমক্কী থম্মোই (২) পেন্নজরী। ঈশিং য়াইদা শান্নরী সখীশিংনা কোয়রী। ভূমীম্না শিন্নরী মহৈ (২) মোমোন (২) নোক্লজরী। রাধাগী অশংবা শারী সখীশিংনা লোরী। অনীমক্না মহৈ (২) থম্মোই পেন্নরী হন্না য়েংনজরী। সঙ্গাই মুংদা চংনরী পোৎথাক্তুনা লৈরী। রসসিবু চুপচৈ কোমলনা পেঞ্জৈ ঈশৈ ওইনা শকচৈ॥

এ এথা ব্রজেশ্বরী কহে শুন কুণ্ডলতা। তুমি যাইয়া আন সেই বৃষভানু সুতা (এ)। এ শুনী কুণ্ডলতা যাই যটিলার স্থানে। যশোদা সন্দেশ কথা কহিল যতনে (এ)। শুনি সুবদনী অতি হরসিত হইয়া। অনিছার প্রায় বাক্য ব্যাক্ত প্রকাসিয়া (এ)॥

( মান্নরা শককদবা )

এ যশোদনা গোকুল্লোমদা কৌরী কুণ্ডলতা। কৌরুচংল্লু যাবট লোমদা রাধাবু কুণ্ডলতা। এ লাক্লে কয়া কুণ্ডলতা যটিলাগী নাক্তা। লুকহৌনবা য়াহৈ য়াতা তম্নরে কুণ্ডলতা। এ যশোদগী য়াথং তারে যটিলা হরাউরে। রাধে হৌজিক চংপা তারে লুক হৌনবা কৌররে (এ)। এ যটিলাগী য়াথং তারে পুক্নীংদা পেঞ্জরে। চচ্চনীংদবদো শারে তপ্না (২) হায়জরে (এ)॥

যাবনাইরে (এ) সখিহে পরের ভুবন আমি যাবনাই। আপনা মাথার কেশ না জানি বান্ধিতে। তাহাতে পরের ঘরে কেমনে যাইব॥

( মান্নবা শককদবা )

চচ্চরোইয়ে ইতারোই অতোপ্পগী য়ুমদা ঐদি চচ্চরোই। ঐহাক্না খোংবস্থ হৈরোই চৎপদো কাম্নরোই। মীগী য়ুমদা চচ্চরোই ঐদি হৈনরোই॥

যাবনাই (২) ললিতে বিশাখে পরের ঘরে। যাবনাই (২) প্রাণ প্রিয়ে। কে আসে আমার। পরের ঘরে। কুলবতী নারী হয়ে পরের বাড়ি যাবনাইগো সখি নীলমণি কালা হামু কুলবালা॥

( মান্নবা শককদবা )

চচ্চরোই (২) ললিতে বিশাখে অতোপ্পা য়ুমদা। চচ্চরোই (২) চান্নরবী ললিতে বিশাখে অতোপ্পা য়ুমদা। ঐ হৈনরোইদা। মীগী য়ুমদা। শাগৈগী মৌ ওইনা লৈজরিবনী ঐদি চচ্চরোই নীলমণি কালা ঐনা উম্নজরোই।

যটিলা ভুলিয়া রাইরে বোলে রোদন বধুরে লইয়া কুলে। কিবোল বোলিলে রাজার ঝি যশোদা শুনিলে বোলিবে কি আমার সদন যশোদা ভুবন এদুই একই সমুঝ রাধে। গণক গণিয়া কহিল তারে রাধিকা রান্ধিবে তোমার ঘরে। তোমার তনয় ভুঞ্জিবে তার আয়ু জশ বল হইবে কায়। তাহে বিধি যদি যেমন কৈল

মোর ভাগ্যের ফল এ সব ভেল। যটিলার বানী শুনিয়ে ধনী। আভরন সাজে বিনোদিনী॥

( মান্নবা শককদবা )

রাধাগী চৎনীংদা রাহৈ তাবদা হায়রকই যটিলা শ্রীরাধিকাদা। যশোদা রানীনা রায়ৌখিনীদা থোইনস্থু রায়োইদা চৎতয়ারোইদা। গোকুলগা যাবটকা অমত্তনিদা মতম হৌখিনিদা চিংনগন্নুদা। থনথৈ থল্লুরগা থারকপনিদা ঐবু চানবীদুনা হায়রকপনিদ্রা। রাধে নংনা থোংবা চাক্তো চাবদা মচাগী মপুন্সি শাংনবনীদা। বিধিনা ঐহাকপু ফনা শেম্মীদা রাধে নংবু ইমৌ ওইবা ফংজিদা। যটিলাগী য়াথং ফংজরবদা সখীশিংগা ফিজেৎ লৈতেংজরেদা॥

( যাত্রা )

বৃষ ভানু সুতে যাত্রা করিল চলে গজ গামিনী। আহেরিনী বালা সঙ্গিনী রঙ্গিনী। শ্যাম নাম জপে ধনী চলে গজ গামিনী। চলিল কুল বালা মোহিতে চিক্কণ কালা সমান (২) চলেরে। কান্তাশিরমণি ধনী ভাবে নীল কান্তমণি যাইরে চান্দের মালায়ে॥

( মান্নবা শককদবা )

লাক্লে শ্রীরাধিকা যাত্রা তৌদুনা সখীশিংগা লোয়ননা। চায়রবীশিংনা পুমকোই কোয়শিন্দুনা। চিন্দ শ্যাম শোয়া (২) লেংওক-লেদো ভগ্না (২)। শক্তমস্থু মায়েনা শাওং-শাদা মায়জেনা থাগী মচেৎ শাহুনা। শ্যামগী থবাই ওইবিনীনা তমজে শরৎ পুর্ণিমানা ভারে মাইথোং থাজনা॥

( রসো দ্গার )

তখন শ্রীমতি রাধিকা প্রতি অঙ্গেতে। সব রজনী বিলাস চিহ্ন বোল কোনে কুণ্ডলতে। পরি হাস্য নিমিখ অত্যন্ত মন্দতনু প্রফুল্লিত। বোলিয়াছেন হেদেগো শুন্দরী রাধিকে ॥

( মান্নবা শককদবা )

সখীনা শ্রীমতি রাধিকাদা হায়জরী। ওসি শাম্নবা লীলাগী খুদম তশেংনমক উহনবিরী। নোক্না হায়না রাহৈনা ইবেন্মদা হংগচ্চরী। কুণ্ডলতা হরাউজরী রাধকাদি খোইরাংজরী ॥

( রসো দ্গার )

চিরদিন তুয়াপর্তি গোষ্টেতে গমন মতি। নখ চিহ্ন কেবা বুকেদিলা। অন্তরে সহিতে হাস সদা গদ গদ ভাষ। সবতনু ভোগচিহ্ন ধারি ॥

( মান্নবা শককদবা )

মতম অসুক কুইবদগী ওসিদা উবা ফংজৈদা। খুজিলমকী মকম ওইরীগদ্রা। নত্রগা ভিংথংনা খোংথিববু ওইরীগদ্রা। থল্লুরগা পেজৈ থম্মোইমুংদা ॥

কুণ্ডলতা কহে সোই দেখ এই সাক্ষী স্বতা অধরে দংশিল কেবা কুচ্চে বিদাধিয়া। কুন্দলতা পারিহাস্য শুনিয়া ললিতা কহে ললিতা কুচ্চযুগ ডারিস্ব মানে দংশিল কিরন পক্ষি। হেদে

সখি কুণ্ডলতে সাক্ষী স্বতী শ্রীরাধিকা নন্দের নন্দন চিক্কণ কালা যার চিহ্ন নহে জ্বালা।

( মান্নবা শককদবা )

কুণ্ডলতা সখিনা হায়জরকই য়েংঙু ইতা স্বতীশিংনা ইবেম্মবু শোইরোই নোক্নখিনী। ৱাহৈ অদু তারবদা খুমলকই ললিতা তাউনে চান্নবী কবোই মক্নী থল্লুদুনা উচেক্না খোৎখিবনী। চান্নরবী কুণ্ডলতে স্বতীমক্নী চিংনগনু গোবিন্দগী চিহ্নত্তে ইতা অওইবনী॥

অধরে হয়াছে ক্ষতো সাক্ষী হয়া এ চরিত্র। কেবাসে দংশিল মুখে হে। কেবা কুচে দিল নখেহে (২)। ব্রজের মাহে তুমিস্বতীহে। ব্রজের মাহে তুমি স্বতী ক্ষাতী অযুক্তীহে॥

( মান্নবা শককদবা )

স্বতীনী হায়নবনীসে য়েংঙু ইতা চিহ্ন অসে। চিনবান-থোংদা উবা ফংঙিসে। ফত্তেদকো ঐগী মীৎসে থম্মোই অসে চিংনহল্লিসে। ব্রজসিগী স্বতীনিদোসে। স্বতীশিংগী মবেম্মনী হায়বা মতিক চাদেসে॥

এমন শ্রীমতি রাধিকার প্রতি অঙ্গে কুণ্ডলতা। তার অত্যন্ত পরিহাস্ত ভাষা শ্রবনে ললিতা। বোলিয়াছে হেসেগো সখি কুণ্ডলতে। রাই প্রতি অঙ্গে নাহি কলঙ্কাঁ তাহে কি কারনে করিব শঙ্কাঁ॥

( মান্নবা শককদবা )

অসুম্না শ্রীমতি রাধিকাবু ষেংলুরগা কুণ্ডলতানা। ওমথৈ লৈতনা নোক্ল রাহৈ রাতা তাবদা ললিতানা। হায়জরকই চায়বী ইতা কুণ্ডলতে। শ্রীমতি রাধিকাগী হকচাংদা করি অমত্তসু চিংননীংঙাই লৈতে ॥

করক কল খিন্নাস্য কাননে ধৃষ্ট কিরস্তন মমুপনি বিষ্ট বিম্বাধর ভ্রমেনো। অদসদধর মুচ্চে স্তন নখা চিভিতং তৎহ্রদি মিদমুছা কিং বৃথা শঙ্ক লেতং ॥

( মান্নবা শককদবা )

মুল্লবা কবোইনী চাবদা হাউগনী খন্দুনা তেন্নবানা পাই-রক্তুনা ভোংখিদো শ্রীমতি রাধিকাদা। উচেক ওইবা মহৌশা থৌরাং খুজীল তরানা খোৎথিবা খুজীল মফম্নী চিংননু শেংলবা স্বতী সাধ্বীনীদা ॥

শুনী রাধা তুহার বানী কৃষ্ণ প্রেম মনে গুণী কল্প হইল পুলকিত অঙ্গে। ললিতার স্কন্ধে ধরি অশ্রুমুখী হেরী (২) বোলে রাই প্রেমের তরঙ্গে ॥

( মান্নবা শককদবা )

রাহৈ অহু তাজরুরে কৃষ্ণ প্রেমদি অহোইনরে তনিকচরে হকচাং তুজুংজরে। ললিতাদা কোঞরুরে মীৎকী পিনা শিস্থজরে ভপ্না (২) সখীদা হায়জরে ॥

( রসোদ্গার )

সজনীগো সোই পাছুরিতে নরি কালা কহ্নুর পিরিতি। সুঙেঙারিতে প্রাণ কান্দে করিব কিরিতি। হিয়ারে হইতে পিয়া সেজে না সুয়ায়। মুখে (২) বুকে (২) রজনী গোঙয়ায়। তনু পরসলাগী আভরন ত্যেজে। চরণ যাবক মুছে দেখি পাই লাজে। নিশি অবসান জানি কাতর হইয়া। দৃঢ় করি বান্ধি-গলে ভুজলতা দিয়া। অরুণ উদয় দেখি পড়ে প্রেম কান্দে। মুখেমুখ দিয়া পিয়া কত জানি কান্দে। ঘরে অসিবার কালে পড়ে প্রেম ভাস। তেইসে এমন দেখি কহে জ্ঞান দাস॥

( মান্নবা শককদবা )

শোয়বিরীদো নোক্নবিরী শ্যামগী প্রেমদি কাউবা ঙম্মোই-দোরী। খল্লুরগা অহোইনরী রাথোকসু ওইবিরী। কুঞ্জদা য়োজরে ঐনা ফংলে চরণ রানা। চরণ থোগজরে ঐনা লেঞ্জে অহিং চুপ্পা। প্রেম্না থোগজেদো ঐনা থম্মোই অসে পেম্মা। নৌজৈ ননীদগী হেম্না কল্লি খুৎনা থোইনা। অহিং লোইখিগনী খনবা পুক্নীংদা রাজবা। ভগৎসিদা কংঙমদবা কংজৈ চরণ সেবা। উরে চিংথৈ কিহুপ লাক্লে রাবা থোইনা হেন্নে। চরণ থাদোকনী থক্লে কপচরগা লেপ্লে। য়ুমদা হয়রম্নদাই ওইরে হয়া য়েংনজরে। মতৌ অসুম লেম্নজরে কোমলনা শকচরে॥

বৃষভানু দুলারী সবহুঁ সখীনী সঙ্গ নন্দ ভুবন মাহে আয়ে।

কিয়ে পদম্বিনী মালা কিয়ে শশোধর মালা। দক্ষিনে ললিতা আগে কুন্তলতা বামে বিশাখীকা মধ্যে শ্রীরাধিকা। পাছে সহচরী সব ছারি ছারি। রানীর সন্মুখে অসিয়া সুন্দরী মোহন গৃহের মাহে। যশুরা রানী হেরীয়া ধনী হরখি ধরহি করহি কর। শেযে রসবতী করিয়ে প্রনতী। রাই মুখ সুমাধুরী নিরখি প্রনয় ভরী। চুম্বয়ে মুখ খানী নিঝর ঝরয়ে রানী। দেব পুরন্দর যিণি তার ঘরে রন্ধন মন্দিরে সাজে। সুগন্ধি ওদন বিবিধ বেঞ্জন রাধিকা রন্ধন করে। সহস্র প্রকার বিবিধ আচার রাই সমর্পন করে। কাহ্নাই বলাই মেলি দুসুভাই সখাগণ করি রঙ্গে। মুখবাস করি পালঙ্ক উপরে সয়ন বরিল রঙ্গে। অব শেয অর্ন্ন কারণু ভুঞ্জন রাই সহচরী সঙ্গে। বিবিধ মীঠাই অঞ্চলে ভরা (২) দেল। যশুরা রানীতে প্রনতি করিয়া সখীগণ সঙ্গে ফিরা আইল ॥

অলখিতে আওল অলখিতে গেল নগরকলোক লখই নাপারী। ঐছে গতা গতী করে সুকুমারী ॥

লাক্লে সখী পুম্বগা লোয়নবা হরাউনা রাধিকানা নন্দভুবন্দো তমহুনা। সখীলক্তা রাধিকানা পুর্ণিমানা ভানবগুম্না। য়েংতনা ললিতা মাংদা কুণ্ডলতা ওইদা বিশাখীকা ময়াইদা রাধিকা। হায়নরী কাগিকা শামরী বারিক।। মাইয়োকনৈ যশোদা হরাউজৈ পুক্লীংদা হরাউ তয়াম খুরুমজৈদা। রাধাবু উবদা নুংঙাইজৈ থম্মোইদা রাধিকাবু চিংনা য়েংজৈদা। যশোদাগী মাংদা হংগোইনা

লৈরেকলো। রাধিকাদা য়েংলৈনা যশোদানা পেন্না পেন্না। চুম্বিরা পেল্লতুনা মীৎকুদা ঈবৌই প্রেম্না। ইবুংঙোগী কুকহ খোংদা ওইনা তপ্না চংওক্লে বালহৌশং তম্না। মনম্না কারেনা য়েনসাংগী মথেম্না লুকহৌজেদো থবাই ম্নাউনা। মথেজ্ন্ রাশ্বিনা মীঠাইস্সু ম্নাউইনা রাধিকানা কচ্চয়েনা। কাহ্নাই কলাই কাইরা সথাশিংনা হরাউজনা চাজরিনা। কোয়শিন্না কয়েনা কাকুনা চাবেনা পেলৈয়ে সথাশিং ময়াম্না। চিনম্না শোংহৌরেন্না শয্যাদা চেপঞ্ৰেনা মবুংঙোনা পেল্লতুনা। থনম্মি লেমতুন প্রসাদি ফংজৈনা সখীশিংগা রাধিকানা। হাউরবা মীঠাই লহু বড়াকো পিন্নিরীনা। যশুরা রানীদা খুরুমজে রাধানা সখীশিংগা লাক্লে অমুক হন্না॥

মতৌ অসুম তৌনা হন্দোক হজিন ওইনা পোৎখাবা লৈতনা রাধিকানা। কোমল ননাইনা শকচৈ পুক্নীং পেন্না॥

চলিলা সুন্দরী যটিলা পুরী ফিরী (২) চায় নন্দের বাড়ি।
একই স্থানেতে নাদিল বিধি কেমনে দেখিলাম দারুন কপাল।
নয়ান ভরিয়া মুখ না চাইল কেনেবা বন্ধুরে ছাড়িয়া আইল।
শুনহ ললিতা আমার প্রিয়ে আসিতে যাইতে বেদনা পায়ে।
এইমতে কত বিলাপ করি সখীগণ সঙ্গে ফিরিয়া আয়ে।
যটিলা চরণে প্রনতি রাই যতুনাথ হেরী আনন্দ হয়ে॥

( মান্নরা শককন্দবা )

হল্লক্লে রাধিকা যাবট্রে তক্না নন্দগী সঙ্গাই থনমক্লনা।

ওহোকই বিধাতা তম্বীদে নংনা তোল্লবী ঐনদি নৈজনীংঙিনা। মীংসিনা পেম্নবা য়েংজবা ওমদে তোল্লবী ঐনদি হন্দবা য়াদে। তোল্লবী রাধাগী পুক্নীং পেজদে চংথোক চংশিন ওইনা চংতবা য়াদে। মতৌ অসুম বারি শাম্নজেদোসে যাবটকী লমদমদো য়েৌরক্লেদোসে। যটিলা চরণদা থুরুমজেদোসে কোমললনা পেম্না শকচরীদোসে॥

মতাং অসিদা শ্রীগুরুদেবগী কৃপাদগী নমাইনা কাজবা গুরুজনগী শৈশক্তি মতাং অসিদ লোইজরে। মথা অসিদদি পুর্ব্বাহ্নগী ঈশৈ খরা অমুক ইজরক্নী॥

## ( পুর্ব্বাহ্ন গৌরচন্দ্র )

## রাগ কামোদ

পুর্ন্ন অবতার গৌরা আমারে নদীয়া বিহরে। রাধা ভাব বিভাবিতা সেবরন ধরে। প্রভাত সময় দেখি অঙ্গিনা দাঢ়ায়। অরুন নয়ানে ধারা প্রেম বহিযায়। পুরুব ব্রজের লীলা মনেতে পড়িল। কোথা ব্রজেশ্বরীবোলে সঘনে ডাকিল॥

কোথা ব্রেজেশ্বরী বোলে সঘনে ডাকিল। (২) গোষ্ট যাইতে বেলা হয়েগো। গোষ্ট যাইতে বেলা হয়েগো রাখাল বেশ সাজাই দেয় মাই। চুড়া ধরা আনি দেয় হাতে শিঙ্গা বেনু ধবলী সবালী কালী কোথা যত ধেনু। কোথায়ে শ্রীদাম দাম সুবল বসুদাম কোথা মধুমঙ্গল সখা কোথা বলরাম॥

( মান্নরা শককদবা )

প্রেমগী শক্তম্মা ওইবী পুর্ণিমা কোকহল্লি অমম্বা। রাধা (২) কৌরী ভোয়না পাম্বোম থাংগৎতুনা। লেপ্পী গৌর রাখন ভৌনা থৌগল্লি ভক্তনা। চোৎলে হকচাং মীৎকীপিনা কপ্পী গৌর হিক্লা। মমাংঙৈগী ব্রজ লীলা নীংশিংলে প্রভুনা। কদাইদনো ইমা হায়না কৌরিয়ে গৌরনা॥

কদাইদনো ইমা হায়না কৌরিয়ে গৌরনা (২)। মতম ওইরে ইমা ষণ শেনবা। মতম ওইরে ইমা ষণ শেনবা ফিজেৎ লৈতেং-বীরো ইমা। চুড়া ধরা হাপচিনবীরো শিঙ্গাবেমু পীরো ষণবী যম্নাউ কদাইদনো বিদায় পীরো ইমা। মুংশিরবা সথাশিং সুবল বসুদাম শ্রীদাম সুদাম মধুমঙ্গল তাদ বলরাম॥

( অওনবা )

ওই ধবলী (৩) সবাঙ্গী কালী সুরভী ডাকেয়ে। আজ খেলিবারে ব্রজের খলা খেলিয়ায়ে। ঘন (২) শিঙ্গা বেমু। নিত্যাই ডাকেরে বোল বেঢ়ায়ে (২)। আজ জানত যাবে। কে কে মন বোলে। ব্রজের খেলা কান্ধে চঢ়া চঢ়ি নদের খেলা ধুলায়ে গড়া গাড়ি। ব্রজের ছিলাম বাঁশীরগান এখন বাঁশী কোথা পাব আজ নদের খেলা কেবল হরিনাম॥

( মান্নরা শককদবা )

ও ধবলী (৩) সবাঙ্গী কালী সরভী কৌরক্লে। মতম

ওইশিন্নক্লে। সখাশিংবু কৌজনক্লে। কম্না (২) বেনু খোংলে। নিত্যানন্দ উরে বলাইনী থনক্লে। বন্দ চৎলম্মি খেংক্লে। কনা কাংলী হংলে। বৃন্দাবনদা শান্নখিবা লীলা গৌরাঙ্গনা খল্লোইদা নীংশিংলক্লে। ঐগী বাঁশী কদাই পীযু কাননা নিজনক্লে হিক্না ইমা ইমা হান্নজুনা কৌন্নক্লে।

## ( তাঞ্চপ )

অপরূপ আজু গৌর কিশোর। (২)। আজু গৌর কিশোর অপরূপ গৌর কিশোর। (২)। পূর্ব্বরঙ্গ সময়ে ভাবে মনেতে বিভর। পুরুব সুঙরী (এ) গৌর মনে ভেল গোষ্ঠ বিহার গোষ্ঠে যাইতে আকুল হয়ে পড় (২) গৌর হিয়ে। কাহা মোর প্রাণ সখা শ্রীদাম সুবল কাহা মোর পীতবাস সুদাম মধুমঙ্গল। ধবলী সবালী কালী কোথা যত ধেনু কাহা মোর ধরা চুড়া কাহা মোহন বেনু। ইবোলিয়া গৌরাচান্দ ঝুরয়ে নয়ানে ঐছেন গৌরাঙ্গ ভাব বাস ঘুষ গায়ে॥

## ( মান্নবা শককদবা )

অঙকপনী ইতা গৌরগী মীৎতা। (২)। ইতা গৌরগী মীৎতা (এ) অঙকপনী গৌরগী মীৎতা। (২)। পূর্ব্বাঙ্গগী রাখল লাক্লে হিক্না (২) কপলে। যণবী যন্নাউ খিজনক্লে গৌর (এ) কৌজনক্লে চাম্নবা সখা মতম ওইরে চৎলসীগবা বন্দা যণ শেনবদো। কদাইদনো ঐগী মরূপ শ্রীদাম সুদামদো কদোমদনো মুংশিনবা তাদ বলরামদো। ধবলী মবালী কালী কৌনক্লে

কপ্তু্না কোয়না (২) চেল্লতুনা হংজৈ তোয়না (২)। মতৌ অসুম গৌরনা কপ্লে হিক্লা (২) রসসিবু শকচয়ীয়ে কোমল ননাইনা॥

গৌর কিশোর পুরুব রসে গড় গড়। মনে ভেল গোষ্ঠ বিহার। দাম স্নুদাম স্নুবল বোলি ডাকই (এ) নয়ন গলয়ে ঘনবারি। বেত্র বিশাল সাজ লেই সাজহ যায়ব ভাণ্ডির সমিপে। গৌরিদাস সাজ করে তৈক্ষনে গৌর নিকটে উপনিতা। ভায়া অভিরাম বদনে ঘন বাওই নোপুর চরণহিদেল। নিত্যানন্দচন্দ্র পহুঁ আগুছারি ধবলী (২) ধনী কেল ওই ভাবাবেশে। নদীয়া নগর লোক সব ধাওত হেরইতে গৌরকরঙ্গ। দাস জগন্নাথ ছান্দ বহনী যায়ব সব অনুসঙ্গ॥

( মায়না শককদবা )

গৌর হরিনা ব্রজগী ভাবতো নীংশিংলক্লে। মণ শেনবগী রাখল তৌরক্লে। দাম স্নুদাম স্নুবয়া চিংবা কৌরক্লে (এ) মীৎতগী পিরাংনা শিন্থরক্লে। থেংখরে ইমা শাজৈ পীয়ো ইখুৎতা চৎলগে ভাণ্ডির মনাক্তা। গৌরিদাস গৌরগী মনাক্তা লাক্লে থৌগল্লে মথম্নতা। ভায়া অভিরাম কৌতুনা কপ্লে ওল্লক্লে লৈমাইদা গৌরাঙ্গপ্রভুনা। নিত্যানন্দপ্রভু ভাবনা জাউরতুনা ধবলী (২) কৌরী তোয়না কপ্লী হিক্লা (২)। নদীয়াগী মীপুম খুদিং ওল্লতুনা য়েংজৈ মহৈ (২) হরিবু শোজৈ। শকচ শোজবত লেপ্লা পামজৈ কোমলনা পিনবীয়ু নিজৈ॥

গোরা প্রেম জল (২) নয়ন যুগল কত নদী বহে ধারা। ভাবের গতি বুঝাই নাপারে। পুলকে পুরল কলেবর ধরনী ধরিতে নারে। সৌন্দর্য্য কাম কোটি দমিত বদন কৃষ্ণ প্রেম বিভর, বিভুষনাঙ্গ হরি সঙ্কীর্ত্তন মদাদি লোলং (২)॥

( মান্নবা শককদবা )

গৌর কপ্নি হিক্লা (২) শোল্লি হরি তোম্বনা (এ) ব্রজ প্রেম্না (আ)। ব্রজ ভাপ্তা ঙাউরে গৌরাঙ্গনা। কদমগী মপানগুম ভুজুংলক্লে লৈমাইদা থোক (৩) ওল্লে। ফজেদা কাম কোটি ঙমজবা গৌরনা কৃষ্ণ (২) তোম্বনা (২) শোল্লক্লে হরি সঙ্কীর্ত্তনগী ময়াইদা ওল্লে (২)॥

বংশীদাস কহে গৌরা ভাবের আচরি। সেই ব্রজনাথ কৃষ্ণ গৌর অবতরি। বৃষভানু নন্দিনী প্রেম স্বরূপিনী সেই ভাব রস আস্বাদিতে গৌর। রাধাঙ্গ পরসে ভাবিনী লালসে বাহিরে শ্রীগৌর অঙ্গ। অন্তরে চিক্কণ নীলমণি ঘন বাহিরে বাকা ত্রিভঙ্গ। সেজগ মোহনরূপ শ্রীরাধিকা ভাব কান্তি। কটি পীত ধরা শিরে শিখি চুড়া শ্রবনে মকরা কৃতি কুণ্ডল ঝলমলিয়া। ভুজ মূলে তাল কণ্ঠে পরহার হস্তে কঙ্কন চরণে নোপুর বোলিরে॥

( মান্নবা শককদবা )

বাঁশী পাম্ববা শ্রীকৃষ্ণনা পোক্লে গৌর ওইনা। শংবান্নবা

কুচুহুনা ঙালে সনা ওইনা। ভানুনদি পোকচবী প্রেমগী লক্ষ্মী ওইবী রাধিকাগী প্রেমগী লমন শিংলি মানা। শরৎকী পুর্ণিমা ঙমজবা মাইথোংনা কোকপিরী অমম্ব লায়না। থংহল্লোই হায়দুনা লোৎলী মানা চেৎনা সুংশিবা ব্রজগী কৃষ্ণ। অনীনা অমত্ত ওইনা ঙাল্লরীয়ে গৌরাঙ্গনা। সনাফিগে থোনবা কোক্তা রাহোং চুড়া নাপদ ঙাঃ কিহোম শাবা নাইমা শৈভেং ঙম্মিনা। রসসিবু চুপচরী থম্মোইতনা শকচ শোঞ্জবা কংজগে নিজরী কোমল ননাইনা॥

মতাং অসিদা গৌরাঙ্গগী ভাবি কয়ামরুম শকপা য়ারি অদুদগী রস লৌথরগনী॥

( সুত্র )

শ্রীদাম সুদাম আদি গোপ শিচুগণ নন্দের মন্দিরে অসিয়া বোলে শুন নন্দরানী অতি বেলা হয়ে গোষ্ঠ যাইবার সময় হইলে বিদায় দেয়গো মা নন্দরানী।

( মান্নবা সুত্র )

শ্রীদাম সুদামনচিংবা গোপ অঙাংশিংনা নন্দগী সঙ্গাইদা লাক্লে হায়জররে যশোমতী মমাদ। মতম থেংথিদোরে মণ শেনবা বিদায় পিনবীরো ইমা॥

( আজ ) দে মাই দে বিদায় আজ আমার দেমাই দে

বিদায় রাখাল দুঃখ দেখি মনে বর দুঃখি। যতহ রাখাল হয়েছে বিকল তোমার নন্দন রাখাল জীবন বিনে নটরাজ গোষ্ঠ কিবা কাজ। আজ বিদায় দেয় (৩) মা। কহে হল পানি শুন নন্দরানী তুরিতে সাজাহ প্রাণ নীলমণি। বংশীধারি। না দিলে না যাব সব আজু গোচরন। না দিলে নাযাব আজুকি গোষ্ঠে দাবানলে কে করিবে সহায়॥

( মাল্লনা শককদবা )

হে ইমা বিদায় পিনরীরো হে ইমা বিদায় মতম ওইরে কাহ্নাই পিনবীরো। জাতিগী চৎনবী ধর্ম্মগী হৌনবী গোপনা যণ শেনবা বিধিনা শেমলী কাহ্নাইবু য়াউদনা ঐখোই চৎলোইকো। বিদায় পীবিরো (২) পিনবীরোকো। থেংখিগনী ইমা কিজেৎ লৈতেংবীরো পিবীরো য়াথংদো চচ্চরগে বন্দ। পিবীদরে কাহ্নাই ঐখোয় ময়াম চৎলোইকো। খুরুমজরী ঐনা নুংশি হৈবী ইমা শেন্থীরো ঐবু চানবীয়ুকো॥

নন্দের মন্দিরে আজু উঠিল মঙ্গল (২)। সব সখাগণ আসি হইল উত্তরল (২)॥

( মাল্লনা শককদবা )

নন্দগী সঙ্গাই পুল্লী হরাউ তথ্যাম নিল্লী (২)। গোপ অঙাংশিংশু তিল্লী বিদায় নিজরক্লী (২)॥

( সুত্র )

শ্রীদামের বানী শুনী যশোমতী নন্দরানী শ্রীদামের মুখ হেরী কহে মধুর বানী ॥

( মান্নবা শককদবা )

শ্রীদামগী ৱাহৈ অসি তারবদা যশোমতী মমানা শ্রীদামু য়েংলদুনা হায়রকই ॥

শুনহ শ্রীদাম আজ রজনী দেখিলু এ সপনে। আজ রজনী (এ) অদ্ভুত লক্ষণ। সপন কথা বোলতে নারে। দুঃখের। আজ নিশি দেখায়াছে কালিন্দীর জলে। যত অমঙ্গল মানি মনে পড়িয়াছে প্রাণে ধুক ধুক। কালিন্দীর জলে ভাযায়ে ভুষন না দেখিলে প্রাণ নীলমণি। না যায় (২) বাপু অজুক সপন মোর কি ফল হবেরে। দুগ্ধের বালক মোর ফিরে গহনবন এ বৃত্তি মোর গোপ জাতের ধিক ॥

( মান্নবা শককদবা )

ৱারৌমু শ্রীদাম চৎপা য়াদেকো ঙসি পুক্নীং চিংনৈকো। চৎপা য়াদেকো (অ) ওম্মোকপনীকো। অঙকপনী ঐগী মড়দো। ফৎলোই। ধুম্রকেতু উরম্মীদো যমুনা চাউরম্মীদো। অতি-য়াগী থরামীচাক তাইদে। নৈপাক্তা থবাই ৱাজৈদো। শারী ভাউথখিদো ঐবু ঙকহল্লীদো ইমা ইচা কাইনহল্লমীদো। চৎখিমু (২) বাপু ঙসিগী মঙদো কৱি ওইগবনোকো। অমৃতগী রস

কোত্তি ইমা চিংনজেকো ওঙ্খোকই গোপ ওইবননীকো ॥

শুনু শ্রীদাম বাপু কিবা তোমার মাই মায়ের মত অত্রা নয় এমন কঠিন হৃদয়। তোকে পাঠায়াছে নিতুই গোচারন ॥

( মান্ননা শককদবা )

তাউনে শ্রীদাম বাপু নংবু নমাগী মতৌগুম্বী ঐহাকী থম্মোই নত্তেনেকো ॥

( সুত্র )

মায়ের বানী শুনী শ্রীদাম কর কৃতাঞ্জুলী করি কহে গদগদ বানী ॥

( মান্নবা সুত্র )

মমাগী ৱাহৈ অতু তারবদা খুৎলোয়দুনা শ্রীদাম্মা নিংথিজবা ৱাহৈনা হায়জরকই ॥

( মান্ননা শককদবা )

দুঃখ ভাবিয়না (২) তোমার পুত্র ধন গুণ অত্রা জানে। অত্রা মিলীয়া ধেনু চরাই কোথা বনে কুন দেব আসিয়াছি কান্হাই বলাই ররশনে ॥

( মান্ননা শককদবা )

ইমা ৱাবীমু চিংনমু তোবা ঙম্বা নচানী ঐখোই থংজি। ঐখোই তিময়ে বন্দা মণশেন্নে মগুণ লৈয়বা লাই কয়ানা কান্হাই বলাই থুকমজখি ॥

( সুত্র )

শ্রীদামের বানী শুনী যশোমতী নন্দরানী মণিময় আভরন সাজেদিল নীলমণি কে ॥

( মান্নবা সুত্র )

শ্রীদামগী বাহৈ অসি তারবদা যশোমতী মমানা নিংথিজবা আভরন পুথোক্লুনা ফিজেৎ লৈতেংবিরে ॥

আমাই যাদবরে হা হা প্রাণ নীলমণিকে। তুমি আমার জীবনের জীবন তোমাবিনে আর কেমোর আছে। তোমার বিরহানলে এত কাল কেমী সহে ॥

( মান্নবা শককদবা )

ঐগী যাদুমণি (ই) ইমাগী ফিজিগী মণিনী (ই)। নংনা ঐগী থবাইগী থবাইনী নহাক্তনা ঐগী লমী। ইচাবু কায়নবা তারী ইমানা করম লৈহৌনী ॥

( সুত্র )

এত বোলি যশোমতী নন্দরানী পুত্রের মুখ হেরী (২) বারে (২) করিল চুম্বন ॥

( মান্নবা সুত্র )

অসি হায়রদুনা যশোমতী মমানা মচাগী মাইথোং য়েংলদুনা চুপ্লিরীরে হন্না হন্না ॥

মুখ ধরি চুম্বন করতহি পুন (২) নয়ন গলয়ে জল ধারা। চান্দ বদন হেরী (২)। চূড়া ধরা হার তার যতনে বান্ধিল (২) ॥

( মায়না শককদবা )

মাইথোং থাদো য়েংদুনা হয়া (২) চূপ্লিরীয়ে মীৎলুদগী শিম্বু শিম্বুরীয়ে। পুক্লীংদম্বু পেঞ্জরীয়ে। চূড়া ধরা হাপ্লিরীয়ে লিক কোন শিবিরীয়ে (২) ॥

( সুত্র )

বেশ বিভুষন সমাপিয়া নাচহ প্রাণ নীলমণি যত নাচে ততদিব ক্ষির ননী ॥

( মায়বা সুত্র )

ফিজেৎ লৈতেংবীবা লোইরবদা জগোইদো কজনা শারো ইমাগী ইবুংঙো অহূকী মথৈ ফজনা শারগা ক্ষির ননী ইমানা পিজগনী ॥

নাচরে (২) আমার রাম দামোদররে। যত নাচে ততদিব ক্ষিন ননী শররে। আমি নাহি দেখি বাচা নাচ আর বাররে। গলায়ে গাঠিয়া দিব মণিময় হাররে ॥

( মায়না শককদবা )

শারোনে (২) জগোই রাম যদুমণি। য়াম্না শারে য়াম্না পিনী লদু বেড়া নবনী। শাত্রবদি পিজরোইনে শারো (আ) পিরগে ননী। ইচাগী ফজবা ওক্তা মণি পরেং শিবিনী ॥

( অওনবা )

আমি নাহি দেখি বাচা নাচ আর বাররে। গলায়ে গাঠিয়া দিব মণিময় হাররে। যত নাচে ততদিব ক্ষির ননী শররে। নাচরে (২) আমার রাম দামোদর॥

( মান্নরা শককদবা )

জগোই শারো যতুমণি থেক্কা নোনা। ইমা য়েংগে শারো জগোই মণি পরেং শিবিগেনা। লৈনা (২) চোংনা (২) শারো জগোই নিংথিনা। শারোনে (২) জগোই নচিন ননাউনা।

নাচরে দুলাল মেরে ওইগোপাল নাচ দেখিগো। নাচিয়া (২) ফিরি অঙ্গিনাটে যেমন রই ভোর মনে তোমার নাচন দেখিয়া মনে আনন্দিত হয়। ননী দিব মাই চান্দ বদন। নাচিয়া জনক সাফল্য কৈল আমার বচন তোমার নাচন দেখিতে আইলা অঙ্গি নাটে ব্রজ বধু রমনী গণ। রাম প্রসাদ বোলে শুন নন্দরানী একি ভাব পড়িয়াছে মনে ধ্যান নাপাইলা ব্রহ্মা হরা হরি সেই গোপাল তোমার ঘরে.

( মান্নরা শককদবা )

শারোনে (২) থেক্কা ও গোপাল শারো নিংথিনা। শারোনে কজনা লৈনা (২) চোংনা ইমা য়েংগে গোপাল নংগী জগোইদো উরগা থম্মোই পেজরগে ননী পিজনী ইমানা। তাঙা নেক্কা পুংলোন খোংলোন খুৎথেক শাংথেক মীয়েং নায়েং নিংথিনা

নংগী জগোইদো উবদা পেল্লী থম্মোই পূত্থা ব্রজসিগী অহল লমন-শিংনা। হায়জৈ কোমলনা তাবীয়ু ইমা করিগীনো চিংনবিরীবা নীংথদা কংওমদে ব্রহ্মা শিবমরক্না অদুগুম্বা হরিনা নচা ওইরীনা॥

নাচ একবার বার (২)। বাচা তাদৃমি (২) ততা থৈয়া থৈয়া বাজিসে মৃদঙ্গ তা থৈয়া থৈয়া প্রাণ যদুমণি। বর বাঞ্ছা হয়াছে তোর মাউ ছারি ছারি নারি সোভাকা এক্ষির নবনী থররে থর নানা চিলে ননী নাদিব তোর প্রাণ যদুমণি। ব্রজ বধূ গণ চায়া (২) রইলাম কে ভুলিয়াছ এশীঙ্গা মুরুলী থররে থর জনম সাফল্য কররে কর প্রাণ যদুমণি।

( মায়না শককদবা )

শারো ফজনা শারো নিংথিনা। জগোই তাল্লাগা খোং-থাংগা খুৎথেক্কা চানা থৈরীয়ে মমানা তাথেস্তা থেস্তা শারো যদুমণি। নংনা পীয়ু হায়বদো পীগনী ইমানা শোইরোই (২) থেক্না শারোনে অহাউবা যঙ্গোমগী ননী মাখোমচিংবা শাত্রবদি পিক্তরোইদবনী শারো যদুমণি। ব্রজসিগী মো অহল ওইবীশিংনা পূক্নীং পেন্না জগোইদো উবদা থাগৎলী তোয়না পোকচবগী মহৈ য়াল্লবনী শারো যদুমণি।

নাচে মন্দ (৩) নন্দের দুলাল। নন্দের দুলালিয়ারে। তাতা থৈ থৈ বোলয়ে নন্দরানী ( আরে ) করতালি দিয়া নাচে রাম যদুমণিরে। আজবরি কি আনন্দে। বরি কিয়ানাই (২)। সোঙ্কে মেলি গাওত নাচত ফিরি ফিরি। গ গ তাতা থৈ (২)

ঝ্‌মুরু (২) ঝ্‌মু (২) তাঝ্‌মু (২) বাঝে থৈ (৩) গ গ তাদৃমিতা (২) তাতাতা ঘেরি থত নাচত দেখত (৩) (৪) থৈয়া (২) তিনিখত (২) তিনি (২) ঝা॥

( মান্নবা শককদবা )

শারে তপ্পা (৩) রাম কৃষ্ণনা। থেক্লা নৌনা ফজনা। তা তা থেন থেন হায়দুনা পুংলোন য়ৈরে খিংলে করতাস্‌ লৈনা শারে রাম যত্নমণিনা। হরাউদুনা লৈনা চোংনা। লৈনা চোংদুনা চোংদুনা। ঈশৈ শক্লী ময়াম্না শারিয়ে লৈনা লৈনা। 'গ্র গ্র তাতা থেন (২) গিয়ঘিয়তা (২) ঘিয়তাৎ (২) তাথেন্তা (২) খিন্ধেন থেন (৩) গিয়ঘিয় তা তেয় তেয়তা (২) তা (৩) ঘিন্তেং খিংতা হায়দুনা য়ৈরক্লে (৩) (৪) (৩) (৪) রাম কৃষ্ণ লৈনা (২) থেক্লা (২) শারে হরাউনা॥

নাচত মোহন নন্দ দুলাল। মোহন নন্দ দুলাল। রঞ্জিমু চরণে (এ) মঞ্জির মন বাজত কিঙ্কিনী তাহে রসাল। স্থল পঙ্কজ ডল বিণিয়া চরণা তল অরুন কিরন কিয়ে আভা। মণি আভরন (৩) (৪) কত অঙ্গহি ঝলকত নাশায়ে মুকুট কিবা ডলে॥

( মান্নবা শককদবা )

ফজনা শারক্লে লৈরদুনা। শারক্লে লৈরদুনা। খোংথাংবা খুদিংদা (আ) ওংলিয়ে ঝন হায়দুনা চাইরিয়ে ফিগে গুপ্তানা। চরণ অনীনা ওমজৈ থম্বাল চামনিপালস্তবু থাগী পরেং ওমজৈ খুজিমা। মণি পরেংদুনা (অ) কয়া নিংথিজৈ তনিক (২) কোকথক্তা চূড়ানা ইলং লংনা॥

নাচত শ্রীব্রজলাল বাজত নন্দরি (৩)। কোই ব্রজগোপী শয়ননী পুনী মুখে দেয়ত প্রেম বিভর ॥

( মায়না শককদবা )

শাঙ্গিয়ে রাম কৃষ্ণনা থোংলিয়ে বেন্মুনা ভত্তরি হায়চুনা। কলাগুপ্তী গোপীনা পুরকই ক্ষির ইল্লে অনীদা থম্মোইনা পেয়া ॥

নাচরে নীলমণি দেখিব আমি তোমার নর্ত্তন কররে। শিখি চূড়া বামে হেলে গলে মালা ঝলমল করে কিবা সোভারে। কিবা পুন্য ফলে পায়াছে তোমা আইসহে নীলমণি করিব চুম্বন। মা মা বোলিয়া ডাকো প্রাণ বাচা মায়ের যদুমণি ॥

( মায়না শককদবা )

জগোই শাউ নীলমণি ইমা য়েংগে ইচানা শাবা জগোইদো। চূড়া চেপ্তুক ( তনিক ) চেপ্লী ওইদা লৈগী পরেং ( য়েংঙু ) হাইরি ওক্তা ওক্র। কজেদো। পুন্য কয়াগী ফলনা ফংজে ইমানা মুংশিদা নীলমণি ইমা চুপকে লাও। ইমা ইমা তোয়না কৌও ইমানা পেজৈ ভমপাক্তা পমগে লাও ॥

মা মা বোলিয়ে চান্দবদন তুলিয়ে নবীন কোকিল যেন বোলে। ( মায়ের ) অঞ্চলে ধরি (২)। মায়ের মুখ চাই মৃদু (২) হাস। আগে পাছে ফিরি (২)। ননীদে (২) গো মাই। কর পাতি নবনীতে মাগে। যশোদা রোহিনী মাই পুত্র স্নেহ প্রেম বাঢ়াই।

কিন্তু ভাগ্যে যশোমতী রানী জগতের নাথ হরি যার ঘরে বাস। শিবা বিহি নারদ যোগি ঋষিগণ দিবা নিশি যার পদে করয়ে ধেয়ান ॥

( মান্নরা শককদবা )

মা মা কৌরক্লে মাইথোং থাদো থাঙ্গৎলে নুংশিনা কোকিলগী খোঞ্জেল ওম্মা। ( মমাগী ) ফিজিদো য়াম্লহুনা। মমাগী মাইথোং য়েংজরহুনা। য়েংত ওইদা কোয়না (২)। পীরোনে ইমা নবনী। মখুৎ অনীমরা ননী নিরী। লাইবক কৈদা যশোমতী রানী জগৎকী মবু'ঙো মরা মচা ওইরিবনী। ব্রহ্মা শিব নারদ যোগি ঋষিনা অহিং নুংথিল নাইদনা মাবু নীংলিবনী ॥

আনন্দ অনান্দ (২) নন্দ গেলে কোথারে। আজ আমার ঘরে। নন্দরানী বোলিরে। নাচেনন্দের দুলালিয়া বক্ক রাজ ঝুনুরে (২) ঝুনু তাঝুনু (২) রুনু বাঝেরে ॥

( মান্নরা শককদবা )

নুংঙাইরে নুংঙাইরে (২) নন্দ নিংথৌ কৈদনো। ঐদি পেঞ্জরেদো। যশোদানা লাউকৈজেদো। শারে জগোই কয়া নিংথিজনা তা (আ) ধস্তেং তক ধস্তেং তক হায়না জগোই পুংলোন খোংলোন তাঙ্গা চানৈদো ॥

নাচের বালা নন্দ দুলাল বঙ্কা বাঝে ঝুনু তাঝুনু বাঝে।

ঝানলা (২) দৃগিতা (২) থৈয়া (২) তাতা থৈ। শ্রুতি অবতংস পরিলম্বীত মুরুলী অধর সুরঙ্গ চরণে লম্বীত পীতধুতি করু অঞ্চল চন্দন ধুষর শ্যাম অঙ্গে ॥

( মান্নলা শককদবা )

জগোই শারে নিংথিনা রাম কৃষ্ণ থেক্না নৌনা চোংনা লৈহ্নুনা। ধস্তৎ তক (২) ঘিন্নঘিন্নতক (২) থেন তা (১) য়্যেহুনা। সনা ফিগে গুঞ্জা চোইনা লংনা ফজৈ মুরুলী চিনবান্দ নিংথিজৈ খোল্লিয়ে গুকশমদা কৌস্তুভনা বন মালানা লৈতেংলী হকচাংদা চন্দস্তুনা ॥

তা তা থৈয়া থৈয়া তিনিখিতি (২) ধা। রাম কাহ্নাই নাচত দেখে। দুহুঁ নাচেরে শ্রীযশোদা রোহিনী আগে। থোর লাগী ঝিনি ঝিনা বাঝে লাগী ঝিনি ঝিনা ততথোই থোই থোই নাচেরে শ্রীরাম কাহ্নাই ওই তা (২)। নন্দের নন্দন হরি ভক্ত বাঞ্ছা পুর্ণ কারি ॥

( মান্নলা শককদবা )

তা তা থেন্তা থেন্তা তেন্তাংথিৎতা (২) ধা। রাম শ্যামা শাবা জগোইদা। থেক্না শারিয়ে শ্রীযশোদা রোহিনীগী মাংদা। পুংলোন মৈরী ঘিন্ত ঘিন্তাং কন্ন। মৈরী ঘিন্ত ডিন্তাং তা তা থেন থেন থেন জগোইগা পুংলোনগা তানগা ও ও ও ও চানা। ব্রজ নিংথৌ মপারি প্রেমগী শক্তম ওইবা হরি ॥

আমার প্রাণ জুরাইল হেরী নয়ন নীলমণি। কোথাহনে শিখিলী (মায়ের) যত্নমণি হেরী (১) মায়ের মন চুরী। যদি গোপকুল নোইলেম সুখি হইতাম ধিক গোপকুল জনম গোচারন কেমি পাঠাব হা' ধিক গোপকুল জনম। এমন শিছুকে কেমী পাঠাব ॥

(মান্নন৷ শককদবা)

ঐগী থন্নাই পেঞ্জরে মপোক অসে মহৈ য়াল্লে। কনাদগী তম্বনো (ইমাগী) যত্নমণি য়েংশিল য়েংশিল্লগা থোইনা ওল্লে। ঐনা গোপ নত্রবদি পেঞ্জগনী তোল্লি গোপ ওইনা পোকপা ষণ শেনবা কমদোনা থাগনী তোল্লি গোপগী জাৎসে। কম-দোনা থাশিগে নোরিবা অঙাংসে ॥

কুলে লয়া নীলমণি বসাইল নন্দরানী। প্রতি অঙ্গে হাত দিয়া রক্ষা মন্ত্র পড়য়ে আপুনী ॥

(মান্ননা শককদবা)

তমপাকথক্তা পল্লে গোপাল যশোমতী মমানা। তিনমু লাইমু চংদনবা মন্ত্র শোল্লে নানবিরে মমানা ॥

শৃণু বল মম বাক্যং বালকানাং বলিস্তং। গিরিজল বনমধ্যে রক্ষ কৃষ্ণমদিয়। ইতি বলকর যুগ্মে কৃষ্ণ পানি নিধায় নয়ন গলিত ধারা দুঃখিতা নন্দ পত্নী ॥

( মান্নরা শককদবা )

বলরামগী মথুবাক্তা শিন্নজৈদো মমানা। চিংথক্তা ঈশিংদা বন্দা ডাকউ নংনা চেকশিন্না। থম্মোইমুংদা হরাউজনা ডাকচগনী নচানা রাজবী মমাদা হংগচ্চৈদো ময়াম্বা বলদেবনা॥

( সুত্র )

এইমতে যশোমতী নন্দরানী মনে অতি দুঃখিত হইয়া বলারামের হাতে সমর্পিলা। অতপর সখাগণসঙ্গে প্রণাম করিয়া চলিল যাদব রাই॥

( মান্নবা সুত্র )

মত্তৌ অসুম তৌনা যশোমতী মমানা বলরামগী মথুবাক্তা শিন্নরে চেকশিন্না। রাম কৃষ্ণ অনীনা সখা ময়ামগা লোয়ননা মমাগী বিদার লৌজরে, দণ্ডবৎ কৎলগা যণ শেনবা লেংঙরে॥

দণ্ডবট করি যাই চলে রাম হরি। বাসল্য ব্যাকুলি রহে পথে দৃষ্টিকরি গো। ধেনুলয়া করে চলে রাম হরি। গো খুর উছলিত গগনহি ভরী ঘন (২) শিঙ্গা বেনু মুরুলী বাঝাই। তাহা শুনী আটালিকা উঠে ধনীরাই হেরইতে গোপীগণ নয়ন চকোরী। পিবয়ে কৃষ্ণের নেত্র ভ্রমরা যুগল গোপীগণ মুখ শ্রেনী প্রফুল কমল॥

( মান্নরা শককদবা )

রাম শ্যাম্বা খুরুমজৈ মমাগী চরণদা। সখাশিংগা লোয়নজুনা

চৎপসে ফজৈদা যগবী যম্লাউ হোইরি মাংদা ব্রজগী লম্বীদা। যগবী যম্লাউ সখা মম্লাম চৎপগী উফুম্না পুম্মম মম্রে লম্বী পুম্বা মাইকৈ শিনবা থুংনা। সখাশিংগা শিঙ্গাবেনু মুরুলীদো খোংলী তারে রাধা সখীশিংগা হয়াউ তুজুংজৈনাঃ আটালিকা থক্তা লৈজৈ মীংকী পেম্না য়েংজৈ মাইথোং থম্মাল লৈহী চুপচৈ চাকচৈ থম্মোইতনা॥

উঠিল মঙ্গল ধ্বনী গোষ্টে চলে নীলমণি দিয়া শিঙ্গা মুরুলী রসাল। হোই (২) রাখাল বোলে শিঙ্গা রবে ধেনু চলে আগে চালাইয়া দিল পাল। গোধেনু যুথে (২) চলিলা ভাণ্ডির পথে যাবট্ট নিকটে দিয়া যাই। বৃষভানু মুকুমারী আটালিকা উপরে চড়ি অনিমিখে বন্ধু মুখ চাই॥

( মান্নবা শককদবা )

যগবী যম্লাউ শেনবা লাক্লে রাম কৃষ্ণ য়েংকা ওইগা হয়াউ (২) ব্রজ গোপশিংগা। হোই (২) লাউনরক্লে ফুইনা (২) খোংনরক্লে সখা মম্লাম বাঁশী বেনুশিঙ্গা। যগবী যম্লাউ মপৈ (২) গোপশিংগু মপৈ (২) যাবট্টকীনা নাক্তা লম্বী ওইজৈ। সখীশিংনা খোগল ওইজৈ আটালিকা থক্তা লৈজৈ মবুংঙোবু থম্মোই পেম্না য়েংজৈ॥

আজ গোষ্টেরে সাজল্ গোপাল। ধবলী সৱালী পিয়লী বোলিয়া হাকারে রাখাল। কারু (২) কান্ধে চিলি বিনোদ পাঞরি

কার গলে গুঞ্জা গাভা। শেতল হিত কারু নীল পীত কতিভতে ভাল সোভা। ভাই বলরাম পুরিযে বিষাদ কাহ্নাই পুরিযে বেনু। হোই (৩) রবে নেচে নেচে (২) যাইরে। রাম কাহ্নাই কি মাদকরে হন্বা (২) ধবলী (২)। রাম কাহ্নাই নেচে (২) যাই দুতি ভেই শিঙ্গা বেনু বাঝাই॥

( মান্নবা শককদবা )

সখা মরামগা যণ শেনবা লাক্লে। ধবলী সবালী হিঙ্গুলী পিঙ্গুলী সুরভী হোইরক্লে। চোংনা (২) লাউনা (২) বেনুসু খোং-লিয়ে শ্যামা বাঁশী খোংগুকলিয়ে। মাংদনা যণবী যন্নাউ হোইরে তুংদা সখাঃ মরাম পুন্না চৎলে। হোই (৩) লাউরে নৈনা চোংনা জগোই শারে। রাম কাহ্নাই পুন্নাংদা পেল্লে সখাশিংনা হন্নাউবা উবদা রাম কাহ্নাই জগোই শারকইদা শিঙ্গা বেনু খোংবদো ভাবদা॥

( আটালিকা দর্শন )

দেখ সখিরে ওই এবদে সঙ্গে ব্রজ বালক নাগর আয়ে। ব্রজের গোপীকাগণ নয়ন গোচর। পিবই কৃষ্ণের মুখ চান্দের মাধুরী॥

( মান্নবা শককদবা )

য়েংঙু ইতাসা ও কঞ্চসে সখাশিংগা যণ শেনবা লাকপসে কচে। ব্রজগী গোপীকানা চিংনা (২) য়েংজৈ। মাইথোং থাগী অমৃতবু রাধিকানা চুপচৈ॥

ঘন বারি বরিখত লোচনে। (২)। (৩)। (৪)॥ নিরু নিরখ ও মুখ সুন্দর নিরখি নন্দকি নন্দনে। কাপসি থর (২) মদনে জ্বর (২) নয়ানে শর সত সন্ধানে রাই। রাই বিরোহিনী। এতই ভালনই (২)। লোকে দেখে বোলবে কিশোরাই। নীকুঞ্জ মন্দিরে যায়বী কৈছেন প্রমাদ ঘতায়বী কাননে। অম্বর শম্বর বিরহ পরিহরী নিগুঢ় ধর্জব লম্বনে রাই। একেত কামিনী কুলের রমনী ভয়না কুরু কেনে গুরুজনে॥

ছারিতে নাপারে অন্তরে জ্বালা প্রাণ সখিরে। নয়ন-কটাক্ষ পঞ্চ বান মরমেতে হানীরে। শ্রীদামের স্কন্ধে ধরি আমার পানে চেয়ে চেয়ে। অহো কেনে একবান প্রাণ আকর্ষিয়া মন কাম বান করয়ে সন্ধানে॥

( মান্নবা শককদবা )

ফুইনা হৌবা নোংবু ওন্না কুচুনী। (২)। (৩)। (৪)। য়েংঙোই খঙবা পাখক্রুই খম্মোইনা খল্লরোই নীংজবা থাংওমদেনা। কাউঙমদে থম্মোইতনা ওমচাক্লে রাখনসিনা ওম্থোকপনী ইভা প্রেম কল্লীনা। রাধিকে লাল্লেকো। ফব ওইরোইকো (২)। রাথোক অনৌবদো ওইনীকো। লেংশিনসি সঙ্গাইদা নৈবীরু নিংথিনা ব্রজসে রাথোক্লবা তারেনা। থম্বীয়ু চেকশিন্না শেমহনা খংহন্দনা অফবা ওইরোইকো কোংদোকপনা শাগেগী মৌনিনা য়েংশিনবা য়াম্মিনা যটিলা কুটিলাদো কিজৈনা।

খাদোকপা ভবজদে তোল্লবী ঐনা মাগী য়াথন্সে। পাল্লরে মীৎ-চিগী তেম্না কম্না কাইহনবিরে থম্মোইসে। অঙকপনী শ্যামগী প্রেমসে চন্দনগুম্না অহোইনৈসে। তোল্লিদকো মপোকসে মতৌ করম হিংসিগে কামগী তেন্না পাল্লে থম্মোই অসে॥

( সূত্র )

হেন মতে বন্ধু মুখ হেরী প্রেম রস ভরে রাই মুখ হেরী কাহ্নু গেলা বনান্তরে॥

( মান্নবা সূত্র )

মতৌ অসুম তৌনা রাধিকানা মবুংঙোগী মাইথোং থাগী অমৃতবু চুপচরী। রাধিকাগী মাইথোং য়েংনা (২) হেন্দোক্কুনা সখা৹ পুন্নমক্না যমুনাগী মপাল য়ৌরক্লে॥

যমুনাক তীরে (২)। আজ বর ভাগ্যবতী আজ বর ভাগ্যে কি কহিতে পারেরে। নাচত লাল নন্দ দুলাল (২) তপন তাত ভাই রাখাল মোহন যমুনা তীরে ধেনু বৎছগণ লইয়া সঙ্গ তৃন না খাওত দেখত ভঙ্গ যাহা (২) দেখি তরুর ছায়ে তাহা (২) যায়া গিরেরে (২) গিরে (৪)। চলিতে নাপারে রাখাল ইন্দু (২) বুক বয়ান পড়ে ঘাম বিন্দু অরুন নয়ানে অরুন বয়ান নির পিব (২) বোলয়ে সঘন তীরেতে থইয়া পিন্ধল বাস ঝম্প দিয়া পড়ে নিরেরে (২) নিরে (৪)। তপনেরী তাপে তপ্ত বালিন পথে (২) রুধির পড়িয়াছে কুশাঙ্কুর ঘাতে গোবিন্দ

দাস লইয়া গাগরি তুরিতে আনল যমুনার বারি আনন্দ গাওত শারঙ্গ রাগ খিরেরে (২) খিরে (৪) ॥

ঐছে চলে রাম কাহ্নাই সখাগণ সঙ্গে গোবর্দ্ধন কাননে ধেনু বৎছ চালন। যমুনার জলে ধেনু পিয়াইব হম্বা (২) করি রবে তৃন খাবাইল। দাদা বোলিয়ে ক্ষির ননী দেবে। রাম বদন চেয়ে। সোইতে নারে রবির তাপ। সখাগণ সঙ্গে রঙ্গে নানা খেলা করি রঙ্গে। গেণ্ডুহস্তে ধরি কোই অঙ্গে মারে। হস্তে হস্ত ধরা ধরি আনন্দ সুখ সায়রে। সখাগণ মেলী পক্ষ সাজিদিল কৃষ্ণ পক্ষ কৃষ্ণজয় রাম পক্ষ রাম জয়। কোই ॥

( মান্নবা শককদবা )

যমুনাগী মপাল (২)। কয়াদগী ফজরিবা- কয়াদগী ফজে চাংদম্লীংঙাই লৈতেয়ে। জগোইসু শারী বেনুসু খোংলী (২) যণশেঙ্গে পায়রী ঈশৈ শরুী গোবর্দ্ধন তময়ানে চোংহুনা শাম্নেয়ে ক্ষিবুল হাবি শান্নে লমজেনসু তান্নৈ পম্বুংবম ম্নোনৈ উহৈসু কোংনৈ হরাউনা মুংঙাইনা ম্নেম ম্নেম্নহুনা চানৈয়ে। মুংশাগী মৈশানে চেনবগী রাবনে (২) স্বর ফুইনা (২) হোম্নরিয়ে হুমাংসু তানৈয়ে মাইথোংসু মক্লেয়ে চাক্লে (২) শারে হায়হুনা লাউনৈ ঈশিংদা চোংথনৈ লুপ্তুনা শান্নে ঈশিং চাইনা (২) সখাশিং পুম্বদো লাক্র লাক্রহুনা শাম্নেয়ে। কংকান্দী কাখৎলে উরুমদা চংলে (২) নিংথিনা ফমহুনা পোৎথানৈয়ে যণবী যম্লাউ

য়েংলে কোয়না (২) থৎলে হেক্লুরে উহৈদো য়েমনা চারে ময়াম্মা কোইশিল্লে শারঙ্গ রাগ হৌরিয়ে হয়াউনা শক্লে থম্মোই-মুংদা পেম্নেয়ে॥

মতৌ অসুম রাম কাহ্নাই সখাপুম্নমক্তা গোবর্দ্ধনগী তময়াদা মণবী যম্নাউ শেল্লী। কুমথৈ যমুনাদ ঈশিং থক্লী থম্না হম্বা হম্বা হায়না খোংলী শজিক হানৌ চারী। তাদ কৌরকই পিয়ু ক্ষির ননী। বলরাম্বু য়েংহুনা। চাকশিল্লক্লে মুংশানা। সখা ময়াম লোয়নহুনা শাম্নরিয়ে লীলা কয়া। ফিবুল খুৎতা পায়রে অমরোমদা থারে। খুৎকা (২) পায়নরীয়ে লাউরী ফারে (২)। সখা পুম্নমক্তা মিচং থায়দোক্লরে মাইকৈ (২) থাইদোক্লরে ঐখোয়রোমনা জয় ওইরে। চোংঙি॥

( সূত্র )

এই মতে হমুভাই সখাগণ সঙ্গে গোবর্দ্ধন কণ্ডরে নানা লীলা করে। তদুপরে শ্যাম নাগর ছলকরি সুবল লয়া আইলা কুণ্ডতীরে রাধা রূপ মনে গুণী দহয়ে অন্তরে॥

( মাল্লবা সূত্র )

মতৌ অসুম্মা রাম কৃষ্ণ অনীমক সখা পুম্নমক্তা লোয়নহুনা গোবর্দ্ধন তময়াদা মথল মথা অয়াম্বা লীলা শাম্নরে। অদুদগী কৃষ্ণনা মরৈ মরা তৌদুনা সুবলগা লোয়নহুনা রাধা কুণ্ড যৌরক্লে সুবলবু য়েংলহনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই॥

( কৃষ্ণ অনুরাগ )

রাধা বিনে প্রাণ যাই সুবল ভাই আমি কি করিবরে। রাধা আমার প্রেমেরী গুরু রাই ছারা রইতে নারে। রাধা ধ্যান রাধা জ্ঞান যোগি করে যুজ্ঞদান তিলে মাত্র নাহেরীলে আহা মরী (২)। হাই (ত) ভাইরে সুবল আমার প্রাণ সহেনারে। মাঘ প্রয়াগে ডুবী রইলাম কল্প বাস রাধা বিনে তিলমাত্র শীতল নই ( ভাইসুবল ) ॥

( মান্নবা শককদবা )

রাধাতনা হিংবনী রাধানা প্রেমগী গুরু ওইবনী। রাধাতনা ঐহাক্কী প্রাণনী লৈতেংস্থ ওইরিবনী। রাধানা ওইরী ধ্যান রাধাতনা ওইরী জ্ঞান মীকুপমুক্তং উদবদা যুক্তো চামা ওইবনী। হা হা হা হায়য় সুবল রাধাবু ফংনবা। ঐহাক্কী পুন্সিসে হিমালয়দা লৈবনা রাধিকাবু নত্তনদি ঈংলোইনে ( চায়বা ) ॥

ভাইরে সুবল প্রাণের সখা রাধাবিনে কিকরিবগো। রাধা আমার নয়ানের তারা রাধা আমার প্রেমের গুরু। এমন সুন্দর কুণ্ডের শোভা রাধাবিনে শুন্য হইল তিলে মাত্র নাদেখিলে শত যুগ পরিমানী। গোলুক ছারিয়া আমি গোপ কুলে জনম করি গাভী বৎছলয়ে বনে গোচারন ( লই ) রাধার লাগিয়া জানহ সখা।

( মান্নবা শককদবা )

ইতাউ সুবল চায়থোইবা রাধাতনা প্রেমগী লম্নী। রাধানা

ঐগী থবাইমক্কী রাধানা ঐগী লৈতেংমক্কী। য়েংঙু রাধা নত্রবদি কুণ্ড অসে হাঙলবনী মীকুপ মুক্তংউদবদা নীংঙি যুক্তো চায়নী। গোল্লুকপু থাদোক্লে ঐনা গোপ ওইনা পোক্লছুনা যণবী যন্নাউ শেল্লী বন্দা ঐহাক্না থংঙুনে সুবল রাধাগীদমক্কী॥

( সুত্র )

এইমতে শ্যাম নাগর কুণ্ডতীরে রাধা প্রেম দহয়ে অন্তরে॥

( মান্নবা সুত্র )

মতৌ অমুম্না শ্রীকৃষ্ণনা কুণ্ডগী মপান্দা শ্রীমতি রাধিকাগী প্রেম্না চান্নছুনা লৈরী॥

( সুত্র )

এথারাই আটালিকা হইতে নীজ গৃহে আইলা কৃষ্ণরূপ মনে গুণী ধৈরজ ধরিতে নারে॥

( মান্নবা সুত্র )

অশোমদা শ্রীমতি রাধিকানা আটালিকাদগী সঙ্গাই তম্ম লেংশিন্নে মবুংঙোগী রূপ্প নীংশিংজরগা কাউওমদনা চাকশিন্নকু না মথীশিংদা হায়জরকই॥

( রূপা নুরাগ )

শ্যামের ভুরু কামের কামান দৃঢ়করি সন্ধানে। হামুত অবলা জাতী হৃদি পরে হানেরে। এ সজনী ধিক (২) পরাণ ধিক। যাইতে নাদিল রাধা পাপ ননদিনী। ঘরে হইতে বাহির

ঘাইতে উঠে কলঙ্ক পাই। সে যেদিগে চাই রাধা সেদিগে কলঙ্ক। কোই ভাগ্যবতী গোপী শ্রীমুখ দর্শনে হামু রাধা অভাগিনী নাদিলে দর্শন ॥

( মান্নরা শককদবা )

শ্যামগী পিশুম ওমজৈ কামগী লীরুং মীৎচি তেম্না পান্নরে। প্রেমগী মৈচাক খাংঙমদরে হিংঙ্বগী কান্নদরে। হে চান্নবী তোল্লী (২) নুপী ওইবা। চৎঙমদেদো শ্যামগী নাক্তা চক্নিদো কিজৈগবা। মুমদা লৈরে মীরা তায়দো বনস্থ ম্নোঙমদেদো। হায়য় চান্নবী রাধাগীদনক উপান্নদো। কল্লীদো কাউঙমদেদো কেমজরেদো কপচরেদো খল্লোই কোবা ওমজদেদো অহোইনবা চাক্লেদো ॥

শুন সখি কেমেনে সহিব প্রেম জ্বালা (২)। হামু রাধা অভাগিনী বন্ধু লাগী কুলে বালা। ব্রজের মাঝে কলঙ্কিনী কি সহে অবলা বালা। হামু দুর্ভাগিনী রামা বিধি মোরে হইল বামা ॥

( মান্নরা শককদবা )

ইতা ঐসে অহোইনৈসে কৃষ্ণগী প্রেম অসে (২)। রাখোকচাউবী হান্নবসে মপোক কত্তবননিসে। খাংঙমদেদো মৈচাক অসে বিধি মানা তপ্পীবসে। কপ্পতনা পাঙ্গম্নাসে পিরিভিগী লায়না অসে ॥

হেহে সখিগো কৈশোর বয়স (২)। জল যাইতে দেখা আই-লামগো। শ্যাম রূপ যে। মণি কাঞ্চণ আভরন। (২)। হেহে সখিগো আরে শ্যাম নব কৈশোর বয়স কাঞ্চন আভোরন। মণি মুকুটা হার যদি হয়ে প্রাণবন্ধু গলায়ে পৈঢ়িব। রজত কাঞ্চন ধন যদি হয়ে শ্যাম বন্ধু যতনে রাখিব॥

( মায়না শককদবা )

কজৈ নিংখিজৈ কৃষ্ণগী শক্তমদো। থরাই অসে কৎথোক-থরেদো। শ্যামগী শক্তমদো। লৈতেংনা তাংজবা শ্যান্নীদো (২)। ইভা চাম্বী ঐগী থরাইসে ইবুংঙো মংঙোন্দা কৎখরেদো। মণি পরেংদা ওক্তা থোনখিবদো রাধা ঐদি প্রেমগী লংজিন্নিদো। ইবুংঙো অহাকী চরণ পামজবসে কংলরোইরা খন্না বাজৈদো॥

সোইগো প্রাণ বন্ধু বিপিনে যব জ্বালা। মন্দ মৃদু হাসি চায় নয়ানের কোনে (২)। পরাণ পুতলী কিবা বিদরে পরাণ। ক্ষর (২) তনুমন মন মথ শরে। ভাবিনু জীবইতে সংশয় দেখি। সুচাতুরী সখি মোর মোর প্রাণসখি (২)। কৃষ্ণের পদতল কোটি চন্দ্র সুশীতল। সব জ্বালা বিষম জ্বালা কহয়ে গোপাল॥

( মান্নলা শককদবা )

ইভা প্রাণ বন্ধু লেংখরে হৌজিক বন্দা। মোমোন মোক্রা য়েংঙম্মিদা মৈচাক ওইহল্লিদা (২)। মাগী প্রেম্না অহোইনৈদা থাংবদা বাজৈদা। য়ুমদা লৈরে মীরা তায়দো চৎঙমদেদা বন্দা (২)।

হিংবগী কাম্নদেদা ঐহাকসে তোল্লিদা। ইতাথোন্নবা চানবীমুদা উপায় তৌবিয়ুদা (২)। চাকশিল্লক্লে থম্মোইমুংদা ভাউরে শ্যামগী প্রেমদা। কোমললা হংগচৈচদা রাধে রাবীনুদা (২)॥

প্রাণ সখি ললিতে গুণীতে (২) চলিয়ে কৃষ্ণ প্রেম জ্বালা দিয়েগো প্রাণ সোইতে নারে এতদুঃখ দিলে কিসোহিব প্রাণ দাবানল মধ্যে (আ) কুরঙ্গিনী বালা॥

( মান্নবা শককদবা )

চাম্নবী ললিতে থল্লুবা (২) খুদিংদা প্রেমগী মৈনা কম্না চাক্লক্লে মৈনা কোয়থরবী ব্যাধনসু তাম্নরক্লবী (২) শজী অমোম অদুগা (আ) মাম্নরেদো ঐদি॥

সজনী ধৈরজনা ধরে প্রাণ। প্রাণবন্ধু গেলা বনে মোর পঞ্চপ্রাণ সনে সুধাতনু কিকরি এখন॥

( মান্নবা শককদবা )

চাম্নবী অহোইনৈসে থরাইসে। শ্যাম বন্ধু লেংখিবসে ঐগী থরাই পুখিদোসে হকচাংতনা লৈহৌইদোসে॥

যার লাগী ঝুরেরীপ্রাণ তারে বিধি দেনাকেন। (২)। ঘুমন্তে বসিয়ে থাকে ফুকরী (২) কেন্দে। যোম যন্ত্রনা সোইতে পারে প্রেম যন্ত্রনা সোইনা কেন। হামু দুর্ভাগিনী রামা বিধি মোরে হইল বামা॥

( মান্নবা শককদবা )

মাগীদমক ওমচাক্লরে রাথোকচাউবী ওইহনবীরে। (২)।

প্রেম্মা লম্মৈ ওইরে থাংওমদরে অহোইনরে। যোমগী চৈনাদি ওম্মী থাংবা প্রেমগী চৈনাদি ওমদে থাংবা। কপ্লতনা পাঙ্গল ওইবা মাগী চরণ পামজরুবা॥

প্রাণ সখিরে অব কিকরিবরে কৃষ্ণ বিনু প্রাণ মোর নারহিবরে। উপায় বোল প্রিয় সখি কিরূপ জীবন রাখি। লোকে বোলে কালা (২) রাধা মোরে হৃদির মালা। হৃদি মালাগো। কালা নোই সখি আমার॥

( মান্ননা শককদবা )

প্রেম্মা চাকপদি যাব চন্দন গুম্মিসে থম্থরুবা খুদিংমক্কা মৈচাক ওইরীসে। থাংওমদরে রাধা ঐসে কায়দরে মপোক অসে। জগৎতদি অমুবনী রাধাদদি মণিমক্সী। স্পর্স মণিনী। অমুবদো নৎতবনী। জগৎতদি অমুবনী রাধাদদি মণিমক্সী॥

হাই প্রিয় সজনী (২) প্রাণ নাথ বিনে কেনে জীয়েগো কৃষ্ণ প্রেম (২) জ্বালা। (প্রাণ) বন্ধুর বিরহানলে প্রাণ ধরতে নারে। অন্তরে মদন জ্বালে প্রাণ প্রিয় সজনী। হামু অনাথিনী বিধি কইল বামা। প্রেমানলে দ্বীগুণ (২) জ্বালেগো সজনী॥

( মান্ননা শককদবা )

হায়বীয়ু তাকপীয়ু শেম্বীয়ু লাইবক থীবী ঐগী উপায় তৌবীয়ু মৈচাকসে ঈংহনবীয়ু। প্রেমগী মৈচাকসে কনবীয়ু ঐবু কৃষ্ণ কংহনবীয়ু। থম্মোইগী মৈচাকসে ইতা থাংজবা ওমদরে।

থরাই অসে থারগে পুক্নীংদা লেপচরে। প্রেমগী মৈশা কল্লি (২) লৈজবা ঙমদরে॥

হাই প্রিয় সজনী শ্যাম রূপ পাছরিতে নোরিগো। হাই প্রিয় সজনী (২)। লোকে বোলে কালা কয় সেরূপ কালিয়া নয় নীলমণি কান্তি যিনি সোভা। লোকে বোলে কালা (২) রাধা মোরে হৃদির মালা হাইপ্রিয় সজনী। (২)।

( মান্নরা শককদবা )

হা ইতা চান্নবী শ্যামলাগর মাগী মৈচাক থাংঙমদে। হা ইতা চান্নবী (২)। জগৎতদি কুচু মুই অমুবদি নত্তেকো ইন্দ্রনীলমণিদগী হেল্লি। জগৎতদি অমুবনি রাধাদদি স্পর্সমণি (৩) ইতা ওইবনী। (২)।

হাই প্রিয় সজনী (২) কেমনে সোহিব প্রেম জ্বালা। প্রিয় সজনী। (৩)। কালা জল (২) চাইতে কালিয়া পড়ে মনে নিরবধি দেখি কালা সয়নে সপনে। কালা কেশে আইল হিয়া-বেশ নাই করে করে করজুরীয়া কাজর নাই পড়ে প্রাণসখি কি গতি হামারী। আল সোই সোই গুণীল নিদারুন বিনোদ প্রাণবন্ধুবিনে নারহে পরাণ। মনে দুঃখের কথা মনেতে রহি ফুটিল শ্যামের সে বাহির নভেল। দুঃখিনী ভাগ্যহিনী সদায় কলঙ্কিনী। প্রাণ সখি রাধা জনম দুঃখিনী। অকলঙ্ক ব্রজধাম

কলঙ্কিনী রাধা নাম। পাপিনী দুঃখিনী কৃষ্ণনাম মুখেজপে কালিন্দীর জলে পরাণ তেজিব সোই।

( মান্নরা শককদবা )

ও ইভা চান্নবী (২) কমদৌনা ঈংগবা থম্মোইসে। ইভা চান্নবী। (৩)। প্রেমগী মগুণ কয়াদনো কনবা করম্না কাউবা কাউঙমদে কনমল্লিদা কিহল্লিদা কিজৈ কান্না কৌবা। কালাগী দমরুী কপচরে কৌজরে করম্না খাংসিগে কিতুনা কায়দে কালিন্দীদা কেমলগে ইভা। হায়য়ুনে করি উপায় লৈবা কংনবা মাগী চরণ থম্বাল তোল্লবী ঐনা। রাখলগী মৈচাক্তি থম্মোইদা লৈরি ঙমদে হায়জবা লাইবক থিবীনা। রাজবী রাধাবু হায়বী রাথোকচাওবী। চায়রবী ঐদি মপোকস্তু থিরবী। ওস্থোকপনী রাধাগী থবাই করম হিংগনী। পাপচেনবী রাধাদি কৃষ্ণ নাম শোম্না (২) যমুনাদা ইভা শিথিবনা করনী॥

শুনতহু সখীগণ বচন হামারী কানুক পিরিতি হৃদয়ক জ্বালা। পিরিতিক কন্তক পাপিনী হৃদয়ে ফুটলক সোই। জ্বালার উপরে দ্বীগুণ জ্বালা দ্বীগুণ হইতে ত্রিগুণ জ্বালা। (প্রাণ) বন্ধুর লাগিয়া যোগিনী হইয়া বাম স্কন্ধে ঝুলি বেন্ধে যাবদুর দেশান্তর॥

( মান্নরা শককদবা )

কমল্লোলিবা কল্লিগবা কাউঙমদেদা কান্না কিজৈদা কয়া

কুইনা কপাখিগনা ঐনা। থংহোদনা থনরুই থনুদেদা থাইনা নৈ থজিক্তা থান্না। চেকশিন্না চান্নবা চারেদো থম্মোই (চান্নবী) চণ্ডুনা হংলে চক্ৰিগী চক্ৰী। (ইভা) কালাগীদবক্সী ওইরগে যোগিনী মাঙরগে ওইদা ঝুলি চচ্চরগে চান্নবী॥

হাই প্রিয় সজনী ঋতু রাজ বসন্ত সময়ে রাধা। ব্রজের মাঝে কলঙ্কিনী রাধা হাম্। রসালেরি ডালে বসি কোকিল কুহু (২) রবে সোইতে নারে হামু রাধা প্রাণ। হামু দুর্ভাগিনী বিধি কৈল পরাধিনী হামু দাসিনী সখি এখনমা পাইনু প্রাণ-নাথ। হামু দাসিনী রাধা বন্ধু বিনে (আমি) কি সুখ আমার। সয়নে সপনে (সদায়) ঘুমে জাগরন কেবল বন্ধু সঙ্গ আশাগো॥

( মান্নমা শককদবা )

হা ইভা চান্নবী বসন্তগা ওইরে থম্মোই ওমচান্নরে। ব্রজসিদা মাথোকচাউবী হায়নবীরে। উশা থক্তা ভোংলহনা কোকিন্না কুহু (২) খোংলী ভোল্লবীগী নৈচাক হাপ্পীরে। রাধা লাইবকথিবী লোংদম্বনা য়েরুবীরে ঐগী নীংজবা রাথল পুন্না কোংজবা ওমদরে। হায়য়ু করম্না থাংবা (শ্যাম) প্রেমগী সৈচাক (ঐনা) থাংওমদরেনা। চাবদা থকপদা (চৎপা) তুম্বা খুদিংদা ভাউরে মহাক্কী মাথম্না

বাঁকা নয়ানে চাই অধরে মুরলী বাযে। ডাকে রাধা (২)

বোলি। শ্যামের বাঁশী মধুর স্বরে। বিপিনে গমন কালে আমার পানে চেয়ে গেল। অধরে মুরুলী থয়া ডাকে রাধা (২) বোলি চুরিনিল মোরপ্রাণ বাঁশী। কৃষ্ণ প্রেম নৌতুম (২) নৌতুন প্রেম হৃদয়জ্বালা। শিরে শিখিপিঞ্ছ চূড়া চূড়া মূলে বকুল ফুলে সেরূপ হৃদয়েগুণী দ্বীগুণ (২) বাঢ়ল জ্বালা॥

( মান্নবা শককদবা )

রাধা লাইবক থিবী হায়নবিরী ম্বাথোক চাউবী। ওইহন-বিরী মীংচৎথিবী। মীৎচি তেন্না থাবিরম্মী। পিগুন্না কামগী লিরুংমরী মীৎচিনা তেঞ্জিন ওইনা পাল্লী। চিনবান্দা মুরুলী থোল্লী রাধা (২) কৌবিরম্মী থরাই অসি হুদুনা পূখী। মাগী প্রেমদা লুপচবিনী মাগী চরণ পামজবিনী। মতৌ করম ঐনা পুন্সি লেনগনী। কোক্তা মাহোং চূড়া থৌল্লী বকুমস্থ নিংথিনা থেৎলী থল্লুরগা খোইশাউনরী অহোইননা ওমচারুরী॥

হাইরে বিধি বিধাতা এপাপিনী রাধার কপাল। পূর্ব্ব জন্মে কত পাপ করি ইহ জন্মে নারীর কুল জনম দিয়ে মোর কর্ম্ম দোষ ফলে পাইল রাধা এমন দশা। পিঞ্জুরা পক্ষি যেন পার হইতে নোরি আসি সেই পক্ষি রাধার সমান। শিশু কালে মরি গেলে যদি হইতাম ভাল হবে জীবনে সুখ কিবা আছে আমার রাধার পরাণ। যার প্রেমানলে জ্বালা কেমনে সোহিব রহিতে নারে রাধার পারাণ॥

( মান্ননা শককদবা )

য়েক্লবিরী বিধিনা রাহনবিরী রাধাবু থোইনা। মপোক কন্নারক্রী পাপ্পা পোকহনবিরী মুপীওইনা নোংদম্বা নংনা তৌজ-রকপা কর্ম্মতনা ফংজবনীনা মৈচাকসে ঐনা। পোন্দা য়োকপা উচেকনা পাইঙমদে নীংবা থুংনা উচেক অহৃগা মাৗৈদো ইভা। অঙাং ওইদৈ শিরবদি করমগনী চান্নথোইবী হিংঙডুনা লৈরীবসে কান্নদরে চান্নবী ইভা। প্রেমগী মগুণ কনমল্লিদা যাব চন্দন গুম্বনিদা থম্মোই অসে থাংঙমদে ইভা॥

জানে সখি মম দুস্কৃত প্রাণা কিম্বা ব্রজমণি নিকরুন পাপিনী দেহা। যাহাম্বি যমুনা জলেস্মিন। প্রাণ প্রিয়সখি বিশাখে (২) শ্রীকৃষ্ণ র্নির্দ্দয় এ পাপ জীবন তেজিমু কালিন্দী জলে পুন জন্মনী কিম্বা ব্রজমণি চরণাম্বুজ প্রাপয়। হা হা হা সখি ললিতা বিশাখে জীবনে প্রাণা সুখমপি নহি জানে। জ্বালার উররে দ্বীগুণ গুণ (৪) জ্বালেগো। জ্বালার উপরে দ্বীগুণ গুণ জ্বালা হামুত অবলা নারী কেমনে বাচিবে একেলা অবলা প্রাণ দ্বীগুণ জ্বালা॥

( মান্ননা শককদবা )

ভোল্লিদকো ইভা মুপী হায়বা মপোকসে প্রেমগী মৈচাকসিনা অহোইননা চাক্লক্লে ঐসে। থারগে রাধাগী থরাইসে। পাপ চেনবী ঐগী হকচাংসে পাপ্তনা ভাবনী হিংবগী কান্নদে থরাই

অসে থাজরগে মপোক অমদা ঐনা ইবুংঙোগী চরণ সেবা কংজ-রগে। হা হা হা ইতা ললিতা বিশাখে বিধিনা ঐবু অরাবদা তমপ্রমাল্লে। খল্লুবা খুদিংদা থোইনা (৩) চাক্লক্লে। চাকশগী থক্তা থোইনা (২) চাক্লে তোল্লবী শাশচেনবী ঐদি হিংকনা কামদে থল্লাইসে থাবনা কনী থজমক্লে॥

কি না জ্বালা হল সোইগো কালা কাহ্নুর পিরিরি। কিনা জ্বালা (৫)। (২) আমার পাজর ধইসে গেলেগো শ্যাম ভাবি (২)। বোলরে সখি আর আমি কদিন বাচিগো। শুগুঙরীতে প্রাণ অমরগো কান্দে দিবা রাত্রিগো। রূপ লাগী অক্ষি কান্দে গুণী মোর ভোররে। প্রতি অঙ্গ লাগী কান্দে প্রতি অঙ্গ মোর কালা কাহ্নুর পিরিতি। সদায় অঙ্গ পরস লাগী॥

( মান্নরা শককল্লবা )

কেমলেগবা কমদোৌসিবা কালা কাহ্নুগী ( প্রেম ) কল্লিবা। কেমলেগবা কমদোৌসিবা কালা কাহ্নু কাউঙমদেদা। করি করম কাউরসিবা কৃষ্ণগী প্রেম কল্লিদকো কিজ্জেদকো। কয়া কূইনা কপথিগদবা কি কালা কোবকো। খম্বরুদেদো থাইনা মৈচাক থাংঙমদরেদো। খংনরুইদো ঐনা খজিক্তবু থাক্লা খম্বহৌদেদো। মাগীদমক মপোক অসে মাগী প্রেম্না মল্লেদো। হায়নবিরা রাথোক চাউবী ওইহনবিরা ঐবু মীংচৎবিবী ওক্লবী। চাক্লে (২) চাদবী।

প্রাণ বন্ধুর লাগী আমার প্রাণ কি সোহিব। এ দুঃখ সময় কালে কোকিল কুহু কুহু (২) রবে হৃদয়ে দ্বীগুণ জ্বালা সোই। কলঙ্কিনী হামু তাপদিলে দুষ্ট কোকিল (২) নিবু'ধি তুমি সদার কল পানে বিরহিনী তাপ দিলেগো বারহি বারং হৃদয়বিদার। আমার প্রাণ সোহে নারে কুলবিধি শিরিজিলে এত জ্বালা ॥

( মাল্লনা শককদবা )

প্রেম্না চাক্লবী ঐনী তোল্লবী পাপ চেনবিনী। থম্মোইগী মৈচাকসে থাংলিডৈ কোকিল্লা কুহু কুহু (২) খোংলী অহোইননা মৈচাক হেলহল্লী। বাজরবী ঐবু, থোইনা হেম্না বাহনবিরী (২) সুংশিবা খোজেল্লুনা কুহু খোংলী চেক্লা ওইবা হৌনশানিনা থংদেদো নংদি থম্মোইগী মৈচাক। করম্না ঈংলসিগে কল্লি (২) ইবুংঙোগী প্রেমগী মৈচাক ॥

কুরঙ্গিনী পায়া ব্যাধ চৌদিগে আগুণী। প্রাণ সখি ললিতে। গুণী (২) দ্বীগুণ জ্বালা। জ্বালা সোইতে নাপারে। তার মধ্যে পড়িযেন কুরঙ্গিনী বালা তেমতে হইয়া মন বন্ধু প্রেম জ্বালা। আহুতি করিয়া যেন জ্বালায়ে দ্বীগুণী হাই (৩) প্রিয় ললিতে ॥

( মাল্লনা শককদবা )

কিজৈদকো কমদৌসিবা কলমল্লিদা কাউওমদেদা। চায়রবী ললিতে। থল্লরগা খোইম্নাংঙিদা। কপ্পা (২) কেমজয়েদা।

থংহৌদনা থংনরুই থাকচদেদা খজিক্তা থাইনমৈদি থন্দেদা। থোইরাং থোইশাউইদা। লাইবকথিবী রাধাদি কৌবী রাথোক চাউবী হাই (২) হায়বিরী ওক্তবী॥

হাই কি হইল কি হইলরে প্রিয়ললিতাগো। গেল (২) পঞ্চপ্রাণ উপায় বোল প্রিয়ললিতে। হা বিধি কি লেখিলে পাপ কপালে। পূর্ব্বজন্মে পাপ করি ইহজন্মে নারীর জনম। হায় দুর্ভাগিনী রাধা বিধি মোরে হইল বামা। কেমনে সোহিব প্রেম জ্বালা॥

( মান্নবা শককদবা )

হা করিনো করিনোনে করি উপায় লৈরি। চারে (২) চায়বী প্রেমগী মৈচাক করম থাংগনী। শেন্বনী নোংদম্বনা রাজরো হায়না। মপোক কয়ারক্কী ফন্না ফংলিবনী ইতা ঐনা। ভোল্লিদকো মুপী ওইবা ওমজদেকো ফোংদোকচবা। করম্না ঈংগবা হায়যুগবা॥

( তাঞ্চপ অমা )

সখি হাই প্রিয় সজনী জীবনের নাহি দায়। শ্যাম দরশন বিনে প্রাণ ছারিতে চায়। মরণ সময়ে সখি করহ সহায় কৃষ্ণ নাম মন্ত্ররাজ শ্রবনে শুনাউ।

( মান্নবা শককদবা )

সখি হায়বীয় শিনবীয় শ্যাম চরণ পিবীয়। শ্যাম দরশন

কংনবা উপায় তৌবীয়ু। মাগীদমক থরাই অসে থাগে লেপচরে প্রেমগী মৈশা খাংঙমদরে হিংবা কান্নবরে॥

কি সোহে অবলা (২) কৃষ্ণ প্রেম জ্বালারে। চিত্ত নিবারিতে চাহে নোহে নিবারনরে। শুন প্রিয় সখিরে। পিরিতি বোলিয়া এতিন আক্ষর শিরিযিলে কুন ধাতা। কুন বিধি শিরিজিলে কুলবতী বালারে। শিছু কালে মরিগেল যদি হইতাম ভালরে। পাপ পরাণ কত সোহিবেক জ্বালারে॥

( মান্নবা শককদবা )

খাংঙমদে থম্মোইসে (২) শ্যামগী প্রেমা চাকপসে। ঈংনা লৈজনীংঙি ঐসে ঈংবা শুকয়া য়াদেসে। তাউনে ইতা বৌজিকসে। পিরিতি কৌরবা মমেক অহুম অসে নোংদম্বনা শেম্বীসে। করিননো ইতা ঐসে অসুক য়ানা শেম্বসে। শিগ্রগদি কনীসে হিংবা কান্নরোইসে। পাপ চেনবী য়াধা ঐসে য়াথোক চাউবী হায়নৈসে॥

যার মন পিরিতি লাগী তার মন পাগল হইলরে। প্রিয় সজনী। (২)। এদ্বিগে জ্বালা ওদ্বিগে জ্বালা জ্বালা (২) সোইতে নারে। এদ্বিগে জ্বালা ঘরে হইল আর জ্বালা কাহ্নু প্রেমের গুণীতে (২) দ্বীগুণ জ্বালা॥

( মান্নবা শককদবা )

কনানা চান্নবা ওইনা কনানা মৈচাক ওইরীনা। প্রেমগী

মগুণনা। খাঙবা রানৈনা পুন্সি কেম্নৈনা। মাংদনা মৈনা তুংদনা ভেম্না করি ওইনী শজীতুনা। মাংদনা চাক্লে প্রেমগী মৈনা মুমদা চক্লিবীনা ব্যাধগী তেঙ্গিন্দো ওইতুনা তাম্নবনীনা॥

সখি না রহিবরে (২) বন্ধুবিনে আর কি করিব। হামু দুর্ভাগিনী রাধা কলঙ্কিনী কালিন্দী জলে প্রবেসিব। প্রাণ বন্ধু লাগী যাব ভিক্ষা মাগী যোগিনীর বেশ ধরি। এত দুঃখ কেও জানেনা। ওগো সখি তোমা বিনে কারে নাবোলিয়েগো॥

( মান্নবা শককদবা )

মৈচাক খাঙবা ঙমদরে (২) খল্লুরগা থোইনা অহোইনরে। লাইবক খিবী ওইরে রাখোক চাউবী ওইরে কৃষ্ণগী চরণ পামজরুরে। শ্যামগীদমক ঐনা যোগিনী ওইতুনা চচ্চরগে কোইনা কোইনা। কনানসু খঙবা ঙমলোইনা। চাম্নরবী (ই) নখোই পুন্নমক্না হায়দোকপীমুনা॥

হাই (আ) প্রিয় সজনী কিসোহিব প্রাণী বন্ধুর বিরহানলে দহিলে অন্তরে। যেন মৃগী দাবানলে আগে ব্যাধ ধনুর শরে উপায় না দেখিনু সখি॥

( মান্নবা শককদবা )

হায় (আ) বীয়ু চাম্নবী করি উপায় লৈরী মৈচাক অসে করম থাংনী করম্না হিংগনী। লম্মৈনসু কোইশিন্নবী ব্যাধনসু

থংচিন্নবী শজীত্থগা ঐগা মান্নবনী। পাঙ্গন শোনবী শজীত্থগা মশা ককপা উচেক্তুগা রাধা ঐগা মান্নবনী॥

হাইরে পরাণ সখি (২) জীবন রাখি কি কারনে। গম্ভীর যমুনার জলে পরাণ তেজিমু সখি। দেশে (২) যাব আমি হয়া যোগিনীর বেশে। পাখা হীন পক্ষির যেন গতি হীন মৃগী তেন উপায় নাদেখিলু সখি॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়য়ুনে চায়থোইবী (২) হিংবা করি কায়গনী। যমুনাদ চোংথত্তুনা শিথিবনা ফরগনী। দেশ (২) কোইনা (২) চৎথিবনা জৈংলগনী। পাঙ্গল শোনবী শজীত্থগা মশা ককপা উচেক্তুগা লাইবক থিবী রাধা ঐগা মান্নবনী॥

প্রাণ প্রিয় সখিরে বন্ধু প্রেমানলে আমার প্রাণ বাহিরাই। হেদে সখি ললিতে যার প্রেমে হৃদয় দ্বীগুণ জ্বালা। ব্রজের মাঝে কলঙ্কিনী রাধা হামু দুর্ভাগিনী। শুনগো ললিতে হামু দুর্ব্বলিনী। দাবানল মধ্যে যেন কুরঙ্গিনী বালা (আ) অবলার জাতি পরাণ বিদরে ধিক (২) নারীর জনম কুন বিধি শিরিজিলে॥

( মান্নবা শককদবা )

হে চায়থোইবী প্রেমগী মৈনা চাকশিল্লক্লে ওমদে থাওজবা। হায়য়ুগবা ললিতা করি উপায় লৈরী তাকপীয়ুগবা। ব্রজসিদা

রাখোক চাউবা লাইষকথিবা রাধা ঐনা। যটিলা কুটিলা অনী তাখিগনী। লম্মৈনস্থ কোইশিল্লবা শজীদ্রুগ। মাঙ্গে (এ) তোল্লিদকো ইভা সুগীগী মপোকসে হাই (২) ওস্থোকপনী রাউ হায়না যিথিনা শেম্বনী॥

সখি যাব দুর দেশ পাপিনী দুঃখিনী রাধা দেশে (২) ভিক্ষা মাগী প্রাণ বন্ধু লাগিয়া হামু (প্রাণসখি)। সদায় কলঙ্কিনী নাম পরাধিনী শিছু বেলা মরিগেল ভাল। ধিক (২) অবলা জনম বান্ধিয়া কুলেরা ধরম এতাপিনী চিক্কণ কালিয়া শ্যাম দাসী হউ পঞ্চ প্রাণ আশা ধায়ে॥

( মাল্লনা শককদবা )

প্রেমগী মৈনা চাক্লক্লে ( ইভা ) থম্মোইসে পুবা ওমজনরে দেশ থুদিং যোগী ওইনা নিরুরগে ভিক্ষাদে কোইনা। ( শ্যাম )। রাখোক ওইননবা ঐবু পোকহনবনী ফরমগনী অঙাং ওইদৈ শিবনা। হিক (২) কপ্তুনা হায়জৈ কপ্পতনা পাঙ্গল ওইজৈ মপোকথিবা রাধা ঐনা পোকপদগী হৌরহুনা মাভবু ঐনা নীংজৈ॥

দ্বহতি মদনানলে গুণীতকি কান্তং কিং ধর্জয়ামি প্রাণা। প্রিয় সখি মম দুঃখী জীত যাস্যতেয়ং। মণি কঙ্কন কিঙ্কিনী ভুষন মপিদ্বাহং (এ) বিফলা ইতমে ভদপি সহামি নাহং দাবানল কোটি গুণাতয়া বাঝ্য বিদহতি শীতল পঙ্কং, কিমধিক দ্বাহং ভবিতা মনশি বিশঙ্কং। জনম দুঃখিনী প্রাণ হামু দুর্ব্বলিনী॥

( মায়না শককদবা )

থম্মোইসে অহোইনা চারে থজরুবা খুদিং ( প্রেম ) কল্লিনকো ইতা। থল্লু (২) খুদিংমক্তা থাওবা ওমদে ইতা। মতৌ করম্না থাওগনী থাওজবা ওমদে ঐনা (অ) মণিগী পরেংনা সনা খুজী খুদোপ তান্না (অ) ইবুংঙোগী প্রেম্না চারুবদা লৈভেং পুম্নমক্না ঈংবদো ওমদেগবা মৈচাক ঈংননবা উপায় হায়যুবা চান্নরবী ইতা। তোল্লবী পাপচেনবীদি শিজয়গে ললিতা॥

( দুতী )

আরে পাঠাওলী ধনী রাই তুলশী সুন্দরী। কনক সম্পুত করি কর্পূর তাম্বুল ভরি দেয়ল তুলশী করে ধরি। চলিলা তুলশী প্রিয়ে বনে (২) অম্বেসিয়া কুণ্ডতীরে ভেতল কান। ধনীক শন্দেস দিল কাঙ্কুমন মাতল রাধা (২) জপে ঘনে (২)। দুই নয়ানে প্রেম রাধা কণ্ঠ হইতে গুঞ্জা মালা লয়া তুলশীর হাতে দিল। আইলা তুলশী প্রিয়ে প্রবেসিয়া রাই পাছে করজুর করি বুঝাইল॥

( মায়না শককদবা )

থারে রাধিকানা তুলশীদে কৃষ্ণগী নাক্তা। সনাগী প্রাত্রদা হাপ্লে শন্দেস পামনা থাল্লে শিময়ে তুলশীগী খুৎতা। তুলশীদো বন্দা লাক্লে কোয়না (২) থিজরক্লে উমজরে শ্যামদো কুণ্ড নাক্তা। রাধাগী শন্দেস ফংলে শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোই পেল্লে রাধা (২) তোয়না (২) শোল্লে। মীৎকী পিনা ঈংহৌরক্লে গুঞ্জামালা লৌথোক্লে

তুলশীগী খুৎতা শিন্নরক্লে। তুলশীদো হঞ্জরক্লে রাধিকাগী নাক্তা চঙলে মবুংঙোগী মপাউ তমজরক্লে॥

অবতংশ গুঞ্জামালা পায়্যা সখি চলি আইলা সমর্পিল ললিতার করে। ললিতা বৃতান্ত পায়্যা অবতংশ গুঞ্জামালা রাই কর্ম্মে কণ্ঠে পড়াইল॥

( মান্নবা শককদবা )

নিংথিজবা গুঞ্জামালা ফংলে দুতী লাক্লে হয়্যা চঙশিল্লক্লে ললিতাগী নাক্তা। ললিতা সখিনা খঙলে লৌথোক্তুনা গুঞ্জামালা হুক্লে রাধিকাগী ঙক্তা॥

মালা মেতাং তুলশী হরয়ে বিতিকাচ প্রহত্য। জ্ঞাত্বা বৃন্দা সুবল মুখত্য কেলী সঙ্কেত কুঞ্জং। আগাস্বাস ত্বমিতি ললিতা প্রেরিতাদায় তস্তা। কস্ত জ্বাগী সহিত তুলশী কৃষ্ণ পাছং প্রতস্তে॥

( মান্নবা শককদবা )

হৈশিংলবী তুলশী দুতীনা চৎখরে বন্দা যাঙনা। সুবল সখা লোয়নহুনা শ্যাম্যা লৈরম্মী ঙাইরহুনা। রাধিকাগী মপাউ লোইনা হংগচৈচদো দুতীনা। হল্লক্লেদো তুলশী দুতীনা তম্নরেদো হরাউনা॥

তবে রাই তুলশীরে বনে পাঠাইল। সব বার্ত্তা বুঝাইল তুরিতে আইল। রাই পাছে প্রবেসিয়া সখি সুচাতুরী। কৃষ্ণের

সঙ্কেত কথা কহে কস্তুরী। শুন রাধে কমলিনী কি বোলিমু তোরে। তুয়ালাগী নন্দের কাহ্নাই আছে কুণ্ড তীরে॥

( মান্নবা শককদবা )

থারে রাধিকানা বন্দা হৈশিংলবী বৃন্দা। খংহল্লুরে শ্রীকৃষ্ণদা হজরক্লে বৃন্দা। চংঙক্লে হয়াউজনা রাধিকাগী নাক্তা। কৃষ্ণগী অরাবা মপাউ তম্নে পেম্না রাহৈ রাভা। নবুংঙোদো রাহৌরেদো মৈচাক খাঙহৌইদো। রাধা (২) কৌহৌইদো লৈমায়দা ওলহৌইদো॥

তব কুণ্ডতীরে তুয়া নাম জপি (২)। প্রাণের মাধব আকুল হয়াছে। ক্ষনে মপি ধাবতি লুঠতি ধরনী॥

( মান্নবা শককদবা )

শ্রীকুণ্ডগী নাক্তা রাধে নংগীদমক্তা। নবুংঙোদো রাহৌরেদো ইতা। ঙাহাক অমা ওন্না খাঙভি ঙাহাক অমা হিক্লা কপ্লি॥

চাতুরী দুতী রাই প্রেম মাতি প্রেমকলাগী মন মোহে জাগি কুঞ্জে শ্রীবৃন্দাবনে গোবর্দ্ধন কাননে যাইয়া (২) কাহ্নাই পাইয়া নিবিঢ় কুণ্ডকতীরে রাইক ভাষই নাগর বুঝই দুতী আওল ফিরে॥

( মান্নবা শককদবা )

হৈশিংবী তুলশীদো বন্দা থারে প্রেমতনা রাবা পুন্নমক্তো পুরে য়েংজৈ শ্রীবৃন্দাবনগী কুঞ্জ (২) খুদিংদা উজরে (২) কৃষ্ণদো

উনরে নিংখিবা কৃষ্ণগী মপাউ পুদুনা লাকচরে হৱাউনা চঙজরে দুতীনা নিংখিনা তমজরে ॥

শ্রুত্বাৎ তৈশাং নিগদিত মিদং প্রেম দগ্ধা তিমিকায়াং স্বর্গং যাহি ত্বমিতি ললিতা পেড়ি তাদ গতাসা। কুঞ্জে কৃষ্ণং সপতি তুলশী প্রাব্য বার্ত্তা নিবদ্য তস্মাৎ দৈত প্রিয় সহচরী তস্য চেষ্টা বভাষ ॥

( মান্নবা শককদবা )

থারে বন্দা হৈশিংলবী বৃন্দা পুরে রাধিকাগী অৱা মপাউ তমজরে নিংথিনা প্রেমগী ওইবা বাহৈনা। তন্না লাক্লে হৈশিংবী বৃন্দানা হংগৎলরে লেংঙশি রাধে অঙাউবগী পান্দম ওইনা রানা লৈদো কৃষ্ণনা ॥

রমন বিরহ বাধাং দুতীকা প্রক্ষ রাধাং। মুকুরীপু মন যাভা কেলী সঙ্কেত জ্ঞাত্বা। পুনরপি চতু রাশাং রাধিকা পার্মা মেত্য প্রিয়তম হরি বার্ত্তাং রাধিকায়ৈ নৈবিদিক ॥

( মান্নবা শককদবা )

রাধাগী অৱাবা খঙলে হৈশিংবী দুতী চংলে। শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চঙলে রাধিকাগী মপাউদো তম্লে। দুতী সখি অমুক লাক্লে মবেন্মদা হংগৎলক্লে। নবুংঙোদো রানা খাঙলে লেঙনবা লাঙশি থিল্লে ॥

( সম্বাদ )

এ সখি কলয়ছি প্রেম বিন্দ ক। সখিরাধে (২)। মাধব

বদনে মদনে কদনে নহি। বিধুরপি বলতি কলঙ্ক। কাহ্ন ভেল বহুত নিদান। অভিসার সম্প্রতি দম্প্রতি কামিনী॥

( মান্নবা শককদবা )

হে রাধে থৌরাংঙসি বন্দা লেঙঙসি। ফিজেৎ শৈতেংঙসি। মদনবু ঙমজবা মাইথোংদো মকশিল্লেগবা। শৈমায় থক্তা ওয়া খাঙ-ঙিগবা। শ্যামগী রাবা য়েংবা ঙমদেগবা। কুঞ্জবন্দা লেঙনবা য়ারনী থৌরাংবা॥

ধীর সমীরে কুঞ্জতীরে বসতি বনে বনমালী। পীন পয়োধর পরিসর মর্দ্দনচঞ্চল কর যুগ শালী। রতী সুখ সারে গতমভিসারে মদন মনোহর বেশম। ন কুরু নিতম্বিনী গমন বিলম্বন মনুসর তং হৃদয়েশম। নাম সমেতং কৃত সঙ্কেতং বাদয়তে মৃদু বেণুম। বহু মনুতে তনুতে তনু সঙ্গত পবন চলিত মপি রেণুম। পততি পতত্রে বিচলতি পত্রে শঙ্কিত ভব দুপ য়ানম। রচয়তি শয়নং সচকিত নয়নং পশ্যতি তব পন্থানম। মুখর মধীরং ত্যজ মঞ্জীরং রিপুমিব কেলিষু লোলম। চলসখি কুঞ্জং সতি মির পুঞ্জং শীলয় নীলনিচোলম। উরসি মুরারে রুপ হিতহারে ঘনইব তরলব লাকে। তড়িদিব পীতে রতী বিপরীতে রাজসি সুকৃত বিপাকে। বিগলিত বসনং পরি হৃত রশনং ঘটয় জঘন মপি ধানম। কিশলয় শয়নে পঙ্কজ নয়নে নিধিমিব হর্ষনি ধানম। হরিরভি মানী দিননিরিদানী মিয়মপি যাতি বিরামম। কুরুমম বচনং সত্বর রচনং পুরয় মধুরিপু কামম। শ্রীজয়দেবে কৃত

হরি সেবে ভনতি পরম রমনীয়ম। প্রমুদিত হৃদয়ং হরিমতি সদয়ং নমত সুকৃত কমনীয়ম॥

## ( মান্নরা শককদবা )

কুণ্ডগী নাক্তা লোয়নৈ সুবলগা নৈহৌই ইতা বনমালী। থৌগলিয়ে ঈংনা মলয়ানা লিরিনা শ্যামদদি মৈচাক থোইনা হেন্দী। প্রেম্না ঈথক হৌরে অঙাউবগুম উরে নন্দগী মচা নবুংঙোদো। বাঁশীসু হুন্দোকহৌরে নৈমায়থক্তা ওলহৌরে ষাহৌ-রেদো শ্যাম নাগরদো। বাঁশীদো মত্তোমত খোংলে রাধা হায়না হুমজুবদা মলয়ানা। খাওঙমদরে শ্যামদো শ্রীরাধে শোনবনা জীবগী উপায় ওইহৌরেনা। ঙসিগী কুঞ্জদা শ্যামগা শান্নবীয়ু হায়জরীয়ে চান্নরবী। উনা লেঙবা থুদিংদা লেঙঙক্লে থন্দুনা য়েংহৌই শ্যামদো নিংথিজবী। উরুবা নত্তনা করম্না থঙগনী যাহৈনা থঙবা ওন্নরোইনে। লেঙঙোগবা রাধে চান্নবী পুম্বগা শ্যামগী থরাই কনবিহৌনে। উরগা থঙনীদো তম্বনা যাংলিদো যাহৌরেদকো নবুংঙোদো। তথক্না য়েংঙিদো ঙাহাকসু ওল্লিদো ঙাহাকসু স্বর থিংনা নৈদো। অরাবদা তাহৌরে অঙাউবা মানহৌরে সুবলগী লেংবান্দা কোলহৌরে। চূড়া বাঁশী হুন্দোক্লে প্রেমগী পংথৈ য়োহৌরে শিবগা পাংথক ওইনা উরে। থোরাং-বীরোগবা লেঙননবা বন্দা সূর্য্য পূজা ওইনা ইতা। গুরুজনগী য়াথংদো লৌবীবা পামজৈদো মতমসু চারেগবা ইতা। কোমল সিংহ ঐগী থম্মোইনা শকচ শোঞবা পামজবনা। অনীমক্তী লীলা রস শকচরী নলাইনা নীংজরীয়ে থম্মোইঙনা॥

( সম্বাদ মেন )

ওই সুন্দরী রাধে কি বোলিমু তোরে প্রেমানলে জ্বালাদিয়ে গো তুয়া পন্থ হেরী (২) ঝুরয়ে নয়ানে। চলহ সুন্দরী মীলহ মুড়ারি আকুল হয়াছে কান বিন্ধি পঞ্চ শরে শ্যামের শরিরে বহয়ে মদন বান প্রাণ সখি রাধে (২)। তুয়ালাগী নন্দের কাহ্নাই ধুলী বিভুষিতা॥

( মান্নবা শককদবা )

ও ফজবী রাধে করি হায়রসিগে প্রেমগী মৈনা শ্যামদো রাহৌরে (এ) নংগী মাইকৈ চিংন্না (২) য়েংহৌইদো রাধে। লাঙবীরো রাধিকে (এ) কৃষ্ণগী অরাবা কোক্লবা লেঙবীবা রারে (এ) নংগী প্রেম্না ঙাউনা কৃষ্ণনা ওন্দুনা থোইছুনা কপ্পুনা থাঙলী চান্নববী রাধে (২)। নংগীদমক নাগর কালা বাহৌরেদো রাধে॥

( সম্বাদ মেন )

ওই চল (২) আরে ধনী কেনে বিলম্ব প্রাণ প্রিয়ে। কেনে বিলম্ব প্রাণ প্রিয়ে। শুন (২) বৃকভানু (এ) নন্দিনী। ক্ষনে বিলম্ব নাকর রাধে ক্ষনে বিলম্ব নাকর ধনী ক্ষনে বিলম্ব নাকর রাজ নন্দিনী ক্ষনে বিলম্ব নাকর প্রাণ প্রিয়ে তুয়া কুণ্ডতীরে বনে একেলা মদন রহে তুয়া পন্থ নিরখিয়া রহে রাই কমলিনী। আজ কুঞ্জে (২) ধনী (এ) আজ কুঞ্জে শ্যাম সঙ্গে সুখে বিলাসিয় রাধে। সখি ধীর সমীরে কুণ্ডকতীরে বসতি

বনে বনমালী। নাম সমেতং কৃত সঙ্কেতং বাদয়তে মৃদু বেণুম। বহু মনুতে তনুতে তনু সঙ্গত পবন চলিত মপি রেণুম পতিতি পতত্রে বিচলতি পত্রে শঙ্কিত ভব দুপ য়ানম রচয়তি শয়নং শচকিত নয়নং পশ্যতি তব পন্থানম প্রিয় সজনী শুন রাধে॥

( মান্নবা শককদবা )

ও চৎলো (২) শ্রীরাধিকে অমুক তপ্লনু চায়রবী। অমুক তপ্লনু চায়বী। তপথবিনু থৌরাঙবিরোনে (এ) নিংথিবী। অমুক তপ থবা তৌবিনু রাধে অমুক তপথবা তৌবিনু ধনী অমুক তপথবা তৌবিনু চায়থোইরবী অমুক তপথব৷ তৌবিনু রাধিকে নংগী কুঞ্জমক্তীবন্দা সুবন্দা কোন্দুনা শ্যাম! নংগী মায়কৈ য়েংঙভুনা লৈদো হে লাইবক ফবী। চায়রবী (২) ঙসিসে (এ) কুঞ্জ বন্দা শ্যামগা লোয়নভুনা শান্নবীয়ু ধনী। লিরী মলয়া হুন্নী কুণ্ডগী নাক্তা লৈহৌই ইত৷ বনমালী। নহাক্তী প্রেম্না ঙাউভুনা শ্যামদো রাধা (২) শোলহৌবনী। মাবু উরুবা নত্তনা করম খঙগনী রাহৈনা খঙহনবা ঙমজরোইনে পায়রম্বা বাঁশীসু হন্দোক্তুনা থম্লে অরাবা পংথৈ য়োরে শ্যামগী লৈমায়দা ওলহৌই হিক্রা (২) কপহৌই নংঙগী মায়কৈ য়েংহৌই তপথবিরনু রারম্মনী॥

( মেন )

বিলম্ব তেজিয়া রাই করু অভিসার রাই কমলিনী। বাঁশী বদন ভেতিতে প্যারী রাধে-রাধে। হিয়া জর জর কাপে

থর-থর ঝর-ঝর ছুতি নয়ান বারি। তুয়া আগে যায়া মুক্তি সেবা করি অভাগিনী কেশ দিয়া পথ সংমার্জ্জিব রাই কমলিনী ধনী। সুক্ষ্ম মৃদু পুষ্প পুঞ্জ পদে বিসাইব। প্রেম পঙ্কজো তবে চরণং সমর্পিব রাই। তুয়া পায়ে পুন-পুন বোলিয়ে অযুক্ত বানি। দাসী জানি অপরাধ ক্ষেম কমলিনী ॥

( মায়না শককদবা )

তপথবা তৌবিরম্নুনা রারৌবিন্নুনা থৌরাংঙ্গিরোনা। মনুং ঙোদো লৈহৌরে লৈমায়দা ওল্লহুনা। হকচাং নিঙ্গা নিঙ্গা থর ফুইনা ফুইনা মীৎনুদম্ম শিঙ্গলৌই শিনা। রাধে লেঙঙসিনা থৌগজ্ঞরগেনা লাইবকথিবী ঐগী শম্না নম্বি তকথোক-চগেনা শেমশাবিরোনা। মেঙনা কংবা লৈগী জাৎনা লৈথোক-গেনা। খষ্টে প্রেম্না চন্দন ওইনা থৌগজপে ঐনা। কংগকক্তেতে হম্না হম্না মতিক চাদ রাহৈতনা। ননাই মক্নী থনবীহুনা দোষ লৌবীনুনা ॥

( সম্বাদ মেন )

চল (২) আরে ধনী কেনেরে বিলম্বগো। আজ কুঞ্জে শ্যাম সঙ্গে সুখে বিলাসিয়গো। শ্রীকৃষ্ণ বিষম দশা আর কিবোলিমু রাধে। তুয়ালাগী প্রাণের মাধব বিপদ পড়িয়াছে মরম কথা তোরে বোলি ॥

( মায়না শককদবা )

লেংঙো (২) রাধে শ্যামগী অয়াযা কমবিরক্নো। কুঞ্জবনদা

শ্যামগী পূম্না হয়াউ মথোয় কাবীরো। শ্রীকৃষ্ণগী অম্বাবদো করম লিরসিগে রাধে। নংগীদমক নবুংঙোদো ওন্দূনা লৈহৌরে পাউদমনীংঙাই লৈত্তে রাধে॥

( সম্বাদ মেন )

চলগো ধনী বিনোদিনী তুয়া কুণ্ডে। মদন মোহন মোহিনী রাধে। আজ আমি তুয়া কুণ্ডে দেখে আইল। (২)। তুয়া পন্থ নিরখিয়া শ্যাম ছুই নয়ানে ধারা বহেনিরে

( মায়না শককন্দবা )

লেঙঙোনে ধনী নিংথিজবী কুণ্ড নাক্তা। নাগরদো ঙাই-হৌই ইত্তা। ঐনা ঙসি য়েংজবদা য়ানা উরে। (২)। নংগী মাইকৈ য়েংলদুনা শ্যাম মীৎলুদগী পিদো শিন্থহৌরে॥

( সম্বাদ মেন )

এ সখি হে প্রাণ প্রিয়ে রাধে (এ) কি বোলিমু তোরে। বোলিতে নাপারে মোর কণ্ঠরূদ্ধ হয়ে। হা হা কমলিনী রাধে। কাম যুদ্ধ করে শ্যাম তলমল রয় একেলা মাধব তায়। বসন্তাদি ছয় ঋতু (এ) যার (২) অস্ত্র ধরি বেন্ধি করে শ্যামের গায় হা হা কমলিনী রাধে॥

( মান্নবা শককন্দবা )

হে ইত্তা হে চায়থোইবী রাধে (এ) করি পাউদমসিগে।

হায়রোকপা ওমদরে ঐনা য়েংবা য়ারে করি করম হায়সিগে। কামগী ভেম্না পাল্লহনা লৈহৌই তনিক্লা কুণ্ডদা মতোমক্তা শ্যাম্না। বসন্তনা চিংঙহনা (এ) ঋতু তরুকমক্লা মাগী (২) খুৎসু খুংলায় পায়রহুনা শ্যামদা কম্না থাহৌরেনা॥

( সম্বাদ মেন )

বহতি মলয় সমীরে মদন মুপনিধায়। তববিরহে বনমালী। আর কি বোলিমু রাধে। শ্যামের দশা। স্ফুটতি কুসুম নিকরে বিরহে হৃদয় দল নায়। বসতি বিপিন বিতানে ত্যজতি ললিত মপি ধাম। লুঠতি ধরনী শয়নে বহু বিলপতি তব নাম। ভনতি কবি জয় দেবে হরি বিরহ বিলাসিতেন। মনশি রত স বিভবে হরি রুদয়তু স্তুকৃতেন॥

( মান্নবা শককদবা )

ঈংলবা মলয়া সুংশিৎতো অচাকপা মৈ ওইহৌরেদো। নবুংতোশ্যামদো রাহৌরেদো। রাবা পন্দোম লোমহৌরেদো। ইবুংতোদো রাথম্না অঙাউবা ওইহৌরে রাধিকে অরাবা পন্থেং-হৌরে। মীৎতগী ঈরাদো শিন্থরে হিক্লা (২) শ্রীরাধে শোল-হৌরে। ওন্দুনা লৈবাক্তা লৈহৌরে বাঁশী পায়রম্বদো থাদোক-হৌরে। হায়জরী রাধে থৌরাংবীরোনে কুঞ্জদা শাম্নবীরোনে। কোমল ননাইনা পামজেনে লেঙঙসি থৌগজগেনে॥

( সম্বাদ মেন )

চম্পক দাম হেরী মুরুসি রহু লোচন ঝরু অনুরাগয়ে।

তুয়াগুণ অন্তরহি জপ নিরন্তরে কি কহব তুহারী সহাগো। তুয়া নীজ নাম রাই ভনি কি কহব ষয়েক আক্ষর বন্ধ সখি রাধে। রা রা রা ধা ধা বোলি রাধা বোলতে নারে। শুনইতে বাতর তনুরতী বাতুল চমকই তুহারিক সঙ্গ রাধে (২)। তুয়া কুণ্ডতীরে তাহারে নাগর করিয়া তোমার থাই। বাঁশী হাত হইতে ফেলিয়া ভূমীতে গড়াগড়ি দিয়ে কান। সুকান পাঠক পঢ়িতে নাগর তোরে যানী আগমন। উঠিয়া নিরখি না দেখি তোমাকে নিরঝুরে দুইতি নয়ান। হা হা বিধি ঘতাইলু জঞ্জাল মিলীতে নাদিলু প্রিয়া। এত বোলি শ্যাম পঢ়ে আগেয়ান দিয়াযে শন্দেস দিয়া॥

( মায়না শককদবা )

ভাবীয়ু রাধে শ্যামদো লৈহৌই রানা মীৎজুদা প্রেম্না ঈহৌরবুনা। রাধা (২) হায়রুনা মন্ত্রগুম শোল্লিনা করি অমুক হায়গনী ননাইনা। নংগী প্রেম্না ভাউদুনা লৈদো ওয়া থোইনা সুবলগা লোয়নদুনা শ্যাম্না মৈচাক থাওনা। রা রা রা ধা ধা হায়না রাধা শোল্লি রানা। উজরুবা ননাইনা পাউদমগনী করম্না শোলহৌইদো হিক্রা শ্যাম্না রাধা হায়না। ওমদে য়েংবা মীৎনা শ্যামগী অয়াবদো ননাই ঐনা। পায়রম্বনী চেৎনা বাঁশীদো থাদুনা লৈহৌইদো ওয়া থোইনা। সুবলগী লেংবান্দা কোন্দুনা নবুং ভোদো লৈদো মৈচাক থাওনা। য়েংদুনা লৈহৌই কৃষ্ণনা নহাক্কী মাইকৈ চিংনা য়াম্না রানা। বিধাতাবু নিন্দা তৌইনা ওন্থোক্লা রানসু ভম্বীদা নংনা। অসি হায়না শ্যাম লৈদো কপ্পুনা ফগনী থৌরাংবীরোনা॥

( সম্বাদ অওনবা )

বিলম্ব নাকর যাচৌক নাগর। ধনী রাজ নন্দিনী। (৩)। যটিলার অজ্ঞা লয়া রাজ নন্দিনী চলহ তুরিতে সুর্য্য কুণ্ড পথে গোপাল দেখাহ যায়া। তোরহীত বোলিয়াছে রাই॥

( মান্নবা শককদবা )

ভপথবা ভৌবীসু নবুংঙো কলহৌও। নিংথৌরেনগী মচাও। (৩)। যটিলাগী য়াথংতবু লেপ্না লৌবীয়ু (রাধে) লেঙবীয়ু য়ৌবীয়ু সুর্য্য কুণ্ড ভম্মু কৃষ্ণগী অরাবা কল্লু। লেঙনবা থৌরাংবীয়ু॥

( সম্বাদ অওনবা )

চল (ও) ধনী ইথে কি সন্দেহ রাই কমলিনী। তোর ভাল নায্যা ভয়ে। তরুনী তরুন সঙ্গ বিধাতা রেখিয়াছে রাই কমলিনী। এ ধনী কত (২) নিত্য শৃঙ্খলায়বরে অবতনেহ অলকত পহুঁ লাভ॥

( মান্নবা শককদবা )

লেঙঙো (ও) ধনী করিগী ঈংথরী হে নিংথিজবী। লেঙবীরোনে লাইবক ফবী। অনীগী কন্নবা প্রেমসে বিথিনা শেম্বনী হে ভনৌজবী। হে রাধে লেঙঙো (২) য়ুমগী য়োঙ্লিং থদংলমলো নবুংঙোচুঙ্গি রানা থাঙজি চান্নরবী॥

( সম্বাদ অওনবা )

হাই (৩) কমল মুখী তুয়া প্রাণ পতি সেই বাঁশী ছারিয়া

ধরনী ফেলে। হাই কমল মুখী সেই বাঁশী ছারিয়া ধরনী ফেলে। বাঁশী ধারি বাঁশী ছারিয়া ওয়ি বাঁশী ছারিয়া ধরনী ফেলে। শুন রাধে কমলিনী॥

( মান্নরা শককদবা )

হাই (৩) রাহৌরেদো (রাধে) নাগর কালাদো মাগী বাঁশী অদো থাদোকহৌরেদো। হাই রাহৌরেদো বাঁশী পাররম্বদো হুন্দোক-হৌরেদো। নংগী নাম্না মন্ত্র ওইদো শোন্না (২) রানা লৈহৌইদো। উরগদা খণ্ডবিনীদো॥

( সম্বাদ অওনবা )

শুন (২) সুন্দরী আজুদিনে নাগর কথা বোলিয়ে। বিলম্ব তেজিয়া রাই (আ) সাজহ রাধে। চলগো রাধে শ্যাম দরশন নিকুঞ্জ মন্দিরে সুখে বিলাসিয়। তব বিরহানলে কুণ্ডক মাহ স্ব দুর্ব্বলা প্রাণ পতঙ্গা আহুতি দেয়ত নির্পতি আনঙ্গ নাহি জানিয়ে ধনী নহিজানিয়ে জীবইতে সংশয় গোকুল রাজ কুমার (২)॥

( মান্নরা শককদবা )

ভাবীয়ুনে হে রাধে নবুংভোদো অরাবা পংখৈ য়োরেদো। নবুংভো কলহৌসিদো (অ) খোরাংওসিদো। লেওওসি রাধে শ্যামগা লোয়নহুনা নিকুঞ্জ মন্নাইদা ভাম্বোইবীরোগবা। হে রাধে নংগী প্রেম্না চারবা শ্যাম্না ওনখোইনা রানা লৈহৌই চুড়ান্ন খোখোক্লে বাঁশীসু হুন্দোক্লে রাধে শ্রীরাধে শোনবতনা কৃষ্ণনা হিংননবা উপায়দো ওইজরহুনা লৈহৌরেগবা॥

( সম্বাদ অওনবা )

চলগো রাধে বিলম্ব কিবা কাজ। বিলম্ব কিবা কাজ। শ্যামের দশা আর কিবোলিমু রাধে। লুঠতি ধরনী শয়নে। প্রাণনাথ। যাও (২) ধনী যাহা নাগর পাছে বিলম্ব ক্রিয়া কাজে। প্যারী রাধা (২) বোলে দুই নয়ানে রাধা প্রেম ভিজিমু নাগর ॥

( মায়না শককদবা )

লেঙবীরোগবা ভপথবীমু রাধে। ভপথবীমু রাধে। শ্যামগী দশা করি হংগংকনী রাধে। লৈহৌরে লৈপাক্তা ওন্দুনা। কৃষ্ণনা। লেঙগো রাধে নবুংঙোগী নাক্তা ঈংবা কায়রোইনা। রাধা (২) শোল্লি হিক্না (২) কপ্লি শ্যাম্না প্রেম্না ফুনথরদুনা ॥

( সম্বাদ অওনবা )

লুঠতি (এ) ধরনী (ই) শয়নে। বহুবিলপ্তি ভবনাম। ভুয়ালাগী প্রাণের মাধব প্রাণের মাধব বিপদ পড়িয়াছে। ধনী রাধে ধনী চান্দবদনী (এ) রাই কমলিনী (২)। পতভি পতত্রে বিচলতি পত্রে শঙ্কিত ভব দুপয়ানম রচয়তি শয়নং সচকিত নয়নং পশ্যতি ভব পন্থানম। পশ্যতি ভব পন্থানম। রচয়তি শয়নং চকিত নয়নং ॥

( মায়না শককদবা )

ভুহৌরেদো লৈপাক্তা (আ) ওনহৌরে। নংগী প্রেম্না শ্যামদো

ৱাহৌরে। নংগীদমক নাগর কালা (২) অঙাউবা মালহৌরে। লেঙঙো ৱা (আ) থে হৌজিক শ্যাম লৈহৌরে (এ) ৱানা ঙাই-হৌৱীয়ে প্রেম্না ফুন্দুনা (আ) ৱানা ঙাইহৌরীয়ে। উনানা লেঙবদা লাল্লবোই নীংজুনা চেম্থোক্লে শ্যাম্না তকিং (২) অৱা পুক্নীং তয়াংবা শক্তী মীংতা তথকপা য়েংহৌই নংগী মাইকৈদা। য়েংহৌই নংগী মাইকৈদা। অৱা পুক্নীং তয়াংবা শক্তী মীংতা তথকপা॥

( সম্বাদ অওনবা )

তুয়া পায়ে পুন (২) বোলিয়ে অযুক্ত বানী (হাই)। দাসী জানি অপরাধ ক্ষম কমলিনী॥

( মান্নবা শককদবা )

ননাই ঐনা হয়া (২) হংগচ্চে মতিক চাদনা (আ)। ননাইনিনা দোষ পুম্বা ঙাকপীয়ুকো লেপ্লা॥

( সম্বাদ অওনবা )

প্রাণ হারাইবে শ্রীনন্দের নন্দন তোমা লাগী আকুল হয়াছে কালা। তোমা লাগী শ্যাম মরণ সমান ধরা চুড়া বাঁশী তেয়াগী দুরে। হাতের বাঁশী ভুমী থয়া পরাণ আকুলে। সুবলের করেধরি রাধা (২) বোলি। রাধা (২) নাম বোলে ঘন-শ্যাম পড়ে ভুমী পড়ি যাইগো রাই। রাধা নামামৃত জীব সঞ্চরিনী। নিকুঞ্জ কাননে একা নাগর কালা। শ্রীনন্দের

নন্দন মুরুলী বদন তোমার লাগিয়া ধুলায়ে ধুষর। হাতের বাঁশী ভুমীতে ফেলিয়ে রাধা (২) বোলি। যাও (৩) ওগো রাধে বিলম্বের কাজ নাইরে! পরাণ মাধব মর সাথে॥

( মান্নবা শককদবা )

প্রাণ মাওহৌদৌরে নন্দগী মচাদো নংলীদমক য়ানা থাওজ-হৌইনা। মাল্লেগবা শ্যাম শিবগুম ঐনা ধয়া চুড়া বাঁশী ছন্দোক্লে লাপ্না। পায়রম্বা বাঁশী থাদোক্লুনা শোল্লি রাধা হায়না। চায়জবা সুবন্দা কোয়ে কপ্লি হিক্লা (২)। রাধা (২) হায়না শ্যাম্মা শোন্দুনা লৈমাইথক্তা থাওজহৌইনা। নিকুঞ্জ বন্দদি মতোমতা ওায়রেনা। রাধা শোনবতনা জীব কল্লিনা। নন্দগী মচা মুরুলী থোনবা নহাকীদমক্লী লৈহৌই য়ানা। মীৎক্লী পিনা গঙ্গা ঈহৌগুম্না শিন্থহৌইনা। লেঙডোগবা শ্রীরাধিকে তপথবনা কায়রোইনা। নবুংডোদো কপ্পহৌনা॥

( সম্বাদ অওনবা )

চল (২) রাজ নন্দিনী বিলম্ব তেজিয়া রাই (এ)। ধনী রাজ নন্দিনী (এ)। যাও (২) ধনী যাহ! নাগর পাছে বিলম্ব কিবা কাজে। প্যারী রাধা (২) বোলে দুইনয়ানে ধারা প্রেম ভিজিলু নাগর॥

( মান্নবা শককদবা )

লেঙডো (২) চায়থোইরবী তপথবা কায়রোইনা (আ)।

কনী থৌরাংবীবনা (আ)। লেঙঙো রাধে নবুংঙোগী নাক্তা ঊংবা কাররোইনা। রাধা (২) শোল্লি হিরু (২) কপ্পি শ্যাম্না প্রেম্না কুনথরম্বনা॥

( সম্বাদ অওনবা )

বাঢ়ল তোমার প্রেম জ্বালা শ্যামের দশা আর কি বোলিমু। নন্দের বালা চিকণ কালা তোমার প্রেমানলে ধুলায়ে ধুষর। চল ধনী রাধে আভরন সাধে। তুরিতে চলহ শ্যামের নিকটে। ধনী রাই॥

( মান্নবা শককদবা )

অহোইরে নংগী প্রেমগী মৈনা শ্যামগী দশা তম্বা লোইরোইবা। ব্রজগী নিংথৌ নন্দগী মচা নংগী প্রেম্না ঙাউরে থাঙলে ওম্না থোইনা। লেঙবীরোনে রাধে লৈঙেংবীরো রাঙনা। কৃষ্ণগী মনাক্তা লেঙবীরো তহানা। শ্রীরাধিকে॥

( সম্বাদ অওনবা )

বিলম্ব তেজিয়া রাই করু অভিসার রাই কমলিনী। বাঁশী বদন ভেদিতে প্যারী রাধে (২)। হিয়া জ্বর (২) কাপে থর (২) ঝর (২) দুইতি নয়ান বারি। তুয়া আগে যায়া মুঞি সেবা করি অভাগিনী কেশদিয়া পথ সংমার্জিব রাই কমলিনী ধনী। সুক্ষ্ম মৃত্ত পুষ্প পুঞ্জে পদে বিসাইব। প্রেম পতুকা তবে চরণং সমর্পিব রাই। তুয়া পায়ে পুন (২) বোলিয়ে অযুক্ত বানী। দাসী জানি অপরাধ ক্ষম কমলিনী॥

( মান্নবা শককদবা )

ভপথবা ভৌবীমুনে লেঙঙো অভিসার রাধে (২)। উনবীরো নাগর কালাদো রাধে (২)। কন্মী হিক্লা (২) লৈয়ে নিরা (২) শিঙ্গৈ মতুম (২) মীৎসাগী পিনা। লেঙবীমুনে মাঙদা থোগজগে তুংদা ননাই ঐগী শম্বা লপ্নেল শেংদোকচগেকো ভপথবীরমুনা। লেঙবীনবা রাধে থোরাং ভৌবিরোনা। শ্যামগী অরাবা কল্লুসি রাধে বারোবীমুনা। ননাই ঐনা হম্না (২) হংগচ্চে মতিক চাদনা। ননাইনীনা দোষ পুম্বা ঙাকপীয়ুকো লেপ্না॥

বিলম্ব কাজ নাই (২) প্রাণ সখী রাধিকে। চল ধনী রাধে আত্মন সাধে॥

( মান্নবা শককদবা )

ভপথবা কান্নরোই (২) চান্নরবী রাধিকে। লেঙবীরোনে থিয়ে লৈভেংবীরো রাধে॥

( তাঞ্চপ )

তুলশী বচন সব সখীগণ তুলশী বচন দেব পূজিবার ভোরে। তুলশী বোলে নাগর সঙ্কেত করিয় (ও)। ভানু কুণ্ডে যেতে হবেরে। সূর্য্য পুজা ছলনা করি যেতে হবেরে। বিধি ওগোচর নানা উপহার পুজন ভাজন ভরে। নানা বিধ পুরী পার্কণ অপুর্ব্ব সামগ্র থালিতে ভরে। নানামতে ফুল থালিতে সাজাইল সুগন্ধি চন্দন। চিনী ফেলে কলা মাখন রসাল। বেউরী

কদম্ব তিলা। পুরী পুরা খাজা রস ভাজা রাধিকা করিয়া ছিলা। আগরু চন্দন করিয়া ভাজন তাতে যতন করে মীলরে। বন্ধু গলে মালা দিববোলি প্রাণ নাথ অঙ্গে চন্দন মাখাব বোলি। অতুল অমুল্য কর্পূর তাম্বুল। সাজল মাজস পারা। পায়খিলী বানাওলীরে। খিলীর ভিতরে কর্পূর মসলা দেই খিলী বানাওলী যতন করি ডালা ভরি রাখিলরে। সঙ্গিনী রঙ্গিনী করিয়া যতনে বসিল মন্দির মাঝে ॥

( মায়না শককদবা )

তুলশীগী রানা সখী পুন্নমক্রা তুলশীগী রানা ঈশ্বর খুরুম্নমী হায়না (আ)। লেঙঙসি রাধে নাগর ফংলনী শোয়দনা। সুর্য্য কুণ্ড তম্না চৎলসি। সুর্য্য পুজা চৎপনী হায়রক্লুনা পাউথোংসি। পুজা তৌনন (অ) বা পোৎলম অয়াম্বা লাঙভরে হাপচরে থম্না। তনগী জাৎনা কয়া মাখয়ে বেড়ানে য়েঙ্গাংসু হাপচিল্লে থম্না। লৈখন কয়ামুক্না লেংজবা লৈ পরেং হাপ্লে নিংথিজবা। চিনী লকোই লড্ডু হাপ্লে হাউরবা। মনমসু মুংশিরবা। অঙৌ অথোং বোড়া রসগুল্লা হাপচিল্লী রাধিকানা। আগরু চন্দন যাবক চন্দন তক্লে হাপচিঞ্জরে চেকশিন্না। শ্যামদা হুক্লনবা চন্দন চাইবা ফজবা লৈগী পরেংদো হাপচরেগনা। কর্পূর তাম্বুল মুংশিনা হাউরবা। ইবুংঙোনা হাননবা। পায়খিলী চক্লুম তপচৈদা। খিলীগী মন্নুংদা কর্পূর মরুমরাং হাপতুনা তপচরে যতন তৌনা

য়োমলে হাপচরে থাজিদা। সখীগা লোয়ননা ফিজেৎ লৈতেং-নবা লেঙশিল্লে মন্দির মনুংদা॥

( সাজলগী তাঞ্চপ )

সাজল মদন কালা রস রঙ্গিনী শ্যাম মীলন সুখ সাধা। শ্রীবৃন্দাবন বিজই বিনোদিনী রমনী শিরমণি রাধা। বান্ধিয়া চিকুর বেনী কবরী দিয়াছে পুনী। রুপের ভাল গুণের ভাল বেশ ভাল প্রেমেযে ভাল। কিবা লাবন্য উপমা দিতে বাধা। নবীন কিশোরী (এ) ধনী রাই। সহযেই সুতনু ভুষনে ভুষন তবু কৃষ্ণ সুখদিতে নানা আভরন। নিরন্তরে কৃষ্ণ সঙ্গ চিত্তে এই অভিলাষ কৃষ্ণ নাম মালা জাপে হৃদি প্রেমোল্লাস॥

( মান্ননা শককদবা )

শমজীদো শেমজরে শেৎলি শারি সখীনা শ্যামদো শুমগনী খন্না রা (আ) ধা। শ্রীবৃন্দাবনগী মবুংডো শ্রীগোবিন্দ ফংগনী নীংজতুনা রা (আ) ধা। পুনসিল্লী নীংথিনা বেনী শমজীরৈ নাচোমদো থেৎলী। শাথেক শাওং শমজী শম্বুল শেৎলে শিরে শক্কা চাকল্লী। ( য়েংঙু ) ফজবা মান্নৈনা লৈতেং মান্নৈনা (আ)। করম্না শেম্বীবনো বিধিনা। নৌজরিবী রাধানা অনৌবা ফজবা কৃষ্ণতবু কাউবা (অ) লৈতনা কৃষ্ণ নাম্না মালা শুইনা চৎলী থম্মোইমুংদা॥

( সাজল তাঞ্চপ )

রচয়তী রাধা সুললিত বেশং (আ)। (২)। সুললিত

বেশং (২) ললিত বেশং। কাঞ্চন কঙ্কত ধৃত সখী পরি যৌজতি কুঞ্চিত (২) কুন্তমল কেশং। কাঞ্চন কুণ্ডল মনিকল মুঞ্চতি সুর্য্য বিলম্বীত কিরন স্বলোভা। মরকট বলয়া শশোধর বিনয় মৃদুকর যুগলে যোজতি সোভা। অঞ্জন মকি স্ব রঞ্জতি কাঞ্চন কমলে চঞ্চল খঞ্জন গঞ্জে। গুরুকুচ্চ যুগলে চিত্রং বিলক্ষতি কাঞ্চন (২) ঘতইব রুচিরস পুঞ্জ (২) রে। তদুপরি মৌটিক দাম যোজতি গিরিযুগ শেষে তারক মাল কাঞ্চন কমল বিসাদতি রুচিতর মৃদুভুজ যুগলে তাল বিসাল॥

( মান্নবা শককদবা )

লৈতেংজরী রাধা নিংথিজবা পুম্বা (আ) (২)। নিংথিজবা পুম্বা (২) ফজবা পুম্বা। ফজবা খুজিম্না থাবু ঙম্না ঙাম্লিবা শিত্তিল্লে সনাগী খুত্তী খুদোপ পুম্বা। কাজোম্না মীৎপান্দা থাজরীরে নিংথিনা (আ) ঈংনবা ঙক্লবা ফজনবা হায়না। শরৎ থাগী পুর্ণিমা ঙমজরবী মাইথোংদা চন্দন লৈতেংজরীনা নম্মী সিন্দুরনা। মুরবা শমগী মরক্তা সনাগী ঝাপানা লংলিয়ে তনিক্লা নিক্লা। ঙক্তা লিক্লাং পরেংনা লিকথাং নাইরতুনা শিজেনা নিং-থিনা ইলং ইলং মবুংঙোবু ফংনী থন্দুনা। নিংথিজবা খিরিক্লা তিল্লবী রাধানা ফজবগী থক্লা কজবা থম্না নাইম্নে নাশিকানে কিঙ্কিনী থোংজি খুজী নিংথিজনা লৈতেংলে পুক্লীংদা পেম্না॥

( সাজল তাঞ্চপ )

নব যৌবনী ধনী (২) জগ যিণি লাবনী। ধনী (২) চান্দ

বদনী। ধনী চান্দবদনী। (২)। ধনী ধনী। মোহিনী বেশ বানাওগী তাই। যেমন মদন ভুলে তেম্নীরূপ সাজ ধনী। নীল বসন মণি মণ্ডিত ভেল ধনী রতন ভুষন পরি সাজাই॥

( মান্নরা শককদবা )

নৌনা ফজবিনী (২) জগৎসিগী মবেম্মনী। শরৎ থানা তমজরীবিনী। থানা তমজরীবিনী। (২)। পূর্ণিমাগী। শুম্মাংনা শেৎলী শ্যামগীদমক্কী (ই)। শমক্রু সিন্দুর নম্মী শমজীরৈদো শমদা থেৎলী। অশংবা শারি শেৎলী সনাগী শোরি শিরী নাতোন্দা নাশিকানস্থ লংলী (ই)॥

( সাজল তাণ্ডপ )

সাজলী বিনোদিনী রাধা (২)। বিনোদিনী রাধা (৩)। সাজলী বিনোদিনী (২) রাধা। সাজলী শ্যাম বিনোদিনী রাধা। ধনী বিনোদিনী বিনোদ কেশ আহা বিনোদ বেনী বিনোদ বান্ধেগো। আহা মরি কিবা সোভা বেনীত ত্রিবেনী ডলে॥

( মান্নরা শককবরা )

শেমজরী নিংথিজবী রাধা (২)। নিংথিজবী রাধা। (৩)। শেমজরী নিংথিজবী (২) রাধা। শেমজরী শকী নিংথিজবী রাধা। ওাক্না নিংথিজবী তনৌজবী আহা নৌবগী থক্তা থোইনা নৌহল্লী। ওকপা ফংনা লৈতেংওক্নী নাপদ নাইরম লংলী॥

## ( সাজল তাঞ্চপ )

সাজিল ধনী চান্দবদনী ধনী (২) বনীরে। নয়ন সুরঙ্গিনী মদন বিমোহিনী হাস বিকাসিনী চন্দ্রযিণি ধনী। সুচারুচিকুর কবরী বান্ধল শ্রবনে কুণ্ডল গণ্ড ঝলমল। নয়ন যুগল কাজরে উজ্জর হেরইতেং রতী পতি পরল হিভর॥

## ( মান্ননা শককদবা )

শানীংবা শাশী শেম্নশারশী শরীংবদো শক্লশী। থঙ্গা-স্তনা তমজবী থাজতবু ঙমজবী শ্যামবু শুঙ্কৎপিনী ভানুগী মচানী। নাতোন্দা নাশিকা লিক্লাংনা ঙকশন্দা নাইম্না নাপদা হাইরী ইলং লংনা। সনাগী লৈহাউবু ঙমজবী কুচুনী শরৎ-কীদি পূর্ণিমাবু ঙমজৈ মাইথোংনা॥

## ( সাজল তাঞ্চপ )

সাজ করে বিনোদিনী রাধা লাবন্য উপমা দিতে বাধা। বিনোদিনী রাধা (২)। লাবন্য উপমা দিতে বাধা। শিরে চিকুর কবরী ভাল হিয়ে লম্বীত মাণিক্য হারা। কুচ্চ কনক দারিম্ব সোভা মন মোহনীয়ে মন লোভা। ভুজ কনক মৃনাল বিণি তাহে বলয়া কঙ্কন ধারী। নখ শারদ পূর্ণিমা চান্দ হেরিয়া উযনু ঝুরিয়া কান্দে। অথল কমল পদ কনকেরী নোপূরক বান্ধে॥

( মান্নরা শককদ্দবা )

শোয়নদনা শমজী শম্বুল্ল (অ) শী শন্নীংবা শক্তুনা শেমশী শাশী। শমজী শম্বুল্লশী (২)। শাজংতা শাথেক্তা শোয়নমুশী। শ্যামগী শক্তিদো শুম্মাংলুশী শমক্র সিন্দুর শোয়নহন্নশী। সনাগী লৈহাউবু ঙমজবিনী থানা ইকাইজবী মাইথোং থানী। শ্যাম্বু শুম্মাংলিবী রাধিকানী কুঞ্জ খুদিং শাম্নবিনী। শ্রীচরণদা যাবক তৈরী নোপূরস্থ যতন তৌনা থোল্লী॥

( সাজল তাঞ্চপ )

শিথায়ে সিন্দুর নয়ানে কাজর তাহে চন্দনের রেখা। নব জলধর অরুনের কোনে নবীন চান্দের রেখা॥

( মান্নরা শককদ্দবা )

শেমজরে শেৎচরে শাংলবা শারিদো শিজীল্লে সনাগী লিক্লাং। শক্লে শোল্লে শারে সথীশিংনা শেয়ে সনাগী শমজেৎনা শম্লাং॥

( সাজল তাঞ্চপ )

কনক কটোর চর কুচ্চ করক জর উর্জ্জর মৌটিকদাম ভুজ যুগ স্থির বিজুরী পরি মণিময় কঙ্কন ঝলকৃত চমকিত কাম। ঝাপর কবরী ভাল অলকাবলি বাঁ উধমু রাযমু মনমথ সেবী। ধনী রাজ নন্দিনী (৩) চরণ যুগল যাবক রঞ্জন অতি সুবিরাজে॥

( মান্নরা শককদ্দবা )

করি (২) শেৎশীগে করি (২) শিশীগে করি (২) য়ানশীগে

